# ভাইবগী ভমথৈ

ঐচ. বেনুবালা দেবী



রাইটরস ফোরম, ইম্ফাল।

## NGAIBAGI NGAMKHEI

**A collection of Manipuri Short Stories**

*Written by* : **H. Benubala Devi**
Singjamei Makha, Nameirakpam Leikai
Imphal – 795 001.



অহানবা থোকপা : এপ্রিল '৯৮

থাকোংবা : অইবী মশানা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী মমক যোংবা
কপী মশীং : ১০০০
কংফম থোকপা : অইবী
মখুম শেমপা : বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম
মমল : রুপা ৪০/- (পাকা)
রুপা ২৫/-

নমথোক : লমযানবা প্রিন্টার্স; কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিজবা অইবা অইবী খরা পুনশিল্লগা শেমখিবা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী পান্দম অমা ওইনা লাইরিক কয়া লেপ্তুনা ফোঙলি। পান্দম অসিগী ৱাখল্লোনদি ঐখোয়গী অইবা অইবীশিংনা লাইরিক ফোঙনবা হোৎনবদা থেংনরিবা শেল-থুমগী অৱাবসিদগী খরদং ওইরবসু কন্দুনা লাইরিক ফোঙহনবনি। ঐচ. বেনুবালা দেবী-না ইবা ৱারীমচাগী লাইরিক "অঙাংগী অমৈ" হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসিনা ফোরমগী নিফুনিপাল ওবা লাইরিক্নি। ফোরমগী পান্দম অসিমদি তশেংনা মায় পাক্রবনি।

ফোরমনা থমলিবা পান্দম অতৈদসু হেন্না থুমাঙ চাওশিল্লবা হোৎনদুনা বার্কশোপ কয়া পাঙথোকখরে, অতে কয়াদসু পাঙথোক্লবা হোৎনরি। পাঙথোকখ্রবা বার্কশোপশিংগী মহৈ ওইনা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাইন্সকি টর্মিনোলোজিগী লাইরিকশিং পুথোক্লবা থৌরাঙ তৌরি। লোযন লোয়ননা মশুন লৈরবা মণিপুরী শৈরেংশিং অমদি ৱারীমচাশিং অতোপ্পা লোনশিংদা হন্দোক্লুনা লাইরিকশিং ফোঙদোক্লবগী থৌরাঙসু পায়খৎলি।

ফোরমনা ফোঙলিবা লাইরিকশিং শেন্দোং তানবগী ৱাখলদা থেঙবা নত্তে মণিপুরী সাহিত্যগী অৱাংপা কয়া মেনখৎনবগী পান্দম মথাদা ফোঙজবনি। হন্দক ফোঙজরিবা ঐচ, বেনুবলাগী লাইরিক অসিনা মশীং য়ামদ্রিবা মণিপুরী নুপী অইবিশিংগী ৱারীমচাগী পুক্কেদা মশীং অমা হেনগৎহনবতা নৎতনা ৱাহ্রীমচা ইবী অমা নৌনা ফংজবগী নুংঙাইবা অদু ফোঙদোকচবগা লোযননা খ্বাই ময়ামগী খুৎতা লাইরিক অসি শিল্লজরি।

কৈশাম প্রিয়োকুমার
জেনেরেল সেক্রেটরী,
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল
২০, এপ্রিল ১৯৯৮

# থাহৌদোক

পুখোকচরীবা থারী মচাগী লাইব্রীক অসিনা ঐগী অহানবা খুদোললনি। হৌজিক হৌজিক ওইরীবা সমাজ অসিগী সাহিত্যগী পুকেন্দা ঐগী অচম্বা থারী মচাগী মকম অমতা ফংলরোই খল্লি। নিঙহন্নরকপা নত্তে। নুংগী ওইবা মশক কয়া উৎথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌনরক্লবা মতমসিদবু ঐগী অপীকপা মীৎয়েংনা উজবা মপাহোংগী কুয়োম থরদং লৌথৎচদুনা পাবিরিবসিংদা খুদোল তমজবসিদা করিবু কাগ্রগনি।

থাংজৈশেংনা অকিবা পোকলকই। আশা লৈবক্তে। অদুবু নিঙহন্নবা কয়া লাক্লুনসু ঐগী ইনিংবদুদি ঐঙোন্দগী লাপথোকউ হায়বা য়াদে। পেন্দকনা মথৌ ফেঙলবা ঐগী থাখলসিনদি ঐগী ওইদুনা অসুমক লৈরবনিনা ঐগী থৌনা হনজিল্লকই। পরেং লেংদুনা চৎগ্রবা পুন্দি ময়ামগী মরক্তগী তোল্ল তারবীশিং, নৈহৎপীরবীশিং অমদি মোত্তাই চুদাইননা লেপ্পীবীশিংনা প্রিক প্রিক শৌরবা ইরেবাকসিদা ঐথোয়না কয়াম কুইনা তুমখিগনি অশাংবা স্বর হোল্লদুনা। শুন্য অমগুম কয়াম কুইনা হিংখিনি। তশেংনা লেপ্পা তাবনী উপাম্বীগুম থৌনা যম্না অমদি খাঙবা কল্লা।

অমরোমদা লাইব্রীক অসিবু ফোঙহনবীরীবা রাইটরস ফোরম, ইম্ফালগী মেম্বরশিং লময়ানবা প্রেসকী ইচিন ইনাওশিং অমদি ঐগী অশোনববু থৌনা পিবীখিবী ঐগী ইনাও থাই, শিজ দেবীবুসু তৌবীমল খঙবা উৎচরী।

মরুওইনা ঐঙোন্দা য়ান্না চাওরবা লমন অমা তোলসিনজহৌরিবনা ঐগী মরুপ কৈশাম প্রিযোকুমারনা ইতেং কয়া পাংবীখিবদুনি। লোয়ননা লাইব্রীকসি পুখোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌখিখিবা ঐগী নুংশিজরবা ইপ্পা বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমগী শীংবা শুমলরোইদবা লমন অমা তোলশিনজরে।

ইম্ফাল

*১৫ এপ্রিল, ১৯৯৮*

ঐচ, বেনুবালা দেবী

শাথীরবা পুন্সিগী হিংনবগী লানফমদা চোকথবা লৈতনা লাম্থেংনরী মায় পাকত্রবসু মায়থীরবা লানফমদগী মায় ওন্দুনা চেনখিত্রবী লমদমসিগী ইমা-ইবেল, ইচল-ইচেশিং কয়া অমা চংখরে কয়া অমা চংমীম্নরী কয়া অমা লাকখিনি কয়া অমা থেংনখিনি চম্নবীত্রবা পুন্সিসিম্বু হরাওনা শাগোম্নরদুনা মতম চুম্নগী ওইনা তুমত্রবীসিংদুগী মফমদা কখোকচরবনী ঐগী অচমবা খুদোলসি।

# য়াওরীবা বারী মচাশিং


পকখঙনবা ১

অপীকপা খবক ৬

লানফম ১১

চোইজাইনরবীদু ১৫

তাইবনী ঙমখৈ ১৯

হল্লকপা ২৬

খৌরাংলেবা পাউ ৩০

লমন ৩৪

মিপাইরবা পুন্সি অমদা ৪১

চৈনাখোল ৪৫

অরোনবা পি ৫০

নক্করবসু লাপ্রবী ৫৫

নীংখায়রকই ৫৯

মীংথয়েংবী পল ৬২

থাজবনী অইংবো ৬৭

মৈপা নত্তে মৈরীনি ৭০

ভৌবিমল ৭৩

মত ওহ্রোক্লিংলেবা তাইবং ৭৮

থাবলনা নাথৈখিরবা মফমদা ৮২

নোংতাল্লকপদা হৌরবা অহিং ৮৬

# শকখঙনবা

নুপীমচাদু য়েংবদা তনৌ তনৌরী। চহী পংয়াম য়ামলমগদবা মানদে। য়াম্নমক শুমহৎপা শক্তমমত্তি নংলমদে। অদুবু মায়থোঙ অদু য়াম্না চঙখোল্লি। করিগুম্বদা অয়ুক অঙনবগী লিরিবা নুংশিৎকী মতৌগুম মোং হাদনা উই। অমরোমদনা নুমিদাংবাইরমগী মঙম শানদ্রবা লৈথবকলবা নুমিৎকী মঙালগা ঈবোইনরীবা তপ্নপ্না হুম্নকপা নুংশিৎকুম্না তমোন তমোনলি হাযনা প্রমান তৌবা য়াগনি।

নুপীমচা অসিমত্তি য়াম্না নৌরিবীনি। অদুবু মহাক অসিদি সমাজনা হঙ্গোইনা লাপ্না ইহ্নোকলবী অমা হাযবদু চপচানা ওইরে। মহৌশাদগী মী উশিংপা হায়বদু হৈত্রবা ঠিকাদার নন্দকুমার ঙসিদি নুপীমচা অসিগী অশেংবা অতিঠি ওইররে। মমাঙদা লেপ্নীবী নুপীমচা অদুবু নন্দকুমারনা মুম্না য়েংলী। থকচিল্লুবা নিশাগী ময়াইনা মুম্না যেংবা ঙমদ্রমাক্লে মমীং অনিদু উইকন উইরুম তৌরকলে। মহাক নিশান্য [illegible]মাক্লে। চা চন্দন মনম চেক্লং মোম্লবা ফমুংদুদা নন্দকুমার তুমথক্লে। থুনমক মহাক [illegible]তুনা তুমখ্রে।

ফক্লাং ঘড়ীগী পুঙশিং নাইনা [illegible]রকপা কাংশি মখোলদা মহাক মীকপ থোবক্লর্ম ঙাইহাক্তংদা মহাক অ্যান পুমতা তাব্রে। হীপ্না হীপ্না উরকই। ঙসাই মাগী মমাঙমক্তুপ

লেগহৌবী নুপীমচাদু মাগী মখোঙ খোঙয়া মপামক্তদা মমায় উপশিন্দুনা ইশি শিনা তুমলমলি। মীকুপ খরদং মুন্না য়েংলুরগা লোংনা হৌগংলমমী। চেইজায়নরবী শন্নাং মরক্তুদা নীংথিরবী মায়খোঙনা লোৎলিবদু উরুরগা লুরবা পুন্নি ঈগ্নায়দা অশংবা থন্নাগী মরুমদা পুমবুন্নবী থম্বালনা মরুম থুগ্নদুগা চাংদম্নরী নন্দকুমারনা। নুপা অসি চহীদি য়াংখৈমুক্কী লেংনি। শেল থুম ওখাক পায়বা নুপানি। লম্বীসিদা খোঙদারকপা ফম্না মকুইজরবনী। চহী মতাংসি য়ৌরফাওবদা হুনদ্রিবা অহলনি। মাঙগী লম্বী শাংহৌরবা তুংগী লম্বীনা তেনশিনলক্রবা অসি ফাওবদা নীংহন্নবা পোকক্রিবা নুপানি। অসুম য়েংলম্বদগী করি খল্লবনো খঙদে। তুমলীবী মথোং কারকপীদুগী চেইনা তারিবা মশমশিংদু তপ্না তপ্না মখুৎনা হাইগৎপিবম্মী। মতাংদুদদি নুপীমচাদু মীকপ থোক্লকলে। ইফিং ফিংন্মা হৌগত্তুনা মফি মরোলশিংদু শেমজিন শাজিনজরম্মী। অমুক অমুকসু নন্দকুমারদা কিরুপ কিরুপ য়েংজরম্মী। মতৌদু উরগা নন্দকুমারদি থীক থীক নোক্লকলে। বারী শাবা হৌরকই।

— নমিং করি কৌজে নঙদি হা?

নুপীমচাদুনা খুমলকই।

— সনাতোম্বী।

তনৌরবী মখদাঙদু চাওরবা মখুত্তুনা তপ্না তপ্না থাঙ্গৎলদুনা হংলকই।

— কনানা থোনবী নমিংদুদি?

— ঐখোয়গী অবোকনা।

য়াম্না তুশোন মানশোন্না খুমলকপনি। নন্দকুমারগী মপুক্নীংদদি মী অমদা মী অমনা তৌফম থোকপা ইকায়খুম্নবা মওং অদুগী বাখল লৈত্রমাম্রে। য়াম্না থওই বাওইদনা মখা তাবকই।

— হা! অবোক্লা, নঙগী ইমাদি লৈজদরো?

— ইমাদি লৈত্রে। অবোক্লা অদুম ...।

— ইতৈমা রজনীদি কদায়দা থেংনরকই?

— ইনে রজনীগা ঐগা হান্না শুকখঙ খঙনদে। অবোক্লা শিন্নবা মতুংদা ঐ ইথনতা ঙায়রে হায়দুনা ঐখোয়গী মাম্মশিং অমনা ঐবু লৈমীন্নসি হায়দুনা পুবীরকপনি। অদুগা মাম্মনা ...।

অসি হায়রগা নুপীমচাদু হীক হীক কপ্লমমী। নুপীমচাদুদি মথরাই শোক্লা কপ্লি। নন্দকুমার মুন্না য়েংলম্মী। হৌখিবা মপুনসিদা নন্দকুমাব নুপীদা মীনুংশি থন্নক্তে। নুপীগী মফমদদি মহাক শাদগীসু হেন্না শাথি হায়না লৌবা য়াই। মহাক্কী মাঙলমচংকী লমবেলদা নুপী কয়া থেংনরকখি। শকহেন্নবী কয়া, ইরাং চেনবী, থমোই শোনবী চহী নৌরীবী অমদি চহী লৈশিল্লবী কয়া কয়ানি। অদুম্নদি ওইরগা লোমেতসু মাগী থম্মোইনা নুপী অমতসু মশক খঙবা ঙমখিদে। খঙনবসু তান্নুদে। মদুগী কান্নবা কান্নদবা মহাক মথোঙ মরম অমতা খঙদে। মহাক্লা খঙবা হায়রবু নুপীগী মফমদগী মাগী অনিংবা অমত্তং ফংনবা হোৎনবা অসিখক্তংনি।

নৌরীবী নুপী মচাদুনা তপ্না তপ্না হায়জরকই।

— ঐ অসিদা লৈবসি য়াম্না তপ্নি। ঐবু নঙগী য়ুমদা পুবীয়ু। ঐ নঙনা হায়বা লোইনমক ইনজগে।

ৰাহে পরেং খরদংসিনা মতম কুইনগী মমাঙদগী মৈ ঈকলবা নুংগুম কনশিল্লবা নন্দকুমারগী থম্মোইদা করমবা ইখিল অমা পিররিবা। পুক্নিগী অত্তনবা হায়বা মতাঙ অদু য়ৌশিল্লজনমক তৌরীবরা। চহী মতম শাংনা চুশিনখ্রবা হৈনবীগী মরোল মরোলনখ্রবা ৰাখলদু নৌরীবী নুপীমচাদুগী ৰাহে খরদুনা করম্নবু হাইদোকখ্রবনো। ওক্তবা অহলদুগী অমমবনা কুপশিনখ্রবা মকোক অদুবু মঙাল পিবা ওইনা থোকলুরমাগ্রে নুপী ওইবী কয়াগী মীকপ মীরাওখোলদা পেখখিদ্রবা নুপা অসিগী থম্মোই অদু ঙসিদি মীনুংশিগী মমি অমা খঙহৌদনা তারকপগুম্না উরকলে। কা অসিমক্তদা মফম মতম অসিমক্তদা নুপী কয়াগী থোং নৌরবা নোনজ ৰাহে কয়া অমবু মানা তাবিবা লৈখিদ্রবনী। নিশাগী ময়াইনগা চন্নকপগা, নন্দকুমারগী কোক্তা মহূ চেল্লবা জীব অমনা চীকলকপগুম মশক খঙদবা চৈনা অমা ফাওরক্রম্মী।

নুপী মচাদুগী মকোক্তা নুংশিনা নানবিরম্মী। য়াম্না চীংলেম্না হায়রকই।

— ঐ নহাকপু শোয়দনা য়ুমদা পুগনি। ঐ নোংমা শোয়দনা লাক্কনি। ঙসিদী চৎলগে।

অহলসু ওইরবা মরমচৎসু চুমদ্রবা ওকত্রবা নুপাদুগী মীৎলু অনিমক্তা মীনুংশিগী পি মরীক অমা অনিদং চেন্থরকখি।

অহিং অদুদি হায়নবা লৈতনা হৌখরে। নন্দকুমারদি পোত্থাফম ইখঙ খঙশিল্লক্তরে। থৌজাল নিজবা মাগী পিদোল্লবা ৰাহে খোনফমশিং অদুবু কাউবা লৈতনা নীংশিংবা হৌরকলে। নুমিৎ খরনিদি মহাক ৰাখলগী ঈপাক্তা লুপ্লবা মীওই অমগী শক্তম লৌরকলে। অসুন্না নুমিৎ খরনি হৌখরে।

নোংমদি নন্দকুমার ইনশিনবা য়াওদনা মতৈমা রজনীগী মনাক্তা লাকলে। ময়ামগী মতৈমা রজনীনি। নন্দকুমারবু উবদা রজনীনা হান্নবা য়াম্না উন্ননীংলমবগী মওংদা হায়রকই।

— ইবুঙো নন্দ! ইবুংঙোবু উবদা করিনো অমা নীংশিংলকলেদনা। হকচাং ঙন্নুদব্রা? ফন্না কুইরে উদবা।

— ইতৈমা, ফরক অমা তাদুনা তৌবনি। করি নীংশিংবীগদবা লৈবা?

— হেরো ইবুঙো, সুম তৌবনী। ইবুংঙোসু নোংমা অসিদা লেংবীরকখিদনা। ইবুংঙোনা চথোরকখিবা নুমিত্তুদা পোত্থাফম পীখিবীদু নীংশিংবীরিবরা?

— নীংশিংজরী, ঐহাক ঙন্না নীংশিংজরী।

— মহাকক্তু নুমিত্তুগী নোং ঙাল্লকপদা মফমসিদা অদুমক লৈরমদ্রবনী ইবুংঙো, ডিমাপুর মনুং অসিদদি মহাক তশেংনা লৈত্রে হায়বা শেংলে।

নন্দকুমার ইথক থক্কথলি। মথবাই নুংঙাইতবগী মওং ওইনা তৌই।

— ইতেমা! করিনোনে হায়রবীরীসিবু। মুম্না মরি মখোঙ থীবী খোংগীবদি তৌবীদ্রবরা?

— করিদি তৌনি। মাবু পুন্নক্রমবা নুপা অদুসু মখোঙ মরম খঙবা মীওই নত্তেদা। ইতৈমগী লাইবক থীবা হায়দুনী।

— অদুবু ইতৈমা, অঙাং অদুদি য়াম্না নৌরীদো। মখোঙ মরম খঙদনা মাঙখিগদবদু পাম্মুজদুনা ... লাকচরীবনী।

রজনী নোক্লকই। মরমদি নন্দকুমারগী মচীন্নগী অমুক্তা তাখিদ্রীবা ৱাহৈনি ঙসি রজনীনা তাম্নিবসি। করেম্নরকই।

— ইবুঙোবু সঙ্গাইদসু মশীং খঙদবমখৈ লৈবদাইনে। খোয়দাবা ইয়াওমক য়াওদ্রবরা? হন্দক্কীদুদি অদুক য়াম্না চঙখোনবীসু নত্তে। চহীসু য়াম্না নৌরীবীনি মদুদি।

নন্দকুমারনা য়াম্না নুংঙাইতনা খুন্নকই।

— নত্তে ইতৈমা! অসুক কুইনা ননাও ঐঙোন্দা ফাওদবা করিগুম্বমা ফাওবগুম তৌই। অঙাং অদু উরুবদগী মশীং খঙদনা চুপ্পবা ঐগী অমোংপশিং অদো লোইনা কোকখ্রবনী। ইস ইতৈমা, অঙাংদুগী মরী মখোঙ খজিক্তং ফাওবা ফংবা ইঙম্মক ঙম্নরোইদ্রনে?

— কান্নদে ইবুংঙো পঙখন খল্লুরনু। অসি ঙাক্তনি পুন্সি হায়বসিদি। অত্তনবগী অত্তনবা ঙাক্তা। অসুম ওইনি হায়বগী অকক্নবা করিসু লৈতবনী।

নন্দকুমার নুংশুক নুংজাননা খোবকলে। গেডতা চৌকিদার খাঁসাদু মাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। ঙাঙলৈনবা ময়ুংনা ঙম্বা চিঠিখাউ অমা নন্দকুমারদা — "বাবুগী চিঠি" হায়দুনা পীরগা খাঁসানা হায়রকই।

— ঐনা অয়ুক্তা ৱাই শিংথলিঙৈদা বাবুগী মিং পন্দুনা বাবুদা পীবিয়ু হায়দুনা পীরম্বনী। মদুগী নুমিত্তুদগী মহাকপু থিবা শুখিঙ খঙখিদ্রবনী।

মনুংদা অথুপ্পা চে অমথক য়াওরীবদু নন্দকুমারনা ফাক্তোক্তুনা পারম্মী। য়াম্না হৈত হৈতনা ইবা ময়েকশিংদু শাজিন্দুনা নন্দকুমারনা পারকই।

পাবুং,

ঐনা শিশক পীক্লিঙৈদা অবোক্লা ঐঙোন্দা ৱারী অমথক তোয়না লীরমখি। ঐগী ইপাদু ইম্ফালদগীনি হায়। মহাক্লা পাখং ওইরীঙৈদা ঐগী ইমাগা মরী লৈনরক্তুনা ইমাবু মৌগী শীংদা চলহনবীদুনা ইমাবু ইকাই খিন্নদক খুমদুনা লেলহনখি। মপানথোংদা পাখং ওইনা লৈরীবা ঐগী ইপা অদুনা মহে তম্বা লোইশিনদ্রিঙৈদা লবায়দা পোকপী ইমাবু ইমুং মনুংদা পুন্সিনবা ইকায়খিবদগী শোয়দনা লৌশ্নিনবীগনি হায়বগী থাজবা থম্লমলগা অদুমক

হন্নকখিদবনী হায়। ইমানা ঐহাক পোক্লবা মতুঙ বাখলগী লায়নানা শোনখিবদগী য়াম্না থুনা মশা লোকচিন্নকখি হায়না অবোক্লা তমখি। শেল লৈতবনা লায়েংবা ঙমদদুনা ইমাগী হকচাং ফিভম ফংচিন্নকখিদে। লোয়ননা ইমাগী পুক্তি লোইশিন্নবা অচৌবা মরম অমা ওইখি হায়না অবোক্লা হায়রীখি।

ঐহাক্লা জ্ঞান ফজনা তারকপা মতমদা পংকুই কুইদনা অবোকসু লৈখিদরে। অবোক্লা অরোইবা মতমদা ঐঙোন্দা ফোটো অমথক লূনা পিন্নরমখি। ফোটো অদু ইমাদগী ফংবনি চেকশিন্না থমজিল্লু, হায়না অবোক্লা·ঐঙোন্দা তমলমখি। নুমিৎ অদুদগী ঐনা ফোটোদুবু চেৎনা থাগোন্নজখি। সংসারদা ঐগীনি হায়বা কনা লৈত্রবা ঐনা ইপাবু মশক খঙলকপা পামজখি। লোয়ননা উনীংবনা লাংতক্লরকখি। উপাইদি লৈখিদে।

নোংমা থাজদনা ইশ্বরগী থৌজাল ফংলে। ঐনা পাবুংবু লম্বীসিদা থেংনেররে। নুমিত্তুদা ঐনা পাবুংবু চপচানা শক খঙবা ঙমখি। অদুবু খুদক্তা অকিবা ফাওরকখি। লৌশিনবীথিদ্রবা ইমা অদুগী মচানি খঙলবদি লৎনবীগদ্রা কিবদগী ঐগী অশেংবা শক তাকখিদ্রে। চুন্নতগী ঐবু পুবীয়ু হায়না পাবুংদা হায়জখি।

পাবুংনা চৎখ্রবা তুংদা ঐ তশেংনা অকিবনা থুমহৎলকখি। মরমদি করিগুম্বা পাবুংনা ঐবু লম্বীসিদগী কনবিরবা মতুংদা ঐবু ইচা শক্লা পুশিনবীগদ্রা নৎত্রগনা করি করম্বা মওংদা পুশিনবীগনী। তশেংনা নচা পম্থনিংখিদরে। অদুমক্তনা মরম ওইদুনা পাবুংনা মফমসিদা অমুক খোঙদারকত্রিঙেদা মফম অসি থাদোকহৌবনা অফবা ওইগদ্রা খন্দুনা চৎচরে। নচাবু অরোইবদা ঙাকপিয়ু।

নহাক্কী নচা,

নন্দকুমারগী মীৎলু অনিদা মচা নুংশিবগী পিরাংনা থুমহৎলকখি। অতৎ অথম লৈতনা পিগী ঈচেল চেম্থরকলে। অনুতাপনা চাক্লকলে মশা পুম্বদু। নীংঙমদবগী বাখল মপেনা মরেপ থুমত্রে। তায়োন্নবা লমবেলদা অখাকপা লৈতনা চঙশিন্নুবগী মহৈ হায়বদু ওইরমান্রে। মহু পানবনা চীকখিবগুম্না মশা পুমবা চৈনা অমনা শীনথুং-লকলে। য়েংবদা বাখল চোইরবা অমগুম্না উরকলে। লাপ্না চেন্নিবা মান পুবা রেলগাড়ীগী অমুবা মৈখুনা অহাঙবা অতিয়াদা মরৈ মরৈ তানা কাখৎখিবদুগা মহাক্কী মনীং ভন্না নাম্থোকখ্রবা তান্নবা মীৎয়েংদুগা অমতা ওইনা তিনশিন্নবগুম তৌখ্রি। ●

# অপীকপা থবক

**হয়েংদি য়াওশংনি।**

তায়াইমা তুলদা ফমলীবদু লৈতাদে। ফম্লীবদু ত্তিংখংদা ফম্বগা মান্নরে। ময়ুম হম্লীংবনা ঙাওই। ফংফম থোকপা তলব অদু পুরগা ময়ুম কুমজনীংবনী। অঙাং মঙাগী মফি মরোল কুম অমগী মাঙজৌননা লৈবীনীংবনী। ময়ামগীদি ঙসাইনা লোইশ্লবনী। ময়ুমদা ঙম্না কুমনখ্রে। অদুবু তায়াইমদি চীথহৌরে। ক্রিং। ক্রিং। থিঙলকই। কোল্লিং বেল থিঙলকপদা মহৌশানা মশা য়াংবা তায়াইমা যুক হৌগথলি। পর্দা হাইদোক্লুনা চঙলকই। তায়াইমগী ষ্টাফ পুবা এসিষ্টেন্ট ইনজিনিয়র অদু মবুক কয়া ইঙদে। খোন বাওরপ তাই। বা শং শংদুনা ঙাঙগল্লি। অয়াম্বা মতমদা শুক্তোক্লুনা লৈগল্লি।

— য়াইমা! কোক চঙলকপা য়াত্রা? কেদা তৌদুনা লৈরীবা করিকীনো? নঙবু লৈশাবীরো, হা?

টেবল মথক্তা লংখোরকই। তায়াইমগী ফংফম থোকপা তলবতু। য়াইমা করিমত খুমজদে। শেলদু তথা লৌশীল্লি। তিঙক তিঙক সাহেপতা য়েংদুনা লৈ।

— চৎলোদনা, লৌরবদি কৈদৌরি?

তায়াইমা তথা তথ্না থোরকই। এল: ডি: সি: নলীনী মখুত্তা শেপর অমা পায়দুনা চত্তলকপদু য়াইমাগা লেংথৈনখি। সাহেপ কী কাদা চত্তহৌই।

— হয়েংদি হুটনিনা ওসি থরা থেত্তলবসু চেদু লোইশিননিকো। য়াওশংগীদি করিমতা লৈরোইদরা?

থোত্তজিল ময়াদা মখুত্তগী শেলদু মশীং থীরিঙেদা মশেল মরাংওই করিওই য়াইমানা তাখিবনী। মখা তানা লেপলমদরে। সাইকল সেদতগী সাইকল ইস্তোকলুরে। চৎলগে খল্লকপদা ওইহ্নাক খনজানে। চৎলগে তাক্রমদনা থোরকপনি হায়বা কাউথোক্রুই। পরপ পরপ চেল্লক্লুনা সাহেপকী কা য়ৌরে। পর্দা হাইদোকত্রিঙেদনি। নোকপগী মখোল তাই। য়াইমনা মখোল খঙবা ঙাক্তনি। অমনা সাহেপকী মখোলনি। অমনা ষ্টাফকী কেরানী নলীনীনি। য়াইমা থুনা য়াঙনা অদুম থোরকলে। সাইকল থৌরগা অদুম য়াইমা চৎখ্রে।

নোংমসু নিংঙোল চাক্কৌবা ময়ানি। চহী অমগী মনুংদা অমুক্তং তাঙনা থোকপা থৌদোকনি। ঠিকাদার ময়ামগী বিল থাদোক থাজিনগীদমক্তা ডিপার্টমেন্ট অয়াম্বা থবক ওখাক চিল্লী। তয়াইমাথোয়গী ষ্টাফকীসু থবক চিল্লি। য়াইমা হুমাং তারে। ময়ামগী পাউখোলদা মকোক ঙাওরে। চে অমুক থাগনি। চা অমুক লৌগনি। পান দুকানদগী কা মতপসু লৌগনি। কা চাদবা কাঙবুগী চুরুট মিঠাই খরসু য়েপকনি। ওইহাক্তা পোখাবা ফংদে। নংলবা য়াইমা কোইচেল য়েল্লি। তলপনা হৈক্রু মনাদা য়োমবা য়াইমাগী থবক। অদুবু য়াইমা ওসিদি হুমাং তারবসু তানা হৈনিংনো হোৎনৈ।

ৰাখল নুংঙাইনা চেল্লি নংননবা। মচানুপী অহল ময়াং ইম্ফালদা ওংবীদু হয়েংদি ওক্তা লাকউ হায়খ্রবনী। চাক অমতংদি শোয়দনা চামীল্লফম থোকপনি। চহী অমগী মনুংদা য়াম্না তাঙলবা মপা-মচা, মবুং মচলশিংগী মরক্তা নুংশিনবগী মরী চেৎশিন্নবনি। অদুগুম্বা অহৌবা অমসুং অরোইবগী তাফম ওইরীবা মরী অদুগী চাওরবা থৌদোকনি নিংঙোল চাক্কৌবা। মচা নুপীগা চাক চামীল্লগদৌরীবনি নুংশি চান্নন। ৰাখল অসিদনি, মরাইবক্তা হুমাং তারফাওবা য়াইমানা ৰাবা খঙদ্রিবা।

ময়াম লোইনগ্রবা মতুংদা ইকোন কোনবদা য়াইমাবু সাহেপনা কৌশিল্লকই। য়াইমা পরপ পরপ চংঙি। টেবল মনাকরাইদা তুশোন মানশোন্না লেপ্পী। সাহেপতু য়াইমাবু মুননা য়েংঙি। শাওরং য়ৈরংননা তলপতু ইস্তোরকই টেবল মথক্তুদা।

— সে ইবুংঙো। থবক্কা কানীংদ্রিবা, তলপনা পাল্লিবা। [illegible] কানীংদ্রবনিনা শেলসু ৰাৎনা লৌরোকে।

য়াইমানা শেলদু লৌশীল্লগা মশীং থী ৰাৎনা পিরকলে শেনফমদু। য়াইমা মসতর য়োলদা তৌখনী। নোংমা নোংমাগী খুৎশুমনদা পানবা শেনফংনি। নুমিৎ ফনা য়াম্না ককথৎপীরগা পীরকলে। য়াইমা খাঙবা ঙম্লক্তে। কপনীংবা হায়বদু য়ৌরকই। মরমদি

হান্নবা কোয়দনা লৈরবা শেনকম্মদুদা অমুকস্ খাৎনা পীরক্রবা। মীগী য়ুক্ষনাক শাগেদা চনপ্রবী মচা নিংঙোলগীদমক্তা খুদে মতুপ অমত্তং ওইরবসু তম্বীনীংবনী। মপুক্লীংদা খক্সি। ঐখু সাহেপতা করি কায়খিদুনা ঐখু নুংশিবীদ্রিবা। মঙোন্দগী হেন্না কাদবা খাঁহারি পিওনদি চপ চানা পিখিবা উদ্বৌরে। য়াম্না নীংজিং মাঙজিংনেনা হায়রকই।

— সাহেপ, য়ারবদি মপুংফানা পীবীবা য়াবনী। নোংমো নীনিখক্তং লেপচখিবদুসু ঐনা হান্নবা সাহেপতা নীংশীংজখিবদুনি। অঙাং অতোম্বদু ডাক্তরদা পুখক্তুনা ...।

য়াইমাগী বাহে মপুঙ ফাবা ঙমখিদে। খংলাউ লাউরকই।

— হে। মরৈসু য়েংলীনে মসে। নঙদরা নচা লৈবা। কান্নরোইদবদা বা পঙঙাং ঙাঙগনু য়াইমা।

য়াইমা ঈ-কাদুনা নুমিত্তু থোরকখি। খা চীক্নুনা খাঙখি। হঙ্গৎনা খুম্বা ঙমখিদে। মহাক্কী মথক থোংবনি। মহাক খাঙবা তাবনী মহাক খংঙি চপচানা। নলীনী টাইপ ফুনা ফুনা য়াইমাদা লক্করকই।

— তায়াইমা, থবক তম্নবদি পৈশাসু মশা নারমলনিনে।

য়াইমা মচীন ফাওবা কাঙলমখিদে। মহাক তলব য়াম্না ফংজদ্রবসু ভাবতি ফজনা তাবা মীওইনি। নলীনীগা মায় ওনশিন্নবা অফবা ওইরোই হায়বা য়াইমা ভাব তাই।

মমাঙগী থা খরদা মচিং ফত্তবা পিওন অপাবীদু নলীনীগা য়েংথীনরুবদগী অরায়া মফমদা এাজফর তৌখি। মদুগী দযাদু য়াইমানা তশেংনা কিজ্জে। অচৌ অশাং নকশীন্নবা মীওইগা নিংঙাই শংদাইনরবদি অফবা কর্ম্ম ওইরোই হায়বসি য়াইমা থক কাওবা লৈতে।

ফম্নম ফমফাত্রি। বেল অমুকসু খিঙলকই। য়াইমা খুৎলৈ থুনা চঙঙি। লেপলুই অমুকসু খোয়শাওনরবা সাহেপকী মমাঙদা।

— হায়! হয়েংদি ঐগীদা ঙত্তা লাক্কদবনী। হংচিন্তি শোরাৎ অমা লৈ। হয়েংদি থবক অকনবীনী খঙলব্রা? ঙনতা লাকউ। চৎলো য়ারে।

নোং ঙানলম ঙানফাত্রি। য়াইমা মফি তনশেং শেৎচীনলী। মাগী নুপীনা হংলকই।

— মহোয় পাবুং হুজিকপু বজার থোঙ হাংলমলদ্রনে? ঙায়োনবীবু অমতা লাক্রমখিরোইদা। মচা নিংঙোলবু ওহ্যোক্সা নুংশিথ্রবা হায়বদু ওইরে।

য়াইমানা হৈনিংদনা তপ্না খুম্নকই।

— ঙদু নঙ লৈহৌরো। ঐদি সাহেপকীদা মান্দব খনবা চত্তবা য়াদ্রে। সে। পৈশাসি লৌশিল্লু। অসি হায়রগা পৈশাদু মাগী নুপীদা পীশিল্লি।

— হাইমা। তলব চাবা হায়দনা তাম্নরিসিদি মখোয় পাবুংগী তলব খুৎচাসিদি শুকচরে। করি সাহেপনেগে মদুবো। মখোয়গী মপানা লৈরমবা মীনাইদু মঙায়রেনে।

ইচাগী থবক অমতা তৌহনজনিংদরে। খিন্ডং হাকঅমদিনা। মাগী নুপীনা মনিঙ তম্না চৈহৌবদু য়াইমাদি তাখিদ্রে।

নোংমা অমসুনি। য়াইমাগী মনাকোংদা বেল খিঙবগী মখোলদু ব্রজ তারকপমুক হৌনা তায়। নাকোং শিঙজা য়ৈবগুম য়াকনা খোক্রবা মখোলদু য়াইমাগী পামজদবা য়ৌনা থেংলে। অদুবু মী মচাগী শিনফমদা হিংলুবনা করিদি তৌনি। পেন্দবা কয়ামসু পেনথোকচৈ ফমনগ্রবনী খন্দুনা। করি খোইনা নুংঙাইতবা তৌজদবনী। টেবল মমাঙদা নিতিগুম লেপ্লুই। মহৌশাগুম য়াথং ঙাইরি।

— য়াইমা নঙ পাউখোল অমা শীবা তারে।

— তাকপিয়ু ।

— নঙ চিফ ইঞ্জিনিয়রগীদা চত্তবা য়াদ্রে। ইমরজেন্সিনি। অদুগনে চংত্রিঙেদা চা অমুক্তা লৌবিরম্মু। পৈশা সে লৌশীল্লু।

নুমীত্তু য়াইমা থবক য়ামনা চীনবা নুমিৎ খোকলম্মী খজিক্তুং ঙন্না ময়ুমদা কুম্লিংবনী। স্বর য়েংলগা মরাইবক য়েংলকই।

— সাহেপ, চেদু হয়েং ঙস্তা লাকচরগা থাজবা য়ারোইদ্রা?

— হে, নঙ, পিওননিনে বুদু! খরা তৌরে মচা নারে। অমা হায়রে থবক চিল্লি। য়াইমা নঙ হন্দক শোয়রোইকো।

য়াইমসি হান্নদি খাঙজবনি। হায়দবা য়াদদুনা হায়খিবনী। মমৈদা ইরায়বক্লনি খনদুনা পুম্নমক তুংওইননা থমজে। মহাক মতমচুপ্পদা কাউদে। অচৌবনা অপীকপা থাক্কী মীওইববু হম্বনা য়েংবদি অনৌবা নত্তে। অদুবু নোংমা ফাদোকসু মপুক্কীং নুংশিরকই। কৈরোয় লৈকায়গী মীনা লকনৈ মহাকপু হেক উবগা। য়াইমদি অচৌবা খনবা হৈ। মী নপ্পসু হৈ। য়াইমা খুমদে। নোক্লগা তায়। অশেংবমকনি য়াইমদি সরকারগী কর্ম্মচারী ওইবতা নত্তে। লনাই কর্ম্মচারী অমসুনি। খুৎশুমল চপ চানা ফংবা ওইরবদি য়াইমাদি জীপ কারগী মপু ওইবা য়ারে। মচা মশাদুগা মাগী নুপীগা মখোয় তরেৎ চাবা ইমুংদুদা য়াইমাগী তলপ মতাদুনা কৈদৌননি। নুমিৎ মঙানি ফাদে। শীৎ- নানখি। ফুরিৎখাওদা শনিনা চহী চামগা নিপাল য়েংলবা য়াইমনি। মফি ফুরিৎ অনি শুনা লিৎপা ঙমশিল্লক্তে। নোংজুথা লাকই। নুপী অঙাংগী বাক্তনবা মশীং শুনবা হোৎনবদা ছাটিন অমফাওবা লৈজবা ঙমদ্রবনী। নোং হনজিন হনজিন চোংপদগী লোক লাইহৌ তৌরে। নুমিৎ খরনিদি থবক কাবা ঙমদরে।

ঙসিদি মশা খরা নুংঙাইবগুম তৌরদুনা য়াইমা থবক কারকই। ওফিস য়ৌরকপগী অয়ামনা মঙ্গেনদা লোইনা য়েংলকই। মহৈ মহৈ তুমিন লৈনবগুম তৌই। মাগী তুল অমনবদুগী মঙোন্দগী অহল ওইরবা তাদ বীহারী ফমদুনা লৈরম্মী য়াইমা উবদা তাদ বীহারীনা হৌদোরকই।

— য়াইমা নঙবু সাহেপনা থির মবগুম তৌবনি।

— করিগীনি হায়বগে তাদ?

— ইয়ামবদি ময়ম থোইদোকপা খঙদেনে।

য়াইমা সাহেপকী মনাক্তা পরপ পরপ চত্তুই। নুমিত্তুদি মহৈশাওগনা লাও থোকমক্তি তৌরক্তে।

— য়াইমা নঙ থৌবালদা লৈবা তারে।

য়াইমা খংত্রেক থংডি। ভাব হায়রল তাই। মীখলু অনিদু পি য়াম চেল্লী। কিনা কিনা হংজরকই।

— সাহেপ, লোক খুলাই কয়া তৌরদুনা — । মতুং মনাও অমুক হয়া — !

— করে তোকলো। মতম হেনদ্রে।

য়ারবদি অমুত্তুগা হায়জগে খন্দুনা নোনখংলকই। সাহেপকী হাওলবা চৌকি অদুনা মঙোন্দা করেম্নবগুম তৌরী।

# লানফম

মমাঙদা মী তুবৎ চংপা য়াদে নুংশিতোম্বীনা কৌশিল্লিবা। ইবেম্মা হোঙনা পীথোক্লগে, ইচে করি য়েংশিগে। শুকলেপ লেপতে।

মমাঙদা মনা মশীং থরা চাইথোকলি। মথা মথা শন্দোকলি। চৈ অহম্না ফাংথোঙ শানা য়ুংলগা ছাটিন শেগায়বা অমনা মতোনদা নুংশা ঙাক্লি। মনাক্তা চহী কাদ্রিবা অঙাং অমা মথবাই তানা শান্নরি। শু-চামবা বাৎপদগী মচু লৈত্রবা ফুরিং শেগায়বা অমা লীথলি অঙাংদু। কুদাম অমখক্তংনা চৈঙাক ওইরদুনা ফুরিং অদু অঙাংদুগী মশাদা থরাক থরাক য়াম্লে।

নুংশিতোম্বী মতুঙ হন্না হন্না অমুক অমুকসু লৈথরকলবা নুমিৎকী মঙালবু য়েংঙি। মশাদু তথক তথকই। মীচং মীথায় নাইদ্রবা নুমিৎনদি লৈখা তন্না তপ্না তপ্না হাইথরকলে। মঙাল শন্দোরকত্রবা নুমিৎপু নুংশীতোম্বীনা নিন্দা তৌরকই। মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি। মমাঙদগী শিৎহৌদ্রবা মনা মশীংশিংদু তপ্না তপ্না লোইশিল্লি। নুংঙাইনা শান্নজরীবা পীক্লীবা মচাদু পোখৎখ্রে। ইন্দ্রাল টু ককৃটীং থাবা বসন্তুদা নুংশিতোম্বী কাখৎখ্রে। ফম্মীন্নবা মচেম অমনা হংলকই।

— ইবেম্মা নুংশি, ইশুক শুকথনা উইদা। নশা ভমত্রবরা নঙবু?
— ইচে, হকচাং কৈগু তৌদে।
— পোৎ শিথত্রবরা নঙবু?
— উম ইচে, ঐ কৈথেল খোল্লীংত্রে।
— হেরো ইনাওসিদি, অদুক নবুক্লীং হনবা হৌনদে। ইচেখোয়সু নোংমা ফাদোক থেংনরিবনী। কপ্পীংবকা য়াওরকখিনি। নোংমনা খরা তোংবা নোংমনা খরা অমুক মাঙবা। নঙতগী নত্তে।

বসকী খোঙনাওদা উরকই। অশংবা লৌবুক্লা মীথয়েংগী ভমখৈ য়ৌনা তান্না শন্দোকখিদুনা প্রক্রিতিগী নীংথিজববু মশক তাকলিবা। তুমপক তুমপক তানা লেপলীবা শংবান্নবা চীংশাং পরেংশিংগা, শামথরক্লবা নুমিৎকী মঙালদা তরু তরুনা উরিবা অতিয়াগা শম্নত্রিবা। বসকি মীংশেল খোঙনাওদা নুংশিতোম্বীনা খোয়দানা মমীৎ কুপতনা য়েংলি। হৌত্রবা মাঙলমচংকী মপুনসিবু মতেক মতেক নীংশিংলকই।

মথোৎ কারকঙৈদনি। নোংমা চৈরাওবা নুমিৎ অমদনি। মশুং মমান্নবীশিংগা চৈরাও চীং কাম্মীম্রে। অঙম্বা চীংমায় কাবদা অদুক বারবদসু বাবা খঙখিদবা, য়া য়া নোক্লুনা হুরাও মথোই কাখিবা নীংঙোল ওইরিঙৈগী মপুনসি। অহিং মচেত্তগী হৌগত্নুনা শংব্রে মনা খুবাম থন্না হাপতুনা ফুৎলবা চেঙহীনা লুবদা অইংবা ফাওখিদবনী মতমদু। খুনগী হিদেন তাফমদা পুমথন পুমলাং। অমনা ভাঙবা অমনা তাখিদে। কালেন থানা পানথৎলকপদা খুনগী লাইবুঙদা নুংশিতোম্বীসু পেন্না জগোয় শাখিবনী। চেংলবী খ্বাঙদা থম্বাল মচুগী লময়ৌবী ফনেক নাইবীনা তপ নপ্পা শেৎ, রেশম ফুরিৎকী সনানা কোজোল থিনবা ফুরিৎকী ফীবাননা পুমবুম্নবী পামবোমদা তা, চনাং কুংনা হৈশিংনা থারবা অপাবা নমথানো খ্বাঙচেৎ চেৎনা লাকশিন, কজেংলৈনা জুম জুম খোঙথাং খুদিং তাম্বা পিদুনা কোয়রপ কোয়বা মাগী মায়থোংবু ফজবগী তুঙনফম ওইহন্নদুনা লৈমা জগোয় শাখিবা। য়েংথংবা নুজাগী শাইনোনলত্তা লৈশাং তমত্রিবা তখেৎলৈগী লৈয়োনলত্তা শংব্রে মপালনা তোমথিন ভালহনবা নাচোমনা লৈতেংখিবা। য়াচঙবগী মনীং তন্নবা নুংশিংকী ইপোমগা তাথরকপা লুতুংগী শন্নাংগা তাম্বা চানা হৌমিন্নখিবা ইপোমদা অয়েংবগী পুক্লীং শুম্নাংখিবনী মতমদুদা। মীয়ামগী মমাঙদা লৈনা জগোয় পেন্না শাখিবনী। থেক্ত থেক নৌগ নৌ পেনাগী সুরদা খোঙনেৎনদুনা। মথং মথং মীৎমাঙদা হৌজিক্তা থোকখিবগুম নুংশিতোম্বীনা উরকই। হৌজিকনা মদুগা ওন্না তৈনবা ভাক্তা।- মরেক মহাও থাংত্রবা পুন্সি। চাবা থকপা মনীং থুংত্রেবা মচাশিং, গুবা চৎপা ভমত্রবা শোইনাইরবা মপুরোইবা; বাস্ত পাত্রবা নুংশিতোম্বীগী মরলশিংনি।

খোংজোম, খোংজোম! নুংশিতোম্বী খংপ্রেক খংঙি। মনাক্তা ফম্মীন্নরীবী মচেমদুনা তাকপিরকই।

— ইবেম্মা নুংশি! কুম্বা কাওরবরা নঙবু।

হোয়সু মাইসু করিমতা হায়রমদে। পরুপ পরুপ কুমথল্রে। নুমিদাং ওইশিল্লকই। অত্রেবা খরা থোং থাকুনা মচাশিং অমদি মপুরোইবুবু শীজ শীথক তৌজে। নুংশিতোম্বীনা হৌদোরকই।

— ঐ হয়েংদগী কৈথেলকা অমতা চৎলরোই। লৌকুম্বা ওইনা চৎলনি।
— লৌ কুম্বদু কানবুদি কাসে। অদুবু ইচা তোম্বীসিদি থমলম্বা য়াবা মতাঙসু নথস্রি।
— ঐ চৎনিঙঙ্গ্রে হায়রিসিনি। ঙসি পোং অমতা শীত্তে।
— ঙসিতং পোং শীথল্রগা অদুক শাউবা। হয়েংদি শোয়দনা শীথখিনিদা।
— মখোয় মপানা হেক শীৎহনবীরুরো।

নুংশিতোম্বীদি মঙাঙথোকক্কী মঙাঙথোকনি। শোল্লবা মপুরোয়বনদি মথবাই নুংঙাইহন্বিদরে। বা মথা তারকখিদ্রে। চহী মতাঙগা হকচাংগী ফিভমগা চান্নবা উদ্রবী মাগী নুপীবু মপুরোয়বনা মুন্না য়েংজরম্মী।

— থুমোক মচা মঙ খরা লৈরিবসি অবাংগী ইতৈমনা য়োনবীগে হায়বনি। হয়েংদি খরা পীরুচো। ইম্ফালদনা মমল য়াম্না শীৎলি হায়রমবনি। ঐসু ফম্না ফম্না শুজিনবা য়াবনী। হয়েংদি বা য়াম্নবা নিপামচা অমতং নেকপা তারেদনা।

নুংশিতোম্বী খুমলকত্রে। মমীৎ মীৎলুদগী তারকলীবা পি মরিকশিংদু মপুরোয়বনা উদনবা থাউমৈ পোদোনগী মৈঙালদগী লৈথোক্লবা হোৎনখি।

নোং ঙাল্লে। ঙরাং শীথখিদ্রবা মনা মশীংশিংদু মকোক্তা ময়োম চাওনা থোঙ্গৎলদুনা নুংশিতোম্বী বস নংনবা হ্রথু হ্রথুনা চেনথোরকই। মাঙোলদা পয়া শিরিবা মপুরোইবনা হংলকই।

— ঙরাংদি কৈথেল চৎলরোই হায়বদাই?
— ফাগী অমুক তৌবীরক্লনু। খরা ঙম্না চৎকে খনবনি থেঙবু থেঙদোকখ্রে।

নোক্তুনা মাগী নুপীবু মপুরোইবনা য়েংহৌই। মনুং মতম চাদনা অম্না মৈশা লাংলবী মাগী নুপীবু মপুরোইবনা নুংশিনা য়েংহৌরি।

ঙসিদি নুংশিতোম্বী ঙরাং শীৎহৌদবা পোং খুদিংমক ঙল্তানা শীথত্রে। মপুক্নীংদা হরাওজে। খনজে, ঙসিদি কৈথেল লাইরেম্বীনা লেপ্পমক চানবীরে। নিতিগী মতম য়ৌফাৎত্রিঙে ঙল্তানা মপোৎ মচৈ লোইশিল্লে।

বস মনুংদনি। ললোনবী ঙাক্তুনা অয়াম্বা তোংঙি। মখোয় অয়াম্বা মশক ইথঙ থঙনৈ। ঙরাং থেংনখিবী মচেমদুনা হংবীরকই।

— ইবেম্মা নুংশি ঙসিদি কমদৌবা।
— ঙসিদি ঙল্তানা লোইথোকখল্লে ইচে।
— অদুনিদনা ইনাওসিদি। ঙরাংদি নথবাই নুংঙাইহল্লবনী হায়দনা ইশুক হেক শুকথবদুদা কয়াদি নুংঙাইতরে।

### ঙাই কপী ওমথৈ—১৪

মঘুম হেক য়ৌবগা মপুরোইবগী মমাঙদা শিংলকপা লেনসোংশিংদু পোংথা পোংথানা মশীং থীরী। মপুরোইবনা লক্নরকই।

— ভসিদি দাও য়াবা নুমিৎ হায়বদু তারেদনা।
— ওয়াইনদগা শীংলদি ঐখোয়সু তনবীবা নত্তেদা।

মপু মনাই নোকমীয়ে। মথরাই তানা হরাও মীনোক মচা অমতং তমবদুনা কয়াদা মথম্মোই মথম্মোইদা অপেনবা হায়বদু ওইজরীবা। পীক্রবা খাংপোক অদুগী মনুংদা পীক্রবা সংসার অমগী কয়াদা মমল লৈত্রবনো। পীক্রীবা মচাশিংদুনা শোল্লবা মপা অমদি মচু তাত্রবী মমাগী নুংশিনা নাহুবীবা খুবামনুংদগী ফংলিবা অমৃতগী মশক ওইরবা নুংশিবা অদুগী মমল কয়াদা য়ামত্রবা। লৈত লায়রগী লায়নানা মশা পুম্বা কুপত্রবসু শান্তিগী পুন্সি অদুদি তশেং তশেংনা শিদহীদাকনি। ●

# চোইজাইনরবীদু

নোং থীংলি থীংলি চুবা নুমিদাং অমদনি। হনুথংদা সিনেমা য়েংলুবা হায়ববু নোংনা পুমচোং চোংলে ইশাপুম্বা। কুম্মৈ ফিয়োংদা থবায় য়াওখিদবা চহী ফনা ময়ামশিল্লকলবনী। কদায়দগী কুইনা উন্নথিদ্রবা মরুপ অমা হেক থেংনরক্দুনা নৌনা লাইমীং লৌরম্বনী। মরুপ অদুনা উরিপোক কাংচুপ রোডলোমদা থৌথখ্রে। ঐনা থোং নমবোনবী লাছোক্লুনা য়াহেংবম লৈকায়রোমদা থৌরকই। কৈশামপাং থোং মপা হেন্দোরকপদা মন্তায়রী। খজিক খজিক চোংলম্বদগী ফনা য়াম্না চোংশিল্লকই। য়ুম পরপ পরপ য়ৌনীংলকই। সাইকল খোঙনেং থুরপ ওংলি। উচিন নাচিন্না এলাংবম লৈকায় মপা য়ৌরে। মী লনতক তৌরকই।

নোং চুবগী থরগা মমবনে অমুক্তোইবা লোইরে। হাথু হাথুনা থৌরিঙেদা মীগী মওং মানবা করিনো অমদা গ্রোং গ্রাং লাওনা ঐ তুশিল্লে। ঐনা খংলাও লাওই।

— হে, ঙাওবু ঙাওব্রা? শোরোক ময়ায়দা অমম্বদা চংলিবা নঙবু।

সাইকল লাকই খঙঙদি থৈদোক য়াদ্রা?

অমম্বদা লৈরমলীবদুনা বা ঙাঙলকই।

— শাওবীনু, ঐহাক খঙদতৌনী। ভাঁব ওইহৌদ তৌনি।

— আই! নুপীনবু অমম্বসিদা নথনতা। কদায়দগীনো নঙবু?

সাইকল হুদং হুগৎনা ঐনা হায়দোকখিবনী। চঙশিনদুনা মনাক নকপীন্না য়েংজুবদদি নহানি হায়বা খঙবা ঙমলে।

— হায়মা, ইবেম্মা শোক্রবরা? কমদৌনা অশুক থেংলবসিদা মকমসিদা লৈরম্লীবা?

— কৈগু শোক্তে য়ারনী।

চিংনবমা পোক্রকই। মথা তানা হংঙি।

— ইবেম্মা, মতম চাদনা লৈরম্ববু কদায়দা চৎলীবনোনে? কৈগু খনগনু। ইবুংদা হায়মু, হঙোইগনু।

নুপীদু পাউখুম পীরকখিদরে। মদুগী মহুত্তা শুৎ শুৎ কপথোরকলে। ঐহাক নাহোকপা য়াদরে। পুক্নীংদা মওল মওল খল্লি। ঐনা হায়।

— মতমনগা ফত্তবসিদা কদায়দা চৎকদবনো। থিনবীরম্মু হায়বরা? অশ্বায় অনকপদগীবা নঙবু?

— তাদ হায়না কৌগদ্রা, ঐহাক মরী মতাশিং অমগী ময়ুমদা চৎকে তৌবনী। অদুবু নুমিত্তি তাথোকখ্রে।

— মবী মতাদি করি লমদনো?

— শামুরৌদা ইন্দোমচা অমা লৈ। ঐনা অঙাং ওইরীঙৈদদি অমুক অনিরক ইমাগী মতুঙ ইন্দুনা চৎলুরবনী। হৌজিক্তি য়ুমদুসু কদায়দনো তংদাংবা কাওখ্রে।

— ইস। শামুরৌদা। হৌজিক কদায়দগী য়ৌবা ঙম্লগদগেনে। ঙসিদি ইবুংগীদা অসুম লেপ্লসি হায়ববু নঙ চিংনবরো? নোং ঙাম্লগা তপ্না থীনবিবগেদনা। নঙবু কবি খল্লিবা?

নুপীমচাদু খুমলক্তুরে। ঐনা অমুক তকশিল্লি।

— মতমসি ফৎত্রবনিদো ইবেম্মা। ঙসিদি ঐগীদা পোথাবসি। ইবুংদি ইচলগকা লৈজপোৎ নত্তেদা। হায়রীবসি য়াম্না কায়রব্রনে?

য়ানীংলমাদ্রে। ইতুংদা শোৎ শোৎ ইম্নরকই। যুম য়ৌরকপদদি ঐখোয়' মমাদু লেমর্টন অমা পায়রদুনা থোঙালদা নুংশা থীনা ঙাইদুনা লৈরমলে। তৌরিবদু উবদা মমীৎ মনা চপ য়ুংখ্রে। ঐনা তুমিল্লা ইনাত্তা কৌশিনদুনা মচেক ময়াদা ভাব তানবা ইঙিৎনা খঙহল্লে। নৎলমদ্রবদি মচা তরেৎকা লামবা পাবদা চোকথদ্রবা ঐখোয়' মমানি। লেম্না থাবীগদবা নত্তে। মতাঙ চাদ তৌনী। নত্রবদি লৈকায় কুপ্সে ওইদৌবনি। কনানসু নুংশা থিরোইদৌবা। ইতুংদগী পোলি পোলি লেপলীবদুদি ইমাম্লবসু নত্তে। মহৌশা চুমদ্রিং চৎচরকপগী হিংবগী বানি।

চাক চামীন্নরিঙৈদা বারী হৌদোরকই। নুপীদু লৈশাবীনি। অৱাং পোৎশংবমদগীনি হায়না তশ্মি। মমা মপা অনিমক লৈত্রবী অমনি মহাক। মবুং অমতং লৈরী হায়। মদুসু নুপীনা হোইখ্রবা। ওয়্হোকপা ঙাক্তা। মসিবু ওইথোকপা য়াব্রনে। ইথত্তা পুক্নীংদা খনবনি।

মবুংগী মনাক্তা চৎলুই। মনম্মগী খুজিলদা চৎপা মবুং ওইরমলে। মাগী মফম ফংলকত্রবদা মহাক অমুক মায় ওল্লকখি। মহাক হিংবা পামবদগী হিংনবগী লমবেল অমা থিরকপনি। খুভম চেম্ত্রবা নুপীমচা অমগী ফিভম ওম্ভোকনা বানীংভাইগী মশকনি। ভসিদি পোখানরশি হায়নরদুনা মাগীসু হীপফম ঐগী নুপীনা শিনলে।

নুমিত্তু চনিঙ ইতা তারমদে। তুমথবা ইয়ামক য়াদরে। মওল মওল খল্লি। সংসারসিদা অমগা অমগা কয়া য়াম্না খেৎনরীবা। মাগী মাগী মরায়বক্তা তম্বা অদুবু পুরদুনা হিংলীবা অদুবু পুল্লি কৌবরা। ঐহাক তশেংনা চমম্বরম্মী। খন্না খন্না তুমথরম্মী। উরোল শারোল তৌবদা মভায়রী। ঐখোয়গী নুপীনা তনহৌ হৌদোরকই।

— করিনো মহোয় বাবাসিবু । তুমবা চঙলিবরা হায়বা। ভরাংগীদু লৈরমদরে হায়বনী।

— ভরাংগী হায়বু কৈনো?

— হো ভরাংগী লৈশাবীদো। ঐখোয়দা লেকপদো।

লোংনা ফুক হৌগৎলি ঐহাক। মপানদা অবাংলোমগী বুদ্ধিনা লেপলাউ লাউরকই।

— তা' গোপাল! ঐখোয়গী লমজিনসিদা হীপফম ইরে লৈত্রদৌনা লৈশাবী অমা হীপহৌরে হায়নে। লাওনে য়েংলুসিনে।

— করিনোনে বুদ্ধি নঙনা ভাঙলীদুবো। কনানো হীপহৌরীবনা?

— হেরা, পঙত্রে ঐখোয়তাদসিদি। শোরোক্তা হীপপবু করি ওইনি হায়বগে। য়েংদা য়েংলুসি লাও।

ঐখোয় নুপীগা ঐগা শংত্রিক য়েংনৈ। বাদি ভাংনদে। মীৎ না চপ য়ুংভি। ঐ মখা তারমদরে। বুদ্ধিগী মতুঙ ইন্দুনা অদুম লমজাওরোমদা চেনখোকলে।

মী ময়াম অমা কোয়শিল্লি লমজিনদুদা। অয়ুক ভস্তাদুদা মীয়াম অমা কোয়শিল্লমলে। মীরক খায় খাযদুনা মমাঙ থানবা চঙশিল্লি।

বুদ্ধিদি আ মতুঙবাইদা লেপতুনা লৈহৌরমাম্লে। করম্বা কানদা চঙশিনখিবনো খঙহৌদে। খাইগী মমাঙদা ঐ লেপ্পুরে। উরকই, তায়োম্নরবা থৌদৌ অদু। মীৎসিনা মুম্না য়েংবা ভমখিদে। মীৎ অনিমক চেজেৎ উইশিন্দুনা খাঙখি। ভরাং নুমিদাংতা বারী বাতাই শামীম্নখিবনী। মাগীনি হায়বদা মমীদগী হেন্না লৈত্রে হায়বা স্নারবী মরায়বক থীরবী মহাক অদুনি। হবাগাড়ীনা তক্লমবনি। মহাক্কীদমক্তা খরদং মফম কল্লম্বনি। অদুবু মতেং অদু মহাক্তা লৎনবদি ওইরমলোই। হিংনীংবগী ময়ায় চমথরক্লবা মপুল্লি অদু মহাকনা থঙইখিদবা শোয়দনা ওইরমবা য়াই।

পুলিস লাক্কুনা তিল্লিবা মীয়ামদু তানখায়ররে। তানখায়রবা মীয়ামগী মরক্তা ঐসু তপ্পা তপ্পা থোরকখি। খল্লি পুক্নীংদা ইথনতা। অসিগুম্বা চোইজ্জাইমুরবী কয়া কয়ামসু খুরক

## ডাইবরী চয়েংথ–১৮

হাওদবমখে পীক থম্না লৈরম্বা য়াই মফম কয়াদা। ওমগী খেংনক্পদুতংগী চৈনানা ঐবু চমম্রহনবনি।

য়ুমদা ঐগী নুপীনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরমনি। মহাকসু নুংঙাইত্রমাম্রে। মচীন্দা শোনলকই। ইনাওওমবনিদো, নুপী হায়বসিনা ওম্থোক্না তোনগ্রেদকো। মমীত্তগী মপি তৈথোকখি। ●

# ঙাহবগী ঙমখৈ

লখ্মী মপানদা লৈরীবা মথোল অহমগী দলান অদু ডাক্তর জ্ঞানেন্দ্রগী ময়ুমনি। মবুক মপাও ফৈ। মাগী লাইয়েং ফবগীদমক মমীং চৎলি। মীয়াম্না শোম্নে অমদি থাগৎনৈ। মাগী লোয়নবী নন্দীনী হুজিক হুজিক্কী মতমগা চপ চানবী চুনবী এডভোকেটনি। মতীক চারবা চারবীনি। ফিস্রাল মমায় চুমখৎলকপা হায়বদুনি। ময়ায় ওইরপ পানবা য়ুম্বান্দগী হায়ফেং ফিভম হেনগৎনা পাম্লি।

অয়ুক্কী মতমসিদি ডাক্তর অমদি মাগী লোইনবী অনিমক চাক চাবা ফাওবা নেনা তানা চাবা ফংজদে। মরমদি অনাবা য়েংবো লাকপনা নাকল অমা। ইবেম্মা উকিলদুগীসু কেশকীদমক্তা তানবা লাকপা মীনা অতৎ অথম লৈরমদে। মতৈ-মনাও অনিগী লাকলীবা মীয়ামনা হোজং ময়া অদু ঙাইহাক্তি নিতিগী ওইনা হিয়াংথাং বড়দু মঙায়।

নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদনি। ছুটি নুমিৎকা ওইবনে নুমিৎ অদু মী ওখাক তিল্লম্মী। ডাক্তবগী লায়য়েংফমদুগী চঙফমদা থোঙজিল মথক্তা নেম প্লেত অমা চপচানা থেৎলি। নাকল অমরোমদনা মাগী নুপী নন্দীনীগী থেৎলি। হেক চঙফমমক্তদা মরাক ময়ুং মাম্নবা কা অমা লৈ। মদুদা অরাকপশিংগী বাইটিং রুম ওই। চৌকি পরেং থারিবদু মীনা চোম্লে।

অঙাওবী অমথক মুন্না মুন্না য়েংল্তি। ঝাদি ঙাঙদে। ডাক্তরনা অহানবা লাকপা অনিগুবা মথং মনাও নাইনা কৌশিল্লি। অনাবা য়েংবা হৌগ্রে। মী মথং মথং য়েংদুনা নুমিৎ ফনা থেঙজিন্নক্লদুনা মীয়ামদু য়েংবা লোইশিনগ্রে।

ইমুং মনুং শেন্নবা থম্বা অঙাংজাও ঙসাইমখৈ থবক চিল্লম্মী। থবক খরা কোন্নক্লবদুদদি অঙাওবীদু উরক্লমাগ্রে। চৈ থাংবা হৌরকলে। মকনথি থোকপা মখৈ চৈ থাংলবঙ্গাওবা অঙাওবীদুদি করিসু নাচুংদনা ফমদুনা অদুম লৈথোকখবে। অঙাংজাওনা ঙাঙলি শকলিবদু মনাদা হাপত্রে। মশম মনা লোইনা থাদোক্লদুনা মখোঙ মখুৎ শৎ তিংথোক্লদুনা শাংগ্রোং শাংনা ফমদুনা লৈথোকখ্রে। অঙাংজাও মখোয় মরিল থীৎপা হায়বদু য়ৌবে।

— হায়, নঙবু ডাক্তর থোবক্লুনা ঝা থোক্লরনিনে।

কবিসু নাচুংদবা মতৌদুদা অঙাংজাও মচীং হৌরকই।

— মীনা হায়বিসি কবিনো লৈতেনে। নঙবুনিনে ঐনা হায়রিবসে। নমান্নবা অমত্তা সিদা লৈতে চৎলো।

অঙাওবীনা তপ্পা খুমলকই।

— নখোয়গী ডাক্তবদু* কোক য়েংবনি হায়বদাই। কদায়দা লৈ কৌরকউ। ঐগী কোকসি অমুক্তা য়েংগে।

অঙাংজাও মমীৎ খংলং লংখৎলকই।

— ই! নঙগী কোক য়েংগে হায়বা। নঙগী কোক্তুদি য়েংদুনা ফববোই খঙলব্রা। অবিবা অনাবনি নঙগীদুদি কো।

— নঙনা খঙপোৎ নক্তে অঙাওবা। ঐনা হায়রীসিনি। ডাক্তব কদাযদা লৈগে?

খংশাও শাওগৎলকই। অঙাংজাওসু মৈ হৌবমখৈ শাওরকই। নঙনা থোকপা তৌহৌরো হায়রল্লগা থবক অতৈ নোমবা চৎখ্রে। ডাক্তর থোবকই। অঙাওবীদু উরকই। কুইনা য়েংলমদে। অঙাংজাওবু কৌরকই। অঙাংজাওসু পন্দে। ডাক্তরগী নাক্তা লেপ্পরে। ডাক্তবনা অঙাংজাওদা হায়রকই।

— অসি খবা থেম খোক্তুনা পুথোকখিবা যাদবা?

অঙাংজাও মরীল ফগৎলকই।

— হে! নঙবু ঐনা ঙসাইনা চৎখ্রো হায়দবাও?

অঙাওবীদু শকফম শুক্কাই কায়দে। হায়রকই।

— ঐগী কোকসে ঙাওবা কুইরে। বেরাসু লৈরবা, খঙব্রা? নঙনা অমুক্তা য়েংউ।

ডাক্তর নোক্লম্মী। হায়বকই।

— নণ্ডগী অনাবদি ফররোই। অদুনা অনাবদু ঐ য়েংবো ওম্মরোই।

অঙাওবীদু হৌগৎলকলে। ডাক্তর দা মুন্না য়েংখি। মনাক নক্তা অসুম চঙশিল্লকুনা মমায় চপ তানা ওনশিনদুনা লেম্মরে।

— করিগী য়েংবো ওমলোই হায়বা। ঐগী অনাবা য়েংবা ওমলোই হায়রীবা করিমীনো? ঐগী অনাবা য়েংদবা শুকয়া য়ারোই। শুকয়া হেক য়ারোই।

ডাক্তরদি হায়গুম নোক্লি। তপথনা হায়রকই।

— ফরেনে, কোম্না তপ্পা য়েংলসি। য়ানীংলবরা? ঐনা নণ্ডগী অনাবা শোয়দনা য়েংবীগনি।

অঙাওবীদু মদু তাবদগীদি মওং অমা হোংলকলে। ফি ফি কামবমখৈ খংশাও শাওরকই।

— নণ্ড ঐগী অনাবা য়েংলরোই হায়বা নত্রা?

— য়েংবা ওমলোই হায়বা নত্তেনে। তপ্পা য়েংসি হায়বনি। ভাব তারবরা?

— হুম! নণ্ড তাং তৌরীবনী। ঐ চপ চানা থংখি।

মমীং কুপতবা মখৈ ডাক্তরদা য়েংদুনা অদুম লৈখরে। অশুক্কী মতীক মীথয়েং অদু শক্তি চেল্লি হায়বা য়াই। মাগী মীথয়েং অদুগী মমাঙদা ডাক্তর খাঙবা য়ানা থোকলম্মী। মবুকচেল তপ্পবা ডাক্তর জ্ঞানেন্দ্র মবুক্কীং হকচাং চপ মান্নবা চোকথরক্লম্মী। অসাবা ঈনা কোক্তগী খোঙ ফাওবা চপ মান্নবা চেল্লবোই নিঙলম্মী। নুংদা চাকপা মৈশানা মৈগী চীংগুম পোকখায়রক্লুনা হুমাং মরীক মরীকনা ডাক্তরগী মশা পুম্বা পমলুপ লুপলে হায়বা য়ারে। অঙাওবীসিবু কনানোনে মথনত্তা মবুক মনুংদা য়াহং কয়ানা তোয়না হংলকলে।

অঙাংজাও কৌরকই। ঈশিং খজিক্তং পুরকউ হায়রম্লগা মাগী কাদা থুনা য়াংনা চঙখরে। অঙাংজাও মমাঙদা ঈশিং গ্লাস পাযদুনা লেপ্লে।

— অঙাংজাও! অঙাওবীদু চংগ্রবরা, কদোমদা চংখ্রে?

— ঐদি ঈশিং কনবা চাকশংদা চঙজরুই। কদোমদা চঙখ্রবনো উজহৌদরে।

— য়ারে। ঈশিংদু পুখরো। ঐ ওইহাক্তা পোখাগে। কনামত্তা চংহল্লকনু খংলব্রা? ডাক্তর হকচাং ওমদে হায়গদবনী।

অসুম্না নুমিৎ থরনিদি হৌখরে। খনজিনলুরগা জ্ঞানেন্দ্র অঙাওবীদুবু চম্না লৌবা ওমলক্তে। মীমান্নব্রবীদুগী য়াহৈ খোনফম, অশুকপা মীথয়েংশিং অসুম অসুম নীংশিংলুরগা করিগুমবা হৌগ্রবা থরা ময়েক শেংফাক্তনা নীংশিংলকপগুম তৌরকই। খ্যায়দগী নীংশিংলবগী মচাক ওইরবীবদি অয়েকপা মানবা চুমথাংগুম্নবা শিগুম অনিদুননি। ওইথংবা শিগুম মথক্তা ময়ায় চপ চানা থুংলিবা অমুবা শমক্রু অমদি শেমবী শাবীদবদগী মতুম মতুম তানা নপশিল্লদুনা ভাংশং ভাংলবা শম, অদুগুম্বা শম্না লৈতেং ওইরীবা ময়েং অথরবা [illegible] অনিগা লোয়নবা মায়থোং, মখোয়শিংদুননি ভসি নৌহৌননা মৈচাক অমগী মৈশা ফংহল্লরীবা য়ান্নসু খাংওমগ্রিবগী মচাক অমা ওইররিবা।

## ঙাইবগী ওয়েথ—২২

চহী তরামন্তা তরুক্কী মমাঙদনি। জ্ঞানেন্দ্র মতমদু মোইরাংগী প্রাইমারী হেল্থ সেন্টর অমদা পুরীঙেদনি। থম্বালঙৌবী খুলদুগী লৈশাবীনি। মরাম্বক থীরবীনি থম্বালঙৌবী। মচে লুপ্রাবী অমথক্তংগী মরুম থুপতুনা হিংলীবীনি। ডাক্তরগা মরী লৈনরে খঙলকপদগী মচেম্মনা কয়া থম্বালঙৌবীদা তাকই। থীকনেঙ্কনা থা লামলুবদগী ওইরক্কদবা তুংগী ফিভম লাকশিনদুনা য়েংহল্লি। চঙলুরবদি হন্দোককে বাবা লম্বীদা চঙশিল্লুদনবা মচেম্মনা মনাও ওইবীদা তত্তনা ঙাঙ শকই। অদুবু থম্বালঙৌবীনা মচেমগী য়াথং ইনবা ঙমখিদে।

মমৈথংদা নীংঙমদবা পোকলকই। মৈশা লাংলকই লোয়নবা মদুগী চৈনানা মশা পুম্বা চাকথেকলকই। খুদি থীরবা তুংদা মীং পাঙলকলে থম্বালঙৌবী। করি নুংগীনো থন্নকই। ঙ নোম্নগা হমাং মমলনা হিংজবা মীওইশিংবু শেনজাও পায়বশিংনা খোঙয়া উকুলগুম্না উবা অনৌবা মীওইবগী শাজৎ নত্তে। ইনাক কৈরাক খুনবশিংনা লায়রবশিংবু হন্থনা য়েংবত্তা নত্তনা মখোয়না তুক্কচনা খল্লি। অসিগুম্বা মীওইবা কৌবগী অচৌবা অশোয়বসি মীওইবা ঐখোয়নদি শেল্লীবসু। বাথল খনবা ঙম্বা মীওইবগী মরক্তনি অসিগুম্বা চৎনলোনচৎসিবু চৎলিবসু।

নুংশিবগী মহাও তংলুরবা জ্ঞানেন্দ্র অমদি থম্বালঙৌবী অবাবা ঈপাক্তা ঈরাক্লরকখি। কনাদা ফোঙদোক্তনা নুংদা চাক্লরকই। অচৌবা শাগেদা পোকলম্লবা জ্ঞানেন্দ্রনা থৌনা ফনা পিতং পাতংলবী থম্বালঙৌবীবু ময়ুমদা পুশিনবদা নীংহন্নরকই। খেৎনবসিগী মরকসিদা জ্ঞানেন্দ্র লম্মুক্লবা হৌরকলে। চরাঙনরিঙেসিগী খুদোং চাবা লৌদুনা জ্ঞানেন্দ্রগী মপাবুংনা মতীক চাবী নন্দীনীবু লুহোংবিখ্রে। থম্বালঙৌবী হন্দোকপিরমলে।

অমরোমদা থম্বালঙৌবীদি নিংঙোল হায়বা মিংথোল অদু থাদোক্রমদুনা মৌগী শিঙদা চনশিনখ্রবনী। মনাওগী মতৌদা মচেম নিংদোল পোম্নকই। বাথলগী লায়না ওইরকই। ফিভম লুশিল্লকই নোংমা নোংমগী। কনা তাম্নফম খঙলক্তে। করমনসু তাম্নরুনি। মনাওবু চৈ থাংলি থা চিক্তুনা।

মচেম লুপ্রাবী বাখলনা চৈনা ওইরকই। মমৈদদি হৌগৎ কাঙখৎপা ঙম্নক্তরে। কম্নতনা মশীনশাং ওইরকলে। মমাম্নবী চাউবী কৌবী অমবু মনাও থাদুনা কৌহন্নে। মনাওবু মখুৎ পায়দুনা শিম্নরদুনা মাগী মহুৎ শিন্দুনা মনাওবু য়েংশীনবীনবা হায়জরকই। ইকুই কুইখিদে। মচেম্মনা মনাওবু হন্দোকজুনা অরোইবা লম্বীদা চৎখরে।

থম্বালঙৌবী কপতুনা লেপ্লে। মমীত্তা নোংমতসু মপি কংখিদরে। থাবুম তরা মখুৎ থেক্তুনা ঙাইরকই। মচেম শকপী চাউবীনা মপুক্নীং ফাজিনবী হায়বদু মঙায়। পোথাফম খঙলক্তরে। ঙ নোম্বগী বাখলদি লায়রদুনা চাবা থকপা ফাওবা নাচুংখিদরে। অহল লমন্না লৈরমবা য়ুমফম অদুসু শেমজিন শাজিনবীদ্রবনিনা তেক কায়শিল্লকই। ঙমাং থেলোং ইমুং মাঙোল লোইশিন থমজিনবা বাংলকপদগী মী লৈত্তবগা চপ মান্নদ্রে। মচেম চাউবীনা নুমিদাং নুমিদাং হেক হেক লেকপিরে। নোং ঙানবগা লৈত লায়র থিবা হেক মচৎথি মাসু।

থম্বালঙৌবীনা খৌরাংনা ওাইজরমবা নুম্বিবু লাকলে নোংমদি। মচেম চাউবীনা শীন লাওদুনা অভাং অদু পোকলে। অদুবু অভাং অদু হেক পোকপগা অদুম শিরে। ঈ নৌরিবী থম্বালঙৌবী হান্নগা ঝাখল খরা খনখিবগা চনাং ইদুনা লাক্লে। থম্বালঙৌবীনা মচেমদা হায়খ্রে।

— ইচে চাউবী! মা ঐবু থিরকখিদরা?

— করি ঝানোদা ইনাও! হায়হৈদবা ওাক্তা ওাওলে। নখৌনা লৈগদবনী। নংবু নুপী নথ্রা? নংতগী দবা নত্তে।

— থাজরক্ত্রে ইচে! মহাক লাক্লরোই।

হীক হীক কপ্পী। মথবাই শোক্লা কপলী থম্বালঙৌবী। চাউবীসু তুমিন কপলী।

নোংমা চাউবীনা ঝাফম অমা হৌদোরকই।

— ইবেম্মা থম্বাল! মাগী লৈফমদুদি ইচেদা মানা ইদুনা পীরম্মী। ইবা পাবা হৈবা মী অমা থিরগা চিঠি অমতং ইরগা থাখিসিরদো।

— মদু তৌরগুমসিদা ইচে। মহাক্লা নীংশিংলকপগা ঐবু শোয়দনা থিরক্কনি। মদু ফাওবদংদি ওাইরসি। মঙোনদা অপনবা পিবা ওইনা থোকলোইদ্রনে?

— অদুনা ফরদ্রা খঙদ্রে। নঙনা ঝাবসি উবদা ইচেসু হায়ফম তৌফম অমা ইখঙ খঙদ্রে।

অসুম্না অসুম হৌজিনখি। নাকেনথা, নোংজুথা মথং মথং। মতমগী অওনবনা মতমবু পুদুনা চৎখি, লোয়ননা পুম্বিবুসু। থম্বালঙৌবীগী পুম্বিবুসু অওনবনা পুনিংবা মায়কৈদা পুবা হৌরকলে।

থম্বালঙৌবী মরী মখোঙ শম্নদবা ঝাঙাং শাঙাং ওাঙবা হৌরকলে। লায়রবগী শাগৈ চাউদে হায়বদু চপ চানা থোক্লে। মৈতে মাইবগা খরা খরা তেকলি তেকলি য়েংবা শাবদুনদি ওইবা য়ারকত্রে। য়ুমদগী লমজাও শোরোক য়ৌরকলে। থম্বালঙৌবী ওাওরে।

মচীন্দা মুরুম-মুরুম পংশোনতা শোল্লি। ময়ামনা করি শোল্লিবনো নঙবু হায়না হংলগা মানা খুম্মী পোঙনা। নখোয় মাবু ওাইরোইদ্রা, ঐদি মাবু ওাইখিনি। পেম্না পেম্না খুম্মী। ইশৈ মতেক মতেকসু সুর চাবা চাদবা খঙদনা ওংঙি। শমজেৎ অতেকপা অমা ফিরৈদগী শত্তোক্লগা মোন্দা নুংঙাইনা মশমদু প্রোক প্রোক ফোয়দংপমখৈ হাংলি। অয়েংবা মীদা হায়—

— ফজববা? ইশম ইনাসে ইথি থীরে। খরা কেদবা য়াদে। ডাক্তরগী নুপীনি হায়রগা ইমোত্তুম মোংলেদো।

অসি হায়রগা মীৎচি খৎচীল্লী মনাক নকপদা। মতোমতা ইশি শিনা নোকচৈ। মথবাই তানা তানা নোকই। অদুদগীদি অথিংবা য়াওদনা চৎখি। মফম অমদগী অমদা, মায়কৈ খঙদনা। মরক মরক্তা ময়ুমদা হেক হেক হনজিল্লকই। করিগুম্বদসু মনীং মখা তন্না চৎখ্রিবা উরী বারী ময়ামদু চৈ থাংদুনা চীংলম্মী। করিগুম্বদনা তেক কায়রবা ময়ুমদু মুম্ন

মুন্না য়েংলমলগা কোনথোংদগী অদুম হনখিবসু য়াওই। মচে চাউবীগা করিগুম্বদা থেংনে। মচেনা নুংশিনা হংবী।

— থম্বাল! নঙবু ইহনমক হন্নক্তববু নহুম নুংশিন্নবরা? নঙবু নহুম কাওরব্রনে? শিথ শিথ নোক্লগা মানা খুমলকই।

— য়ুমবুদি কৈদৌনা কাওজক্রনি হায়বগে। করম্বা অঙাওবীনোনে নঙবু।

মীৎচীনা হন্নফাও য়েংলমদে। মমৈদদি শুকহন হন্নকখিদ্রে। মমীংতা মঙাইহৌরে থম্বালঙৌবী।

অশোমদনা জ্ঞানেন্দ্র থম্বালঙৌবীবু মরক মরক্তা নীংশিংদবা নত্তে। মোইরাংদা নোংমা লাকই। মচে চাউবী থেংনৈ। মরোল পুম্বা তারবদা জ্ঞানেন্দ্র জ্ঞান মাঙখি।

মথরাই শোক্না নুঙাইতে। উপায় লৈখিদে। চমন্নবা হন্নকই। মথম্মোইদা তকশি শোন্দুনা মশা মথন্তা চৈজে। মাঙলুরবা পুন্সিগী তাঙ্কক অমনা মতমগী য়াওনদা কয়া কুইনা ময়েক শেংনা লৈগদগে। অরীবা ময়েক্না লৈনুংদা ফুমদুনা অনৌবা ইতিহাসনা ময়েকলাবা হেনলকপগুম অকাও লৈরোননুংদা চনখিবনা অয়াম্বনি।

অসুমনা মতম কয়া হৌখ্রে। চহী কয়ামসু চংখরে। খরা খবা নীংশিংলম্মী। খরা খরসু মকাওরকই! মমৈদদি পুরা কাওখিবগুমলে। অহিংদা মঙলমবা মঙনা তাইবং ফাওরকপদা নীঙশিং বগী মরীক চুম্বা রাংপগুম মতমগী থোঙলে মতুংইন্না অফবগা ফত্তবগা তিনশিন্নবা য়ারক্তে।

কুইরবগী তুংসিদা ঙসিদি জ্ঞানেন্দ্রগী মফমদদি মঙলাক্লবগা চপ মান্নরব্রে। নোংমাইজিং নুমিৎ অমদনি। মহৌশাগুম অনাবা ময়াম লায়য়েংলি। মথং মথং লোইশিনখিদুনা ময়াম চৎলখরে। খঙহৌদনা অঙাওবী অদু লাকলে। থোঙজিনদা লেপ্লরে। মখুৎ য়েৎনা পর্দা পায়। মখুৎ ওইনা থোঙবাদা পায়। মমীৎ কুপ্তনা ডাক্তরদা চাথোক্কদবথৈ য়েংলি। মীৎয়েংদুদগী নাহ্রোকপা ঙমখিদে। রাহংদি হংলরে পাওখুমদি চীনফা পুবতা মঙায়রে। করম্না পাক খুমদোককনি।

অঙাংজাওবু কৌরকই। চেনশীন্নকই অঙাংজাওদু। মমীৎ খত্তুনা ঈঙ্গিৎ তৌখি।

— হে! নঙ অমুক লাক্লবা? মসি লাইয়েংফমনিনে লাইয়েংফম।

নাচুংবীদে অঙাওবীদু। ফিভম করিমতা হোংদে। থেম্বনা ফরে খল্লমালে। জ্ঞানেন্দ্রনা থেন্নকই।

— নঙগী অনাবা ঐনা শোয়দনা নোংমা য়েংবীগনী। ঙসিদি ঐহাক য়াম্মনা চোকথরে। নোংমা লাকউ।

ক্লং শাওরকই অঙাওবী।

— চৎলোই, ঐ শুকচং চৎলোই। নঙনা হায়শীন্নবদু ঐহাক খঙদবোই নীত্রা? নহালবাইসু শোয়দনা নোংমা লাক্তনি হায়রমলগা লাক্তবদু ...। শুকহন হন্নক্তবদু...।

তিঙক তিঙক লেপ্নিবা অঙাংজাওদা ডাক্তরনা হায়রকই।

— অঙাংজাও ! নঙ উপায় অমত্তদি তৌ কৈদৌগে।

অঙাংজাও হোৎচীনক্লুনা মথুং লাক্লুনা চিংথোক্লরে। হন্না হন্না য়েংদুনা কোয়োং বাংমা লানখরে অঙাওবীদু। অঙাওবীদু চংথ্রবদা ডাক্তরনা অঙাংজাওদা হংঙি।

— নতেম্না কদায় চংখি অঙাংজাও?

— ইতেমদি অমুক ড্রাইভর কৌরগা কদায়দনো অমা...।

— শোয়দ্রবরা?

— শোয়দ্রে ডাক্তর।

— ফরে মথৌ তৌজরক্লরো চংলো।

মবুক্লীংদা খঙ্গি। ঙসিদি ইশ্বরনা চানবীরে। মতুংদদি, মতুংগীনা কমদৌবা। ইশ্বরনা তম্বা লাকলনি।

নুমিৎ খরনিগী মতুংনি। অহিঙদু ফন্না য়াম্না খেঙলরিনি। ডাক্তরগী অয়োকপা হুই অমোমদু কন্না কন্না খোংই। মমৈদদি হেন্না কন্না খোংলকই। ডাক্তর তুমথবা য়াদ্রে। মোন মখাদগী টোর্চ্চ লৌথোক্লুনা মপাল থোরকই। মথক্তা তুমফম কা ওই। দলান মথক্তগী টোর্চ্চ কাপলকই। কনাসু করিসু উদে। ইমুংদা চঙদুনা অমুক হীপথরে। হুই অমোমদু অমুক কন্ন কন্না খোংলকই। তুমবা য়াদ্রে। লময়ায়দা কাতু কারল চত্তুনা লৈরে। ঙাইহাক লৈরগদি হুই খোংবা লেপখরে। ফমুং চংদুনা হীপথরে। তুমথবতা মঙায়রী। মাগী নুপীনা মশা নোমদুনা হৌদোরকই।

— মী ময়াম অমা লাগুলিবসি করিমতা তাদ্রমালেনে। অহিঙ কদায়দা চংলুরগে?

— অহিং জেক্কি খোংমন্দুনা তুমবা য়াদ্রদুনা ...। ময়াম লাগুলিদুনা করি তৌরে?

— হো অঙাওবী অমা ঐখোয়গী গেদ ময়াদা শিদুনা লৈরমদনা ময়াম ওমশীল্লিসিনি। শিফম ইরে হেক লৈত্রদৌনা।

জ্ঞানেন্দ্র স্বায় লাওই। মচীনদি থোকখিদে। থুনা মপান থোরকই। ইনশীনবা য়াওদনা কোনথোং য়ৌনা চেল্লকলে। গেদ ময়াগী চেক্কী বাল মতেক অমা খারিবদুদা ঙারগা অঙাওবীদু শিদুনা লৈরগ্লে।

মতম কয়া হাৎপিদ্রবা শমনা কুপশিল্লবা কংলবা মায়থোংনি। তাইফেৎ তাইরবা মায়থোংদু ফারবা শমশিংদুনা কুপশিন্দুনা ময়েক শেংনা উবা ফংদ্রে। পিশুম মথক্কী ময়ায় চপ চানা থুংলিবা শমব্রু অদুনা জ্ঞানেন্দ্রদা বাহং কয়া হংলি। খুমলরোইদবা পাউখুমবু খৌরাংনা ঙাইরী। জ্ঞানেন্দ্র কুইনা য়েংবা ঙমখিদে। ইমুং চঙখরে, অঙাংজাও কৌশিনখি।

অরাকপশিংদা খঙহল্লি অঙাংজাওনা। ঙসিদি অনাবা অমতা য়েংলরোই। ●

# হল্লকপা

খ্বাইরমবন্দ বজারদনি। ঙায়োনফম মপাদা সনাহনবী চপ লেপ্পী। হংঙি ঙায়োনবীদুদা।

– ঙা সিবু কয়া চিংবগে?

– অহমদা কুনথ্রা শোল্লম্বনি। কুনমঙা তৌজরো।

– কুনদি য়ারোইদরা?

খুমদে। পৈথোক্কুনা লৈ। সনাহনবী পম্থরমদরে। অমুক থংনবদুদা হংঙি। হান্নদগী হেন্না মমল শাথিরে। থল্লি, করিনো তৌরীসিবু। হংল হংলগা নাতে চাশীল্লক্তরে। সনাহনবী ঐবু করমনো থক্লে। তশেংনমক্তি সনাহনবী মখুঙা লুপা কুনথক্তনি পায়রকপা। হঙ্গংহন্দাগী ভারা খাইদোকখ্রগা ইরেম লেমহৌররোই। সনাহনবী কৈথেল থুংনা কাতুক কারল চংলি। নীংশিংলকই, চহী তরুক্তা ভায়রীবী মচানুপীনা হায় হৌবা, "ইমা ঙা য়াম চাওবা লৈরকউকো"।

নাত্তোন নাকচিদা হুমাং মরীক মরীক কারকই। চহী তরাথক্তং ভায়রীবী মচানুপী অহলদা থেম্নম্বনি। ইমানা ঙা লৈরক্কনি। শীঙ য়েন থিজিল্লম্মু। মরোয় মপাঙ হেক্কলম্মু খৌদারম্বনি। উচিন নাচিন্দনা লৈকায়গী মন্দোনসিং অমা থেংনদুনা ঙা মচা অনথক লৈরে। খুঁদে মচা মনজ্জুনবদুদা চেংনা য়োমশিল্লে। ময়ুম তম্না পরপ পরপ চেল্লকই। ময়ুম য়ৌরে। মচানুপী অহল মম্না লাকপা উবদা চেনথোরকই।

— ইমা! ইবুঙোগী ঙা লৈরকপরা?

— লৈরকলে, ইবুংঙোদু তুমশীনহনগনু। লাইহৌ হেনগনি হায়দুনা মাইখনা হায়রম্বদু নঙদি হন্দোকপিরবোইয়ে। মাঙলেদনা!

মচা অনাবগী মনাক্তা পরপ পরপ চেনশীল্লি।

— ইবুংঙো, ইমানা ঙা পুরকলে। থোংজুরগেকো তুমগনু।

থুনা য়াংনা ইরুজরে। চাকখুম চঙব্রে। লশিং কাপোন অমনবদুদা মচানুপী অহলনা হৈত হৈত্তনা খিরম্বা কবুলিয়া মনা অশংবদু থারদুনা চাক মৈথৌ কনখৎহল্লি। মৈ য়াঙনা য়াঙনা মচানুপী অহলদা সনাহনবীনা থৌদাই।

— ইবেম্মা, নৌপ্পাদু তুমশীনবরা য়েংঙু।

নবুক কুমখিবা মপুরোইবা তোম্বসু মচানিপা পুমকক চাওবদুগা শমপোৎ খোইরুবা লোইদুনা হন্নকলে। অপীকপা সনাহনবীগী চাকখুমমাঙদনি। মচাশিংনে মপানে সনাহনবীনে পুন্না চাক চারি। মমাগা পুখম অমতদা চাক চামীন্নরীবী মচা নুপী অহলনা মমাদা হংঙি,

— ইমা! ঐখোয়গীদি ঙা থোংবা হাপত্রিবা কৈদৌরে? নঙনা ঙা লৈরকই হায়বদাই?

সনাহানবী হক্কে তৌরম্বা চখোমদু থাদরগা মচাদা খুম্মি।

— অদুবুরো ইবুংঙোদি নারিবনিনা মশা কনখৎহন্দবা য়াদে। হয়েংগী থোংনবা খরা খাকলমবনি ইমানা। ঐখোয়গী চমথোংসিসু অসুক হাওরীবসিদি।

মচানুপীদু তুম্মিন লৈপ্রে। মখা তারক্তে। মমাগী ৱাদু তারগা মচানুপা মপাগা চাক চামীন্নরীবদুনা মপাদা হঙ্গৎনা য়েংলেগা হায়রকই।

— পাবা, ঐসু ইবুংঙোদৌনা নারগা ঙা থোংবা চাগনিকো।

— হোয় হোয়, নবুক্তুম থন্নবা চাশীন্নু।

সনাহনবী থাদখিবা চখোম অমুক হন্না হুকখিদরে। অনাবা নুপামচাদুনা হরাওনা চাক হুকলিবদু মুন্না য়েংঙি। অমুকসু নুংশুক নুংজাননা চগুম শেংলিবী মচানুপীবু য়েংঙি। মপুরোইবা তোম্বসু অদু মঙায়। সনাহনবীগা মমীৎ চানৈ।

নুমিদাং মচাশিং তুমগ্রবা কানদা মপুরোইবদা ৱাকৎচৈ। য়েনশাং নাপী খরা খরা য়োনবা কৈথেলদা থোক্লবা। ইমুং মনুংগী মতেং খজিক্তং ওইরবসু পাংশিন্নবা। তোম্বনা পামদবা উৎলি। অঙাং নুবী শেন্নবীনবা লৈতে, য়ুম থাদোকপা ফত্তে হায়না সনাহনবীদা খুঙহল্লি। সোমদন। নারুবা হৌগৎলকপগী হৌনবা মচানুপা অতোমবদুনা চাগে থক্কে হায়বনা খাঙবা ঙমদরে। সনাহনবী জ্ঞান মমলে।

নোংমা অয়ুকনি। মচানিপা অতোমবা মমাদা ঙরং ঙরং ঙংই। নিঙাই তৌই মমাদা। চেঙদি মরু অমফাওবা তাদ্রে নুমিত্তু। থা ৱাং কোইথুং থুগলে। চেঙ খুয়া অমা ফাও ফদলকত্রে।

চাখুম্বাঙদা ঙাইহাক লেপতুনা সনাহনবী ৱাখল খল্লি। মেন ইত্র তদে। মাঙোল উঁথোকতেনদা ঙাদুনা ঙাইহাক অমুক লেম্লী। করি খল্লবনো খঙদে।

খুদে মতুপ অমনা মকোক খুমজিল্লদুনা থোঙ্গাললোমদা চেনথোকখি। ঙাইহাক লৈরগা সনাহনবী তনচেন অমুক চেনশীল্লকই। মচাশিং দাড়ীদা মখোঙ য়াম্বদুনা পরেং শানা ফম্লদুনা মমা ঙাইরমলি। খুদে মচীদগী দুকানদগী শোংলকপা চেঙদু পরপ পরপ থোংদুনা মচাশিংবু পীজনবা লাঙলি। নোংমা নোংমগী হিংনবগী লানথেংনবদা সনাহনবী চোকথরে। মশাপুম্বা লায়রকপী মৈথুনা চুবদা কুচু কুমেন থোকলকত্রে। মপুরোইবদা ফনা হায়জবনী। কৈথেল থোককে, লৈত লাইরা থিবা চৎকে।

— ঐনা মপাল থোক্কে হায়বদি য়াদে। ঐ অঙাংশিংগী মতৌসি য়েংবো ঙম্লকত্রে। ইবুংঙো অচৌবসু মিং চনবীয়ু চক্রি তৌরবনি। মীগী মচানা লাইরিক পাও য়াদবগী লাওনরীবা। ঐখোয়গীনা তমজগে হায়বফাও মনীং থুংহনবা ঙমদ্রবনী। লাইরিক হৈত্রবদি মমীং মনা-ইপঙ পঙহৌবা তরে।

— কয়াম চঙনি হায়বগে, ঐসু খনলম্লীবনী।

— কয়ামবু য়ামনি হায়বগে।

— হোয়দা তোকলো। ঐ নুপানি। ঐনা থোকপা তৌনি। করিসু থোইনা পঙখন খনল্লুনু। ঐ লৈরীবসিদি। নঙ করিগী মপান থোক্লুনা শুবা নোম্বা চৎলুগদগে।

নোং ঙানবগা ফুক হৌগথলি তোম্বদু। ইম্ফাল চৎলুগে সনাহনবীদা হায়রমলগা থোঙ্গাল-লোমদা থোকখি। নুমিৎ তারকলে। মমশীল্লকলে। তোম্বদি হল্লকত্রি। সনাহনবী নুংশা থীজে। কদায় তাম্নবু চৎপ্রবনো খনজে। ফনা থেঙলে হনজিল্লক্তরে।

নোং ঙাল্লে। কৈরোই লৈকায় কনা কনা চৎমিল্লখিবা থিরুরে মরি মখোঙ। কনাসু ইম্ফাল চৎখিবা য়াওরমদে। কাম্লদদুনা থিরুদ্রে। নুংশা থীবদি অসুম হেনজিল্লকই। মীখোল অমতা তাবা য়াদে। সনাহনবীনা মনাকোঙ থাঙ্গৎতুনা তারীবা।

থোঙ্গাল চপ চানা গাড়ী অমা খামখিবা তায়, সনাহনবী চেনথোক্লুনা য়েংঙি। জীপ অমা খাল্লম্মী। খাকী মচু শেংপা মী খরা কুমথরকই। পুলিসনি খঙলকই।

অশিবা হকচাং অমা গাড়ী মনুংদগী থাংথরকলে। সনাহনবী লম্বাই শাংলি। অশিবা হকচাংদু শুমাঙ মতোন তম্না পুশিল্লক্রে। মমাঙ থানা চঙলকপা পুলিস অদুনা সনাহনবীদা হংঙি।

— ইতৈমা, তোম্বগী য়ুম নৎত্রা সিবু?

সনাহনবী খুমখিদরে। মপুরোইবগী ফুরিৎতা তৈরীবা ইগী অঙাংবা মচুদু উরুরে। তোম্বা নোংমৈনা পাল্লে। নীংশিংলকই, ঐ নুপানি। ঐনা থোকপা তৌনি।

সনাহনবীগী আশা লোইরে। ওননা থোইনা কপলে। মপুম থীংপমখে কপলে। পুলিসনা চৎলমদাইদা হায়রম্মী। খুইরমখন্দা বোম পোকখায়দুনা মীচম অনি শোক্রে, অমনা শিরে। অশিবদুনা তোম্বনি। ইম্ফালদগী মথৎবাই য়াওদনা হল্লকলবা মপুরোইববু সনাহনবীনা কয়াদা বাত্রৌনা য়েংলিবা। উরকই পীকলীবা মচাশিং। মপুন্সি চুপ্পা মীমাম্নররোইদবা মনীং থুংলরোইদবা মচাশিংবু সনাহনবীনা মমীৎ কুপ্তনা য়েংলী। ●

# খৌরাংলম্বা পাউ

অহিংদু ফনা থেঙলরীনী। ইবোহলগী নাকোংদা ওন্তোক্লা হৈনখিদ্রবা অমা তারম্মী। অহানবদা মমী শামী তায়। মমৈদা অশুম অশুম হৌগংলকই। অফিং অফাই ওই ফুক হৌগংলী। হৌগত্তুনা থোঙনাও ময়া নকনা ফক্লাংদা নপশিন্দুনা ময়েক শেংনা তাননবা হোৎনৈ। খোনজেলদু তশেং তশেংলে। অঙাং মচা পোকপদা ঙায়রীবা অমনা কপ্লগী খোনজেলনি। মোন মখাদগী টোর্চ্চ লৌথোক্লুরে। থোঙ হাংদোকলে। মপালদা থোক্লকলে।

শঙ অদু কা মরীগীনি। ইবোহলগী কানা মমাঙ ইথং থংই। থংনবা কানা প্রিন্সিপালগীনি। মথং অহুমশুবনা ওজা গোপালগী। ইরোই লোইবদনা চৌকিদার নিরনজনগীনি। কা মরীগী শঙ অদু ময়ুং থুংনবা উগী রেলিং খাজিল্লি। মতেক অমা হাইদোক হাইজিন তৌনবা ফাৎলি। মদু নুমিদাংদদি ৱাইখু অমনা লোনশিল্লি। নিরনজনবু হৌদোক্লুরে। শোৎ পেক লাওদনা য়েৎনখারোমদা মবানীমক লাকলে। ইবোহলগী কা মপা তম্লা লাকলে। মৈঙালদা চপ মান্ননা উই। ইবোহনসু নিরনজনসু। পোকপা কুইদ্রিবা অঙাংনি। অমোনবা ফি অমনা মশা পুমবা য়োমশিল্লম্মী। নিরনজননা থুনা অঙাং অদু পমখৎলে। মখোয় অনিমক পরপ পরপ লাকলে কা তম্লা।

ৱা অদু কন্নাদসু করিদসু মকা ফোংদোকখিদরে। নিরনজননা অঙাং অদু য়োকপগী

ভার লৌথ্রে। নিরনজনগী নুপী তারা লুহোংবা চহী নিপান পুরা ফারে। মমীত্তা মচা উরকত্রবনী। মমা ওইনীংবগী ঈথৌলাংবেনা ভাওরবী নিরনজনগী নুপীনি। ইশ্বরমক্তা পিবীরবনি খন্না হরাওজরী।

মথংগী অয়ুকনি। ইবোহল ভনতা হৌগৎলি। থোঙ হেক হাংতোকপমক্তদা মথুপ মথুপ থুপচিনবা চে অমখক পোপ লাউনা মমাঙদা তারকলম্মী। ইবোহল চেদু থুনা ফাক্তোক্লগা ইরমলিবা ময়েকশিংদু পাই।

মরোলদি অসুন্না ইরম্মী—

ওজা,

মরাইবক থীরবা জীব অসিবু মীরায়বীগনু। অঙাং অদুগী ভার ওজাগী মফমদা থমজরবনী। পুক্লীংনা পাম্বীদ্রবসু ইশাগী হায়বদু থাদোকপিদুনা অতোপ্পগীদমক খৱীদুনা অহানবা অমসুং অরোইবা ওইনা ওজাগী মমল নাইদ্রবা থৌজাল নিজরী। লুম্নবা পোৎলুম অসিবু ওজাগী কোকথক্তা থোঙ্গৎচবগীদমক ভাকপিয়ু। পুন্সি চুপ্পাগী ওইনা লমল তোনশিনজরবনী।

অদোমগী,
ঐখোয় অনি

ইবোহল মওল মওল খল্লি। নোক্কদ্রা নত্রগা কপকদ্রা খঙদ্রে। ময়ুমদগী মী থাদুনা মাগী নুপীবু কৌহল্লুরে। তান্নরে, মাগী নুপীনা শিখাঙ খাঙবমখৈ য়াদ্রে। ফনা য়ান্না তকনৈ। য়াবা কৌবা লৈখিদরে। ইবোহলনা হায় মাগী নুপীদা,

— নঙসু খল্লু, সিবু কদায়দা হন্দোক্লুগদগে। ইচাসু অনীখক্তনি।

— ঙকচরেদা, ইবুক্তগী তাবসু নত্তবা, ঙমজরোই। ঐ শুকঙম হেক ঙমজরোই। ঐবু ফত্তবা তাহনবীনু।

— অদুবু ইশ্বরনা তম্বা হায়বমসু লৈবনি। করমদি তৌনি।

— ইশ্বরনা করি তমদৌরিবা? মদু য়াবা নত্তে।

অসুন্না অঙাংদু নিরনজনদা অদুম শিন্নবা তারে। ইবোহলনা তুমিন তুমিন অচা অথক লৈরগা পি। অঙাংদু নুপীনি। মতম শাংনা মচা পামবনা ঈথৌ লাংলবী নিরনজনগী নুপী তারা মতমবাক্তা মপোপ মতাঙ ফরবা অঙাং অমা নাওয়োকচবা ফংলবদুদদি হরাওবগী মপান নাইদরে। চেৎনা চান্না য়োকচখ্রে। নিরনজন মাগী থাগী শেনফমদগী শরুক খরদি বেঙ্কতা থমজিনবা হৌখ্রে অঙাংদুগীদমক্তা। খরচ পীক্পা তৌরম্মী। শীজিন্নবা য়াবা চাংদগী হয়ুনা লেনবা তমলম্মী।

তঙাইফদবা নঙনা চাদিং তৌখিদ্রে। মরায়বক থীরবা অঙাংদুগী অমবা ময়ায়বক শেম্নবা নিরনজননা শেম শাগ্রে।

ইবোহল এাসফর তৌগ্রে। চৎলমদাইদা নিরনজনদা মমীত্তা মপি তানা শিন্নরম্মী অঙাং দুগীদমক। মরক মরক্তা চিঠি থারক্লুনা ঈ-পাও চৎননবসু মরোল শিন্নবা য়াবা শিন্নরমমী।

ইকুই কুইখিদে। নিরনজন মমা নাবগী টেলিগ্রাম লাক্লুনা ইমুং মনুং হুপ্না মরৈবাকতা চৎখিরম্মী। নিরনজন মনিপুরদা অমুক লাকখিদ্রে। মতম খরগী মতুংদা মমা লৈখিদ্রে মনাওসিং থাদোকপা য়াদ্রে হায়বগী চিঠি অমা প্রিন্সিপালদা থারকখি। নিরনজন অমুক হল্লকলরোই।

ইবোহল চহী মতম শুরদুনা থবক্তগী পোথারে। অদুবু বাখলদি পোথাকম খঙশিন্নক্তবগুম তৌই। খরা পোথানবা মচানীপা অহলদু লুহোংবীরগে খল্লি। মমাদা মচাগী অপাম্বা লৈব্রা হংউ খঙন্নবা হায়। কন্না তকশিল্লুবদগী মচানুপা অহলদু ময়ুমদা হনজিন্নকত্রে। থিবা খঙদ্রে। পুলিসকা তান্নে। ফংবা লৈখিদ্রে। মতাঙদুদা চীংঙৈনা মচানুপা অতোম্‌দুমসু লায়না মথোং খঙদনা নারকই। ডাক্তর য়েংঙি। ড্রগ শীজিন্নবগীনি হায়। লায়য়েংবা ঙমদ্রে। অদুম সংসার থাদোকলমলে।

ইবোহল পুমলোই লোইরে হায়বা য়ারে। মাগী নুপীসু মচাশিংগী বাখলনা ঙাওদুনা কৈথেল থোক্তে হায়বদা মঙায়রে।

ইবোহল বাখল অমখক্কী লংলোদা য়ানদুনা হিংলে। তৎকদবা খজিক্তা ঙায়রে। করিগুম্বা পাউ অমখক্তং খৌরাংনা ঙাইবগুম তৌরি। লাক্লরোই খঙলবা বাহং অমগী পাউখুম ঙাইরী ইবোহলনা। মতম অমদা মীরায়বীগ্রবা খুদোলপোৎ অমখককী অনুতাপনা মশা পুমবা চাকথেকলে হায়বা য়ারে।

নোংমা ইবোহলগীদা চিঠি অমা থুংলে। ফোর্ম হান্না য়েংঙি। ইনভেলব অদুগী মচীদা ময়েক পৌরপ হিন্দিদা থারম্মী "নিরনজন"। ইবোহল ঙাইঙমদনা হাংদোক্লগা পাই,

ওজা,

মতম কুইরে ঈ পাউ ফাওনখিদবা। বারৌবীনু। ইমা লৈখিদবগী ইনাওশিং থাদোকপা য়াদদুনা অদুমক মণিপুরদা ঐ হনখিদরে। কাওবীরমলোই অঙাং অদু। নুপীমচা অদু চাওরে। মপুঙ মরৈ ফারে।

অঙাংসিনা চহী তরারোম শুরকপা অদুবাইদা নোংমা ঐগীদ চিঠি অমা লাকই। চিঠিদুদগী মরম পুমবা খঙলে। অঙাংদু কন্না নৎতে। ওজাগী ইচানুপা অহলদুনা ওজাদা শিন্নরমবনি হায়না চিঠিদুদা পল্লি। জাৎ তিন্নদ্রবী অমখক্তা মরী নকশিন্নরম্বগী মহৈ অদু ওজাগী মফমদা ফোংদোক্লা হায়জবা কিবদগী অরোনবা লম্বীদা শিন্নজখিবনী

হায়বসু পল্লি। ফরে, ঐগীদি ইশ্বরনা শীনবীবনি।

মরু ওইনা তমজনীংবা অমনা নুপী মচাদুগী অফম্বা বর অমা ফংজরে। লুহোংবা হয়েংনি মহাক্কী। নওগীদমক্তা অরান্নদগী আশীর্বাদ নিজরকই হায়না ভাবীদসু তমবীয়ু।

নিরনজন

*মহীসূর*

অতেনবা চিঠিনি। নোংমেদি লাকখিগদ্রা খনবা পাউ অদু তাবা ফংলে। ময়েক শেংলে। ইবোহলগী খৌরাংবা কোক্রে। মদুতংগী তানীংবা ফাওরমবনি। মদু কোকগ্রে। ঈখৌলাংবদি অসুম হেনগৎপগুম তৌরকলে। সমুদ্রগী মপাল নাইদ্রবা ইথকুমনা মশীং খংদ্রবা বাখলগী ইথকনা ইবোহলগী কোক্তা যুররে। ●

# লমন

পোইনু থানি। থারবা লৈচীল মপৈনা কুপশীল্লবা অতিয়াদা নুমিৎকী মঙাল শন্দোকত্রবা অয়ুকনি। চা থকনীংদুনা হেটেল মচা অমা লৈবদুদা চংণ্ডি।

— চা অমত্তা পীবিরকউ।

— অঙাংবরা, অঙৌবরা?

— অঙৌবা ওইনা পীবিরকউ।

চা গ্লাস অমা মখুৎনা পায়রদুনা টেবল মথক্তুদা থম্লরে। ইংবনা ফমজিল্লুরবা ঐগী হকচাং শিনথুংনা খংশা শাগৎলকই। ঐনা হঙৎনা য়েংলুবদদি চা পুথোরকলিবী মৌ নহাদু লেপ্লমদরে।

চহী তরামাথোই তরানিথোইরোমগী লেঙাগী নুপীমচা অমা থোরক্তুনা পৈশাদু লৌশীনখি। "ইমা পৈশাসে"। ঐ মখা তারমদরে। পরপ পরপ থোরকলে।

তামোচৌনা তক্তকপা লম্বীদুদা চৎলে। লৌউবা নুপাদু উম্নরুরে। লৌশাল চাং-নাইনা কারক্তবা চহী কুইরবনী। মপা হাক্তক্তগী উরকপনি। মপাদু শিগ্রে। মচালিপা মথোং

চাদবা অমনা অমুক মহৎ শিনলে। লৌশাল চাং নাইশিন্নজরে। তামোটৌনা মরক মরক্তা ঐজোন্দা বারী শাবনী। বা কন্না হায়রক্তব্রবদি য়ায়রোই। ঐবু চৎলুচো থারকপনি। হীদাক ভাওদুনা লৈরম্মী। মরোল মরী ইকাই কাইরদুনা বা কজনা ভাঙনবা য়ায়ক্তে। তম্দুনা হায়গদবা খরা হায়রমলগা ঐ থোরকলে। বস মনুংদগী ইনশীনবা য়াওদনা য়েংথোক্রুই। বানা মখোঙ ওইবা ইপে পৈবা হোটেল।

ঐনা ক্লাস টেন তম্লিঙেদনি। মেট্রিক থাগদবা চহীনি। খুইদগী তম্মাং তশোইবা ছাত্র ওইবগী চহীনি। লোংমা হিষ্টরীগী নোট অমা হংগে হায়দুনা মথারোমগী বিজয়খোয়দা চৎলম্মী।

— বিজয় লৈব্রা থাজমানবী?
— লৈতে কৈগীনো?
— হোরেল ঐখোয়দা লাকউ খরা হায়য়ু।
— হায়রোই। ঐবু নঙ' মীনায়রো?
— নঙবু ঐগী মীনায় নত্তবদি।

অসি হায়রগা মতুংদগী মশম অশাংবদু শুপপাই পায়শিন্নগা কন্না চিংলম্মী।

— অয়ো, শিরে শিরে!

কিদুনা খংথা থাদোকই। "ঐনা হায়শিন্নরগা" খংচেন চেনখি। নোংমসু তুরেনগী হিদেন তাফমদা উনৈ।

— থাজ! বা অমা হায়বীগে।
— কৈনো?

মখুত্তা পায়রম্বা য়েনশিন মনানা লংনা ফেঙলবা সনাবুন অদু খংথা থাদোকলমলগা ঐগী নাক তন্না চেনশীন্নকখি। করিনো হায়রো তকলখি। ঐনা য়াদি হায়রদুনা মাগী নারুমদা থেৎপা লৈহাউ লৈরেনদু খুৎ অনি থাদুনা ফোয়দেদা থাক্কুনা মুনলম্মী। মাগা ঐগা কন্না মুন্নরম্মী। অঙম তান্নরীঙেদা মফম চাদনা থন্নম্বা সনাবুলদু থরো থরো ওনথখিদুনা তুরেল খোঙনুংদা ঙাইহাক বুদুক বুদুক তৌরমলগা ঈশিং মনুংদা লুপগ্রবদা মাসু ঐসু হায়নবা তৌদনা তুরেলদা চোংথমীন্নখি। সনাবুল লৌখৎলবা মতমদদি ইবানী পুমচোৎ চোৎলে। মানা হায় —

— তাকুমার। ঐদি করি হায়না ইনম্মদা খুমনি সিদি?
— অদুবু ঐনা খঙবরো। নঙনা থোকপা খুমজৌ।
— হায়মা, মবুক য়াম্না ফত্তেয়ে মসিগী নুপাসে।

নঙনা থোকপা তৌজহৌরো হায়রমগা ঐদি য়ুমদা তুমিন হন্নকখি। যদা কুইনা মখোয়রোমদা চৎপা লেপখি। ঐনা চৎমগ্রবদা বিজয় লাকই। মাগী পাউদি অদুম হংলুখিগ্রে। অয়ুক চুম্না

লাইরীক পাব্রবদগী ইক্রজক্রগে খনদুনা তুরেলদা সোমসু চৎলি। মহাক থেনরে। মাদি ঐঙোন্দা ওকয়েং য়েংথোরক্তে। ঐনা হংল্তি।

— নহালগীদু নরদি করি হায়না খুম্বী?

মহাক তাশীমরমদে। ঈশিং শোক্রপা লৈরায় কাখৎখিগে তৌই। ঐনা মফি ফিজি চিংলগা হায়।

— ঐনা হংলিসি নঙবুনে। ননা তাগ্রা?
— তাই।
— তারগা করিগী খুমন্রিবা?
— ইবুংঙো ঙাংবীরক্নু। নঙনা খোন্থি চাবীবা নত্তে।
— ফুবরনে।
— ফুববুদি ফুদে।
— কৈদৌরবা?
— চৈরীবা, ভাঙলিবা।
— অদুবু কৈদৌই হায়বগে।
— ঐখোয়দি ইকাইজ্রেয়ে খঙলব্রা।
— কনাদনো নঙনা ইকাইরিববু?

মহাক করিসু খুমদে। মপি ঈরা চেল্লি। ঐঙোন্দা মুন্না য়েংঙি। মাগী মীৎয়েংদুদা ঐ ঙকচানখি। পুল্লিদা ইতোপ তোপ্পা মচু অমা নুমিত্তুদগী ঐগী থম্মোইদা শঙখি।

মহাক মশক য়ামনা ফজবী অমদি নত্তে। অদুবু মুশিন মুনা কুপ্তলবা পাগী পরেংনা কোয়শিল্লবা অশংবা মীৎনহা অনি। থওইনা পুনশিনবীদবগী কোমথরক্রবা শম্বুলদগী নাম্বরকপা মনিঙ তম্লবা শমলাং মপৈ, অঙমবা তুরেলগী লৈরায়দা সনাবুল খ্বাঙদা থোংলদুনা লৈনা লৈনা কাখৎখিবদা ফজবা ইনখৎলকপগী শাবান। ঐনা হায়নীংখি নুমিত্তুদা। মহাক শকথীবীদি নত্তে। ঐহাক ইথত্ত্র তোর্বানগী নাপী মথক্তা ফমদুনা ঈচেলশ্বা মনীং তন্না চেম্বরীবদু য়েংদুনা লৈরে। নুমিত্তু ঈহে হৈনিংখিদে।

নোংমা ইমানা বাব্রী অমা হৌদোরকই

— নয়াম্বনা বা অমা হায়রীনে।
— করি হায়রীবা তামোচৌনা।
— য়ারবদি বিজয়খোয়দা পংচঙ চঙগনু হায়বনী।
— ঐ কুইরেদা চঙদবা।
— অতৈদি লায়বু ল্লায়রী। নয়াম্বনা য়ানীংদবা অমা লৈমাস্রে।
— করিগীনি হায়বগে?

— মরম হায়বত্বু মখোয়দা উচিবাদগী লৈশাবী অমা লৈদনা।
— থাজমানবী।
— হো, অদুগীনি নত্তবু চঙলনু হায়রীবসি।
— ঐনা মখোয়দা চঙলগা কৈদৌই হায়রবগে?
— কৈদৌবা কৈদৌদবা। অদু অদা খঙদে। চত্ত চৎপীরুনু।

ঐ মখা তাখিদে। ভাব খরাদি তাই ঐসু। ওমচারুবা খংহেন হেনজিল্লকই। লুপানা ফিঙৌ ফৌরবা থাবল অদু ঐঙোন্দা থোইনা অর্থ থোক্তবগুম তৌরম্মী। পরিক্ষানগা নকশীল্লকপনে ঐসু চথোকত্রে। বিজয়খোয়দসু চৎলুদ্রে।

ঐ মেট্রিক পাশ তৌরে। তামোচৌনা ডি. এম. কলেজদা ঐবু মিং চনশিনবীরে। বিজয়না ইম্ফাল কলেজদা চনখ্রে। কলেজগা তিন্নদবগী ইবানী পঙনা উনদ্রে। কলেজ কাবা মতুঙ খরা লৈরগনি। নোংমা বিজয় লাক্লুনা ঐঙোন্দা হায়রে।

— ভায় কুমার, হয়েংদি উচিবা চৎলুসি।
— উচিবাদা কৈদৌবা?
— থাজমানবীগী লুহোংবা হয়েংনি।
— ও, থাজমানবীগী লুহোংবা। ঐ চৎনীংঙি। হকচাংবু ইঙম ঙমদবসিদা ...।
— ফরে, নশা ঙমদ্রবদি চৎলনু।

নুমিদাং ইমানা ঐঙোন্দা হৌদোরকই।

— বিজয় খোয়দা লৈরমবা লৈশাবীদু লুহোংলনি হায়। অসিদা হোঙসি হায়বদা মমাদুনা আদা হোঙনিংঙি হায়দুনা উচিবাদা হোঙলনি হায়মাল্লে। ফরেদা অদুনসু।
— হোয়দা, হোঙজখ্রসনু কৈদৌরগে।

থাজমানবী অতোপ্পগী ওইখ্রগনী। অদুদগীদি ঐবুসু কাউখিগনি। অদুদগীদি পুমকাউ কাউথ্রগনি।

ইথা থাজদনা নোংমা চিল্লবা মীরক্তা থেংনৈ। গান্ধী মেমোরিয়েল হোল মপাদনি। ইশৈগী নাইট অমা য়েংলুরগা থোরকপদনি। মঙোন্দগী চহী খরা লৈশীল্লবী মৌনহা অমা লোয়নরকই। ঐনা কৌরম্মী।

— থাজ ! থাজমানবী
— মহাক খংয়েং য়েংথোরকই। ঐবু হেক উবদা মহাক নোক্রকই। অদুবু মহৌশাগুম মকা লামবা মীনোক্তুদি মাঙখরে। মহাক মখোঙ থাংবদি লেপখি। অদুবু য়াদি ডাঙথোরকখিদে। ঐনা মখা তারম্মী।
— বিজয় খোয়দকাসু লাকখিদ্রমাল্লে। য়াম্না থুনা কাউরমাল্লেনে।
— ঐ নোংমা লাকইনা। নঙ কলেজ চৎখি হায়দুনা লৈহৌদ্রগা। ইনেদা নঙগী

অথুম অহাও তন্নম্বদুদি।

— ও। কাওখিদুনা তৌবনি ঐহাক।

— য়াম্না থুনা কাউমল্লিকোক তাকুমার।

— নঙদি কাউদবরা?

— ঐদি কাউবিদেয়ে।

অমুক্তসু মাগী মফমদগী থেংনখিদ্রিবা মীৎয়েং অমা মহাক্না ঐঙোন্দা য়েংলকখি। অতে অতে ঙম্না হোংথ্রবী থাজমানবী মুরবা পানা কুন্ডনা লৈতেং ওইরীবা শংবান্নবা মীৎ নহা অনিদুদি হান্নগুম ময়েক শেংলি। লেঙদনা লৈরমলি। গাড়ী নংহৌররোই হায়দুনা চৎমীন্নরিবীদুনা মখুৎ লাক্তুনা খংচিং চিংখি থাজমানবীবু। ঐনদি খামনীংখি। কৈদৌঙে অমুক উনগনি হংনীংখি। অদুবু জ্ঞান তারকই। হান্নগী থাজমানবীদু মহাক নৎত্রবনি হায়বা। মহাক চৎথ্ররে অমুক। লাম্মৈ থানবীগুম মীৎমাঙদা খৌশারম্নগা চীকমাঙ মাঙখরে। কৈদৌঙে থেংনগনি খঙদে। অরেপ্পা লৈতে। অংদাংবা হায়বা লৈতে।

নীংশিংবনা ৱাংলকই। অকাউবনা হেনজিল্লকই। মতমনা হৌখি। অকাউবা হায়বদু ওইরকই। ঐসু থাজমানবীবু কাউখ্রবগুমবনী।

যুম য়ৌরে। তামোচৌনা ঙাঙই। শাওরকই, লৌ শংকনি চৎথ্রগা কৈদৌবা হল্লকইবনো চৈরে। হয়েংমক চত্তবা য়ারোই। মাবু ঙমহনবা য়ারোই। ঐ তুমিন লৈরে। করিসু খুমলুদরে।

নোংঙাপ্রে। নীংশিংলকই লমখাইগী হোটেল মচা পংচাওদি চাওদবদু। মরেক কাবা ফাল অতেকপা।

বসন্তগী হেক কুমথবগা ইনশীনবা য়াওদনা য়েংথোক্লুই। তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লি ঐ। ঙল্লমলি। হোটেলদা মী অতে ফমলমদে।

— চা অমতা পিয়ু।

— পুথোকচরক্কে।

মচু কয়া থোক্তবা ফিদূপ অমনা মকোক খুমজিল্লদুনা য়াম্না হঙোইনা মহাক ঐগী চা পিরে। ঐনা হংঙি।

— ঙরাংগী নুপীমচাদুদি?

— মপানা চৈদুনা পুথোরকত্রে।

— থাজ। নঙবু চাবা থকপা ৱাংথ্রনে?

— ৱাত্তেদা, লৌ শিঙ অদুম উদুনা হোংনৈ।

— অদুদি পংবো ৱাবা নত্তেদনা।

— হোয় ।

মখা তানা করি করিনো খরা হংনীংবনী। হংবা ইণ্ডম ঙমদে। কংলপ মীনোক মচা অমতংদি ঐনা উখি। মদুনা ঐবু পেলহল্লি। অশোংবমকনি, ঐগী থাজমানবীনা নুংঙাইবদা ঐসু নুংঙাইফম থোকপনী। মানা বাবদা ঐসু বাগদৌরীবনী। ফুরিংখাওদগী তরা চংপী অমা শত্তোক্লুনা ঐনা পী। মহাক লৌ হায়বা য়াখিদে। ঐনা হায়।

— সে থাজ! ঙসিদি অচোইবা য়াওদদুনা তৌনি।

— তাকুমার! ঐ লায়রে। অদু ওইরবসু নোংমা ফাদোকসু ঐনা চা গ্লাস অমদি তাকুমারদা পীথকপা য়াইদনা।

— নঙদি নবুক য়াম্না লুরম্মেবো? চহী য়ামলবনিনা বা ঙাংবসু য়াম্না হৈরম্মেদা।

— অদুগী নত্তেয়ে, ঐনা চহী য়াম্নগা পঙলমদ্রবা। নঙনা চহী য়ামাগা মরৌ লৈনা বা ঙাঙবা হৈরমমবা।

ঐসু মাসু নোকমীন্নরম্মী। নীংশিংলকই। চিনিচম্প্রা চরোং অমগীদমক্তা ইবানী ফুন্দেদা খাকখিবা। নুমিত্তুদগী ইবানী ফনা কুইনা কৌনখিদে। মমৈদা বিজয়না বাঞ্জেখি। নুমিদাং অমা চেঙ কবোক চানরগা ইবানীগী বিচার তৌখি। নুমিত্তুদা মকা লাম্না নোকমিন্নখি। লোই খম্বা নাইদমখৈ মাসু ঐসু বিজয়সু।

— কৈদৌরে তুমিন লৈবদি?

— চংলগে, কৈদৌরুনি।

— হোয়দা, চত্তদি কৈদৌরুনি।

— তৌনুকো নঙ, মী ওংপা হৈবদনা।

— নুঙাইরেদা, ঐনা ওংলিবরা, ঐঙোন্দা ওংলিবরা।

— নত্তে, ঐনদি ওংলরোই।

মহাক খুমলক্তরে। মখা তাখিদরে। পম্বনীংদ্রদুনা চংলগে তাক্রমলগা চুমদ্রিং থোরকলে। হাইজিল্লিবা পাল্লি অদোমদা অদুম চংলে। হম্না য়েংলমদরে। লৌউবগী ময়ুম য়ৌরে। হিদাক ঙাওদুনা লৈরম্মী। খরা খবা খাক্লা খাক্লা ঙাঙনবমবদগী তিং-খত্তুনা লাওখংনরে। য়ুমলোন কৈরোম্নবশিং ফাওবা চেনশীন্নবকই। অদুবাইদা লৈরম্বা অহল অমনা ঐবু কৌথোরকলগা হায়রকই।

— ইবুঙো, নুপাসিগা চপ মান্নরুনু। মীনা মান্নদদুনা লৈরবা নুপানি। অদুগী মহুত্তা থেমদুনা ফজনা ঙাঙনৌ। পাল্লিসিগী অবোইবা লমখাইদা হোটেল মচা অমা লৈদনা। হোটেলদু মৌ নহা অমনা ফমবনি। নুপাসিগী নুপীনি। মঙোন্দা ইবুংঙোনা থোকখিবদা বারী মুন্না অমুক্তং শানবীরম্মু। মদু মঙায়রে উপাই হায়ববু। অসিদা ঙাঙনবনদি কান্নররোই।

হম্না য়েংলমদনা পরপ পরপ থোরকলে ঐহাক। শঙ্গোই মচীন্দা মকোক মরু ইফা ফারদুনা নুপী মচা অমখক লেপলম্মী। ঐবু শংত্রিক য়েংলকই। ঐ খংঙি। ঙরাংগী

হোটেলদা চা পুথোরকখিবী নুপীমচাদুনি। খঙলে, নুপীমচাদু লৌউবদুগী মচানি হায়বা। করিনো অমদি হংনীংবনী। শঙ্কৰমনদৗ, অদুম থোরকলে।

য়ুম য়ৌরগা ঐনা তামোচৌদা হায়রম্মী।

— লৌদু অদুম উজরসনুদা। ইমুংদু ফিভম য়াম চাদে। মচা পিশক পিশকশিংদুনা মরোল অমা য়েংবা নুংঙাইহ্রিবা। ঐদি লৌগা শংচনিংদ্রে। মদুদা লৌ শংলদি দোষতুম পুরনি। ঐদি অমুক ঙাঙনবা চংপা ঙমলরোই।

তামোচৌসু খুমক্তে। য়ানিংবগুম তৌখি। ঐসু খজিক্তং নে-না তাখি। লমথাইগী অপিকপা হোটেলদু নীংশিংলকই। লোয়ননা নক্করম্বদগী লাপনথ্রবী হোটেল মপুদুসু। মপোক অসিমগী ওইনা অমুক শমজিন্নবা য়াররোইদবা মরী অদুগীদমক্তা ঐসু অহিং চুপ্পা তুমবা য়াদনা নোংঙানখিবা খঙহৌদে। মমৈদা খল্লী। মহাক চরামক্তি হেনলরোই। ●

# মিপাইরবা পুন্সি অমা

তূমথখিবতা ঙায়রিবী মচানুপীবু অহনবীনা মশা নোমদুনা হৌদোকলী।

– ইবেমা! ইবেমা!
– কৈদৌরগে ইমা?
– লাউরীসিবু করি হায়রিনো?

ঙাইহাক তারগা খুমলকই।

– হয়েংদি ওপরেসন তৌগনি হায়রিবনী।
– এ! মখোয়গী লম্বীগা চংপা য়াদবীদো।
– উম।
– তনজখ্রেদকো সৈত্য, তৌদৌসি ফনদি লূরী।
– তনল্লি হায়দনা কদায়দা চেল্লুনি।
– নঙদি নৌপ্পা পুরগা চংহৌবনা ফরোইদ্রা?
– কদায়দা, নোং হেক ঙানবগা চংলসু য়াররোই।

অহনবী তুমিন লৈখ্রে। চেক মোক লাউদরে। ঙসাই লাউখিবদুসু লেপখ্রে। অহনবীদি মীৎ ককলা অমফাওবা উইশিলহৌদে। নোং ঙানবনা হাল্লকই।

অহনবীগী য়ুম লৈরক মচীল্লনি। য়ুমদোমপোকসু ওইরীবনি। সিকাই গাড়ী মরী মরী থৌজিনখি। খরা অমসু থৌদোকখি। অহনবী থবক ইনথাং নোমলকপা চনিং ইতা তাদে। মঙম ইশান শানদে। ইপা পাম্থলি। কৈথেল অচৌবদগী মনা মশীং তিকলুরগা লমলোঙ মরী কাংবদুদা খরা খরা য়েনজদুনা হিংনবা বানা হোৎনবনী। লমৰী থিংত্রবনিনা মদুসু খুৱৌ থাংলে। হাতে হাতে হোৎনজরগা হিংজবা অহনবীগী ইমুংদি লৈবাক্কী ইরাংসিনা পুরা দবা ওইরে।

মথং মথং পাউথাং রৈনরকই। য়ুমথোংগী নুপী অমমম থোক্তবা য়াদে। অহনবী নুংশা থিরে। মচা মতাদু করম ছন্দোকলমগদবা ইরাং মতসিদা। মচানুপী পুংকক চাওরবীদুগীসু থোইনা হেল্লা অমুক বারে।

ময়াম থোক্লরকপা নংনবা মচানুপীনা চাক থোঙৎখ্রে। মমাবু চাক খরা চারগা চৎখিনবা খঙহল্লি।

— চিঙথৈ! চিঙথৈঙানবী!
— করি হায়বগে ইমা!
— ঐ চৎলরোইদা!
— করিগী, মৈরা পায়বীশিংনা কৈগু য়ারোই।
— ননে ভানবীদা ভাঙনরগা লোয়রে। মানা সেক্রেটরীনি। নপা লৈবসু নত্তবা। নবুং অমা লৈবসু নত্তনা, য়ুমদোমপোক্কা ওইরে।
— ভাঙনরক্নু। মীনা য়ানিংবা য়া নত্তে। ঐ লৈহৌরিসিদি।
— নঙসু য়েংবদদি চাউনা উরেদো।
— অদুবু কৈদৌরগে হায়বা, নবুকচেল পীকথমনখরে।
— সে, চাক্তুম খরা চাশিনখরো। হোরেল থেঙবা ঙনবা তমবা ঙমদে। মদুনা ফরদ্রা খনদুনা অহনবী চাকলুক মপানদা ফমথৈ। চথোম অমা অনি ছক্লগা মখুৎ হামখ্রে। হোবে হোবে ময়াম্নগী মতুং ইনখি। থোঙালদগী লাউরম্মী।
— ইবেম্মা নৌপ্পাদু চথোকহনগনু। থোংগ্রাও শেৎহনগনু। খুঁদে হোংদোকহল্লুকো। কোম্হোংদা লেপহনগনু। চেপথরগা য়েংবা য়াদে হায়বনী। পুলিসনা চিংনদুনা হেক্তা কাপপি হায়বনি। তারব্রা?

নুপী ময়াম লাউরী ইরৈবাক্কী শক্তম মাঙহন্নীংদবগী। মরমচাদনা নহারোল কয়া হাস্তোকপিরকপগী। মরমচাদনা মীফা মীপুন তৌবগী। সরকারদা পেন্দবা ফোংদোকলি। থৌনা ফনা লিংজেল ফূদোক্লুনা লাউরী নুপী শক্তু শঙ্গুনা।

লমতুপ লমক্তুপগী ওইনা লম্বী থীংজিনখ্রে। চঙবা য়াদে হায়না খাকী শেৎপশিংনা ওর্দর তৌরকই। লম হেল্লুবা মাঙজিল থাক্লবশিংদুদি ফুরকলে। শোক পনবা য়াওরে।

খঙহৌদে চিন্নর গ্যাস কাপলকই। পোল্রোক পোল্রোক অমুক্তোইবা মত্তা অমা তৌরকলে।

নুপী ময়াম গ্রং গ্রং চেন্নরকই। অহনবী চেন্না চেন্না মযুমদা লৈহৌবা মচাশিংগী বারকই। খল্লি, কমদৌরমগাবা। চেন্নরীবা মরক্তুদা ভাঙনরকই। নখোললোমদা কাপ্পরে হায়। খরনা অমুক খাম্মী। নখোলদা নত্তে থৌবালদনি। কাওবু অমনা হায়, সিফাই অমতা শিদে হায়। খুদোং থীনিংঙাই লৈত্তে, নুংশা থীরুনু।

অহনবী শদৌ থোংবা হেনজিনলকই। মীচন চেনগুম চেনগানরকই। কাউবা য়াদবা থৌদোক অমা থোকখিবদু নীংশিংলকই।

শজিক নখো চাওরবা অমগা ময়ুম হনলকপা মাগী নিপাবু সিফাইনা থীনা ফুখি। নোংমৈ কাপ্পবা মখোল তারকপদগী য়ুম য়ৌহৌবনা ফগাদ্রা খন্দুনা পরপ পরপ হনজরকপনি। ময়ুম য়ৌবা নংহৌদে। অহনবীগী নিপাদু সিফাইনা থখলে। মল্লোল মরী খঙদবা ময়ামদুগা করি ভাঙনগদবনো খঙদদুনা লেপলীঙেদো কন্থরকপনা হানখি। লৈকায়গী মীনা মৈনীং কুমলীবী অহনবীদা পাউ হায়রখি। অহনবীগী নিপা পংকুই কুইখিদে। অদুমক সংসার থাদোকখ্রে। মীয়ামনা ভাংনখি; ফুফম চাদনা ফুবদগীনি। চাইখায়রবা শজিক মরক্তা মপুরোইবনা রাহ্নদুনা লৈরমবদু হুজিক্তা থোকখিবগুম শং-শংনা মমীত্তা উরকই। চেন্না চেন্না অহনবী ময়ুম য়ৌখিবা খঙহৌদে।

নুমিদাং চাক চামীন্নরিঙেদনি। মচানুপী অতোনবীদুনা তমলকই।

— ইমা সিফাই ময়াম ঐখোয় য়ুমদা চঙলম্মী।

— করিগী, করি হায়রিবা?

— ঐখোয়'চেগা বারী শাবনি। ইমা, ঐখোয়'চেদি হিন্দি হে। নঙদি হৈত্তে করিগীনো?

— চিঙখৈঙানবী, করি হায়রমগে? করি থিরম্মীনো ।

— কৈগু হায়রমদেদা। মখোয়গী হৌনবী হংবা খোৎপা খন্না তৌবগী রানি।

— নোংমৈ লৈব্রা হংলিবা, মী লোৎপ্রা হংলিবা। অসি গুইরীনিনে হিংচাবশিংদো।

তুমলমদাইদা মচা নুপী অতোনবীদুনা হায়রকই।

— ইমা ইমা! ঙসিদি ফমুংদা তুমগুমসি। লৈবাক মখাদা তুমসি।

— করিগী., লৈবাক্তবু তুমমী হায়বরা?

— তুমলিঙেদা নোংমৈনা পাল্লদি। ঐদি কিজেবু। ঐদি তল্লি মখাদা তুমগনি। ঐখোয়গী ফক্লাংদি ইহোসু হোই।

— ইমা লৈরীঙেদবু নোংমৈ মরু চংঙি হায়বরো। ইমানা লোইনা ভাকথোক্তৌরীনি।

শিং শিং নানবী মচাবু নুংশিনা। অকিবা কোক্সবা থেমবী। মনমগনদা পোপ পোপ য়েবীদুনা থেমদুনা তুমহনখ্রে। মাদি তুমথবা য়াদ্রে। অমুক অমুকসু লৈরক্তা গাড়ী থৌজিল্লকই।

হূই খোংবা তায় মরক মরক্তা। লাপ্না নোংমৈ মখোলসু মরক মরক্তা তারী। কদায়দা ওইরিপবা অহনবীনা খল্লি। নোংয়াই চবুক্তুদা অহনবী হমাং মরীক মরীক কারে মশা পুমবা। মথনতা শোনজে, ওয়োক্কসু কৎখিব্রবা লাইমন হায়বদু তারে। নোং ঙাননগদবা খজিক্তা ঙায়রম্লনি তানজাদু। অহৌবা মখোল অমা তাখি। বোম মাল্লি। য়ুম নীকপোই নীংঙি। অহনবী মমীৎ মনা চপ য়ুংখৎলি। মনাক্তা তুমলীবী মচানুপীদুসু ইমা। হায়না খংগ্রেক খংনা অহনবীদা কোনশিল্লকই। মমীৎ নোইদুনা হৌগৎলকই।

- তুম্মু তুম্মু, ইমা লৈ।
- মীনা ঙসাইনা মথাদা তুমসি হায়দি য়াদনা।

কপ্লি কপ্লি তৌরকই। অহনবী মচাবু মথাদা চেজেৎ কোনশিনবা নঙনা উপায় লৈখিদ্রে। অহৌবা মখোলদুগী মতুং তানা নুঙ হৈথবগুম কাপথোরকলে মখোল কয়ামসু।

ফমুং ময়ায়দা ফম্না ফম্না মচানুপী চিঙখৈঙানবীবু কৌরকই।

- ইবেম্মা। তাব্রা?
- তাইয়ে ইমা।
- অরাপ্পা মান্দেদা, নকইনে।
- ঐখোয়গী লমজিনসিদা মাল্লি।
- হে ইশ্বর। ঐখোয়গী লাইবকসিদি থিব্রবা হায়বদু ওইরে। সিদু নোংঙাম্লগা কমদৌরীবনো হায়বা। নৌপ্পাসিসু দশা অপায়বা লৈ হাল্লরকপনি। নহালগী পাঞ্জিনা ইরকপা চেদুনা কদায়দা লৈখ্রে। নোংঙাম্লগা অমুক্তা থিজিল্লু।
- ইশ্বরনা তম্বা লাকচরনী। পংবা বাদুনা কাম্নবা নঙ্ঙেদা। নঙ লোয়নশদবনা হেন্না লুদৌরী।

অহনবী তুম্মিন লৈখ্রে। মথা তারকখিদরে। নোংমৈ মখোলসু লেপখরে। পীক্লিবা মচাগী মকোক্তা মখুৎনা তম্না তম্না নানবিরী। মবুক্লীংদা খল্লি। পোকঙমদনা পোকপা মীওইপোক হায়বদুবু অসি কৌবরা? অহনবী নোং ঙালহুননিংদরে। হাৎনবগা শুনবগা খুরক হাঙদ্রবা নুমিৎ অমা অমুক লাকহন্নীংদরে। অমুকসু কদোমদগীনো নীংশিংলকই। তারকই হৌজিক হৌজিক লাউবগুম মনাকোংদা হিংবগী মমল লৈহল্লু। ●

# চৈনাখোল

অশীৎ অরাম্বাগী মতম লোইদুনা কেল্লকপা অকংবা উনা ময়াম অমনা মবোল মবোল থানা কুপশিল্লবা পুংতোল অমদি হৈনৌগী বাগান অদুগী নাকলদা মী কয়া কুমনদবা চাওরবা পুস্ত্রি অমা লৈ। পুস্ত্রি অসি মতম অমদদি নুমিদাংবাইরম খুদিংগী ঈশিং শোকপা লাকপা খুনগী নুপীশিংনা চীক্ল-চাইনবা ঙমলমদে। হৌজিক্তি মদুসু তোকখ্রে। মরমদি মনাক নকপদা গুহা তৌনখিবদগী পুস্ত্রি অসিগী মবায় চায়থবা হৌখ্রে। মী তোয়না কুমনদবনা অচীকপা মফম অমা ওইবে। অহিঙগী মতমদতা নত্তনা অযুক নুংথিলসু মীগী শনিন ফংদ্রে। অদুবু লমদমসিগী মনোহর কৌবা মবুক মপাউ ফবা নিপা অমগী মচানুপী বন্দনা হাযরীবীচি.মদি পুস্ত্রি অসিদা নিতিগী ঈশিং শোক্লে।

নুপীমচাসি মমা লৈখিদ্রে। মথন্তা পোকই। মনোহর অনিশুবা নুপী থিখিদ্রে। মচানুপীদু য়েংজবগা অরাবা পুম্বা কোকচরম্মী। লায়ররবসু মচাবু থক তরাইনা তৌদে। ঙাইহাক্তং মচাবু উদবদা লৈফম চাকম খঙজদবা মনোহরনি। ওহ্লোকপনি! মনোহর টি বি না নাদুনা ইখঙ খঙহৌদনা তাইবংপাল থাদোকখ্রে। বন্দনা ঙসিদি কনা লৈত্রবী হায়বদু ওইরে। মরায়বক থীরবী নুপীমচা অসি মশক্তি হায়নীংঙাই লৈতনা ফজরম্মী। পিক্লবা নিঙথায়রবা

চেক্কী দলান অঙ্কনবা অমগী মনুংদা ফজবগী তুংনফম ওইরবী অমনা ঙানথোইরবদা কয়াম কুইনা মনিন নাইদনা লৈগদগে। বন্দনাগী ফজবগী মশেক মঙালতনা অসুম অসুম খুঙং শীনথুংনা শন্দোকপা হৌরকলে।

বন্দনাগী য়ুমদগী ইরাপ লাপতনা লৈবা দিসপেন্সরি শঙ অদুদা সরকারনা থারকপা ডাক্তর অমা লৈ। কলিকটাদগী লাকপনি। নুপী অঙাং লৈরে হায়নদি হায়নৈ। অদুবু লোয়নরক্তে, মথনতা লৈ।

বন্দনানা নিত্তিগী ঈশিং শোকফম ওইরীবা পুখ্রি অসিগী শীড়ী অমনবসিদা ডাক্তর অসিগী পোখাফম ওইরক্লীবসি ফনা কুইরে। মনোহর হেক লৈতওঁদগীনী। ডাক্তর অসিবু বন্দনানা য়াম্না তাথীনা মপুক্লীংদা খল্লম্মী। অদুবু উপাইদি লৈরমদে। মরমদি মহাক্কীনি হায়বা সংসারদা কনা অমা লৈত্রে হায়বসি মানা চীনফা পুজে।

নোংমা নুমীৎ য়ুংবা মতমনি। মতমদু তাল্লকনি। বন্দনা ঈশিং পুলদু পুরদুনা বাগানগী পুখ্রিদা ঈশিং শোকপা কুমলকই। ডাক্তরদু হান্ননা পুখ্রিদা নিত্তিগুম ফমদুনা লৈবম্মী। বন্দনা তনজানরম্মী। অদুবু খল্লি, তানজাসিদা অকিবা উথোকপদি অফবা নত্তে।

— বন্দনা ঈশিং শোক্কেরা?

বন্দনা খুমলমদে। শীড়ী মতোন য়ৌনবা কুমথদুনা ঈশিং শোক্লে। অমুক ঈশিং পুলদু পুদুনা পুখ্রিদগী কাখৎলকই।

— ঐখোয়বু মীনি খল্লবরা বন্দনা, মদুমক্তি চুমদেদনা। নঙবু নরোল থোক্তবী অমরা?

বন্দনা অমুক্কা হেন্না শাওনীংলম্মী। অদুবু মহাক খাওলম্মী। শুকখুম খুমলমদে। অদুবু ডাক্তর অদুদি ইকায়বা খঙবা মীওই নৎলমদে। হন্না হন্না ইকায়বা খঙদবা উৎলকলে।

— বন্দনা। নঙগী কনাসু লৈত্রে হায়বা ঐ চপ চানা খংঙি। মদু পুম্বা কোক্লনবা ঐনা হায়বা ইনলু। নঙগী অফবা ওইনবনি ঐনা হায়রীবসি। ঐগী তলব অসিনা নহাক অমবুসু ঐগী ওইনা লৌশিনবদা থোইনা ৱারোই।

বন্দনা খাঙবা ঙমশিল্লক্তরে। আতরগুলাবকুম নৌরবী মায়থোংদু লৈথোরক্লুনা ৱা ঙাঙলকই।

— ডাক্তর বাবু! ঐগুম্বী লাইরবক থীরবী অমদা অসুক লাইরবক ফবা লম্বী অমা তক্পিবগীদমক্তা ধন্যাবাদ তৌজরী। পুন্সিচুপ্নগী ওইনা নখোঙ হায়মদুনা সেবা তৌদুনা থম্নাই কথোক্লবসু লমন অসিমদি অসুমক তোন্দুনা লৈহৌরগনি। অঙমবা মতেঙ পাংজগে খনবা কুইরবনী। অদুবু নুংথিল পোবোপসিদদি খুনগী মীশিং উথ্রগা মমীৎ চাউখিনি। করিগী শিংথানীংঙাই ওইবা ভদ্রলোক অমনা অঙাংমচাগী মতৌগুম্না তহ্য তহ্যনা পুখ্রি মপালসিদা ঐহাক্কা ৱারী শাগদৌরীবনো।

থাজদবা রাইহেশিংদু তারুবদগী চহী লৈশিন্নবা ডাক্তর অদু ওহ্নোকপা মওং অমা তৌরকলে। খুইথরবা লৈপালদা কুমগী নোংলিকনা ফুবগা চপ মান্নগ্রে। মায়থোং মকা লান্নকলে। অপাম মীহৌগী ঈথকনা মথং মথং মশীং খণ্ডদনা ঈহৌরকলে মথম্মোইদা। পেনজবনা মপুঙ ফায়বদা বা ভাঙবা ফাওবা মঙম শান্দবগুম তৌরকলে।

— অদুসি, কদায়দা উনগদবনো অমুক্তংদি হায়রম্মুদনা।

— ঐগী য়ুমদা, ইথন্তা লৈ হায়বা হান্না খঙবীরবা নত্রা? তৌবদবু খরা থেঙনা লাকপিয়ু । ঐ পোথানবা থৌরাং তৌজরমলগে।

অসি হায়রন্নগা বন্দনা ফজবা নীংথীবা পুমবনা তিন্নবা শাথেক অমনা মশা পুম্বা লৈতেংহন্নদুনা শীত্রীদগী তপ্না তপ্না কাখৎগ্রে।

বন্দনা অঙকপা শক্রোন অমা লৌরকলে। মকত্রবা মায়থোঙদা মোমোন মীনোক্কী মমি চামা চামানা খুজিং ওইনা তাবা হৌরকলে। মচীন্দা হৌফম লোইফম খঙদবা ইশৈগী সুর মতেক মতেক শুংলি। মচেৎ মচেৎ নীংখায়রবা দলান অমনবদুগী মনুংদা কাংঙগী নিংথীবা খোঙথাংদা কোইচৎ চৎলি। ইমুং মনুংগী পোৎচৈ খুদিংমকপু মশীং শুনবা শিৎ শিৎ নান্নম্মী। মুন্না মুন্না য়েংঙি। মমৈদা লৈখিদ্রবা মপাবুংগী ফোটো অদু মথানুংদা চেজেৎ কোনশিনজরদুনা কপ্না কপ্না হায়রকই।

— বাবা! নঙনা সংসারসিদগী অমুক হন্নক্রোইদবা মফমদুদা চৎখ্রিবা করিগীনো? নঙনা ঐবু হন্দোক্রমদুনা ঙসি পাক চাওরবা সংসারসিদা তোন্নবী নচাগী নিঙতম্না হিংজনবগী শরুক থুংবীরমদরে।

অসি হায়রদুনা লৈখিদ্রবা মপাবুংগী ফোটোবু কোন্নদুনা বন্দনা মখোল থোক্না কপ্পকলে।

ইমুংদগী থোরকলে পুম্রি তম্না, চৈরক্তুদা নাশোন পীক্রবা খোঞ্জেল অমনা হায়রকই।

— লাউগে হোৎনগনু। নহাক শিনিংগনু। হৌজিক মদুগী মতম নৎত্রে। ঐগী ইশক কোন্না তাক্কে। তৌবতবু শিলগুরি ষ্টেসন তান্না চৎপা তাই। ঐ নঙবু চাউশেন শেন্নরীবা মীশক অমনি, অসিতং খঙজিন্নু। ইবানী তোংননবা শগোলগাড়ী অমদি দরকার ওই। মদু অমা থিরগা বাগানগী চিথেকরাইসিদা খামলন্নগা ঐহাক নঙবু লৌবা লাক্কনি। মফমসিদগী শুকচৎ চথোক্কনু। নঙগী ডাক্তর অহলদু য়ান্না খুদোং থীনীংঙাইনি। ফরে, ঐ চৎলগে।

অসিমখৈ হায়রন্নগা চৎখিগে তৌই। হিংবগী ময়ায় চমলকগদৌরবী নুপীমচাসিগী মফমদদি মীশক অসিবু খঙনীংবনা লাংতক্লরক্কে। অমম্বদা চৎখিদৌরবা মীদুগী মওঁকশমদা যানবোই করিবোই তৌরিবা ফি অদু তাপ চিংলগা হংজরকই।

— নহাক কনানো হায়বসিতংদি খঙহনবীরম্মু। ঐ শোয়দনা ভাইজরমগে। অমুক কদায়দসু চৎলরোই।

নিপা অদু স্বর মপী অমত্তং শাংনা হোনখিবগুম তৌই। অদুগা বন্দনাগী তুমতক তৌবী মখদাগু অদু শোকপগুম পায়বগুম তৌরগা হায়রকই।

— নঙগী অঙাং ওইহ্রীঙেগী মরুপ বিক্রমজিৎ রায়নি ঐহাক। বিরজীৎ রায়গী মচানিপা।

অসিখক্তং হায়রমলগা থুনা য়াংনা চৎখ্রে। শীড়ীদা ফমথরকলে বন্দনা। নিংশিংলকই মথং মথং। হৌগ্রবা পুন্সিবু লোইবা নাইদবমখৈ।

জ্ঞান তারকপদা মমা লৈরমদ্রবা নুপীমচাসিবু মীপুম খুদিংনা নুংশিবী। মরক মরক্তা মনোহরনা মপান ফরিঙেদা মাগী মরুপ বিরজিৎ রায় ইতৎ তত্তনা মনোহরগী য়ুমদা কোয়রকই। মনোহরগী নুপীদা বিরজিৎনা লকনৈ। মমৌ ওইবদৌরীবনী, কনাদসু বন্দনাবু পীথোকপা য়াদে ফাগী তৌই। চহী অনিতা ভায়রীবী বন্দনাবু বিরজিৎনা মাগী মমৌ ওইরগদবনি তোয়না হায়খি মনোহবদা।

মমৈদা মনোহরগী নুপী লৈখিদ্রে। মনোহর মরায় চায়থবকই। মসা ফৎচীল্লক্তে। মসাগী লায়য়েংবদা অরৈবা মাল চাং পুম্বা তুমখরে।

বন্দনানা পুংকক চাওরকপদা নিতিগী ওইনা বিক্রমগা স্কুল চৎমীন্নে। অদুবু মপানা শোনজিল্লকপদা বন্দনাদি স্কুল চৎপা লেপলে। বন্দনা স্কুল চৎখিদবদগী বিক্রমসু স্কুল চাং নাইরমদে। অয়াম্বা মতমদা বন্দনাগা লোইননা লৈরম্মী। লাইবীক খাও নাকনদা য়ান্দুনা বন্দনাখোয়গী ময়ুমদা নিতিগী লাকই। স্কুললোমদদি অমুক্তসু চৎতে। বন্দনাগা লোয়ননা শীঙ থিমিন্নে। পুম্রিদা ঈশিং শোকপা চৎমীন্নে। ইমুংগী থবক লোইসিনমিন্নে। অদুদগীদি মবানী হৈ শিংবা তান্নে। অমনা ঙাঙবা অমনা তাদমখৈ লাঙঙী। ফমুংদতা লৈরবা মনোহরনা পুম্নমক্তু য়েংলগা অরা অনা কোকপোই নীংলম্মী।

মনোহরনা মরায় চায়থক্রবদুদদি বিরজিৎ বায বাখল হোংলকই। নকশীন্ননীংদবগী মওং তৌরকলে; অঙাং অনীনা শান্নমীন্নরীঙেদা মচাবু মখুৎ লাক্কুনা চিংলবে। লোইননা চৈ থাংবা হৌরকই। অশাওবনা ঈ কারবা বিরজিৎ উবদা শোল্লবা মনোহরনা পাখৎলদুনা মচানুপীবু শেগাদা কোনশিল্লগা মখুৎ অনি লোন্নদুনা হাযবকই।

— পীক্লীবা ঙাক্তনিনে মরুপ, চৈ থাংলগা অদুমক ফজখিনি।

— করি হায়বা নহালমখৈদি করি তৌদুনা লৈবীববা? ঐঙোন্দা পাউ খঙহনবীরক্রবদি অচ্ছাংসি অসুপ কুইনা লৈগদবা নত্তে।

নুমীত্তুদগী বিক্রমবু বন্দনানা উবা ফংখিদ্রবনী। মপানা অবোইবা মতমদা মচানুপীদা হায়রম্মী "ইপাগী ইবেম্মা নহাক কৈদৌঙেদসু বিরজিৎ বায়গী মমৌনুপী ওইগে খল্লুগনু।" মপাগী বাহৈ বন্দনানা কৈদৌঙেদসু কাউবা লৈখিদে।

বিক্রম ময়ুমদগী শেল খরা লৌরুরগা থুনা য়াঙনা বাগানলোমদা লাকলে। পীক্লীঙেগী

মখোঙ হুকত্রবা থৌদোক কয়াবু বিক্রমনা নীংশিংলকই। বন্দনাগা মহাক্কা নুঙ মচা মচা খুম্নদুনা খুৎ চুম্বা তাম্নরীবনী হায়দুনা নাকন নাকনদা লেপলগা লংশিন্নরম্মী। মমৈদা মানা লংখিবা নুঙনা বন্দনাগী মরায়বক্তা চপ চানা পালম্মী। চৈনাখোলনা বন্দনা কপলম্মী। মহাক্কা বন্দনাদা হৌনা কম্নবদি মহাক শান্নবা অমুক লাক্লরোই হায়না কিহনবদগীদি বন্দনা কপপা তোকখিরম্মী। নুঙনা থাবগী পোমখৎলবা মফমদু পোমবা হনথন্ত্রিবা ফাওবা মখোয় অনি পুঙতোল পান্বী মখোঙদা নুমীৎ তাবা ঙাইখি। মমশিন্নকপগী অতিয়াদা থরাম্মীচাক খরা খরা কুফেৎ কাফেৎ ঙাম্নকপদা ময়ুম ময়ুমদা হনজিন্নখি।

হৌখ্রবশিংবু নীংশিংলগা বিক্রমনা বন্দনাবু ঙমখৈ লৈতনা নুংশিজরকই। থম্নকই-ঙসিদগী মপানা য়াম্রবসু বন্দনাবু অমুক থাদোকলরোই।

পুম্রি মপাল য়ৌরে। শীড়ী থাক্তা কুমথরকই। কনাসু করিসু উবা ফংদ্রে। শংত্রিক য়েংঙি। কনামতসু পুম্ত্রিগী শীড়ীদা লেপলমদরে। মুসুক মুবা ঈশিংগী ঈমায় অমদি অরাংবা উপাম্বীশিং নত্তনা অতৈ করিসু উবা ফংদ্রে। অকংবা উনান্না মরোল মরোল কুপশিনগ্রবা বাগানগী লৈতেম মান্নবা লৈমায়দা কৌজেং হারৌনা চেন চোংবগী শ্রোৎ শ্রোৎ, প্রেক প্রেক লাওবগী খোঞ্জেল অমদি লীরী লীরী হম্বা নুংশিংকী ইপোমদা উনাশিংদুনা অমগা অমগা থেংজিন্নবগী শ্বাই শ্বাই লাউবা মখোল নত্তনা অতৈ থোইনা তাখিদরে।

বিক্রম করি থম্নবনো। নুংশা থীবগা লোয়ননা পুম্রি মনুংদা কুমথগ্রে। চাওরবা পুম্রি অদুগী মচি ময়াদা হনজিন হনজিন লুপতুনা করিগুম্বা অমা থিবগুম কোয়থি থিরকই। মমৈদা মহাক চোকথরক্রে। পুম্ত্রিদগী কাখৎলকলে। মমীত্তা মপি জর জর শীম্বরদুনা শীড়ী মথক্তা ফমথগ্রে।●

# অরোনবা পি

*শুচি হয় মুচি হয় যদি কৃষ্ণ ত্যাজে*

*মুচি হয় শুচি হয় যদি কৃষ্ণ ভজে*

ঐজ্ঞা চাওবনা গ্লোক মতেক অমা থীথরকই। থৌরানী চাকখুমদা চাক থোংলি। ঋলহৌশংগী প্রসাদি অদুদি ঐজ্ঞাদি মথাবাই তাদে। অয়ুকমখৈদি ওহ্োক্লা হৈনীংদনা প্রসাদি ফংই। নুমিদাংদো থৌরানীনা পুক্লীং চঙনা থোংবা মথেল লুকোইদু খোয়দানা সেবা ওই।

ঐজ্ঞাগী গ্লোক থৌরানী তারিগদ্রা তারিরোইদ্রা খণ্ডদে। মৈরৌ চেগপনা লৈমায়দা গুসাই অয়ুক হয়াইজার য়োল্লুবগী লৈই মশীং চিংদুনা শেল হীসাব পারী। থোঙদা কোক কোক থীল্লকই। য়াচঙবতা মণ্ডায়রী। থোইনা খল্লুদে।

— কনানো?

— ঐখোয়নি ইমা থৌরানী। ঐজাগা খরী অমতং শাজনীংদুনা . . . ।

থৌরানীনা থোঙ হাংদোকই। খঙি মপুক্কীংদা, অহেবমগী ফীরোই কুইদ্রবনী। চাক থোংবা পুজারী হায়বা লাকপা ওইরমগনি। অদুবু তায়োম্লরমলে, শক অমতসু লাকশিনবা ঙমদরে। মখোয় অহমনি থোঙজিন মনাক্তা লেপলমবদু। থৌরানী মখুত্তা পায়রম্বা চাকখুম চেগপতু লাক্নুনা লংশিন্নরগা চেনশিনগে তৌই। অহমদুগী মরক্তা খ্বাইদগী মীওই মীতৌ যম্বদুনা খাম্মী।

— নুংশা থীবীগনু ইমা! ঐখোয় করিগুম্বা থবক অমা চৎলুবদগী খজিক্তং থেঙদোকথরে। ঙসি নোংমতং পনজগে তৌবনি। পাবুংদসু হায়জগে।

থৌরানী ভাব পুরা তাদ্রবসু থরদি তাই। নীকখিবা থজিনগী মিহুন অদু চোংথোকত্ররোই নিংঙি। মচীনদি থোক্তনা বিষ্ণু শোম্লি।

— কয়াম কুইনা পনগদবনো ইবুংঙোখোয়?
— কুইরোই ইমা, ঙসি নোংমতংনি।
— ইবুংঙোখোই নখোয়গী পাবুংসিসু অহল ওইরবনিদো। হৌজিকপু ফাবা পুনবা তারবদি।
— এঃ থৌরানীনা নুংশা পংথী থীবীরে। মদু থোক্তনবা ঐখোয়না শীনজনি।

ঐজ্জা চাওবা ইথক থক্কথলি, থৌরানীসুনি। করমনো তাম্রে। অহিং চুপ্পা তুমদে। হুই থোংবা খুদিংগী ঐজ্জা চাওবা ফমুঙদগী ফুট মথায় অমবোমদি ঝাংনা ঝাংনা চোংখথলি। মচীনদা মুরুম মুরুম শোনবা লেপতে। হে ভগবান। ননাইগী লাইবককসিবু করি লাইবকনো। কন্নাদা করিবু লানত্রবগে।

ঐজ্জা চাওবা কান্নগদবা লৈববদি হঙ্গোইবা লৈতে। মবুক মপাও অদুম যম্বা ব্রাহ্মণনি। পুংকক চাওরকপদা অহল লমন কায়নরকলবনি। লৈকাইগী ব্রাহ্মাম্নগা অঙবগা চাওবা পীক্লা লৈকাইগী থৌদোক ঝাথোক চীথরক্তে। চহী তরাখক্তং হেন্দোরকপদগী মথক থোংবা অহলশিংগী মতুং ইন্দুনা উৎসব মেলাগী চাক থোংবা য়াওরকই। মীগী যষ্ঠি পুজা নাহুৎ নারেং যজ্ঞনাচিংবা অমতা চীৎথরক্তে। শোনফম থোকপা মন্ত্র অমদি শ্লোকনচিংবা শেরান তুরান শোনজিনবসু ময়াওই। মীগী শনি খুরুম্বদা শ্রী শ্রী গোপাল সহস্রনামগী পাঠ।

কৈলাস শিখরে বমেৎ গৌড়ী পৃচ্ছতি শঙ্কর হিদাক ভাওরুবদগী খঙহৌদনা লৈমজমগী যষ্ঠি পুজাগী অঙাং থাংদোকপদসু অমুক শোল্লুবদা খঙনরক্তুনা মহা ঝাজাও অমা থোকখি। লৈকায় মশেল ওইবগী ঐজ্জা হিংহৌবনী। মমীত্তা মচা উবা ফংদবে। অহল মতম ওইরকলে। মচীন য়াওবী লৈকায়গী মৌ নহাশিংনা চাওবদা লকনৈ, " ঐজ্জানা শেরান তুরান শোনখিবা ময়ামদুনা নচা ধার পান্দ্রবনী।" চাওবা অচুম্বনা ফাগী তৌরকলবদি মান্নরুদে থক। কোর্ফু অকম্বা থাদ্দুনা চাক থোংবদি খ্বাঙ শোক্তনি কিবদগী পাঞ্জি তমলুরে।

নাকল অমদা দবা অপাইবা লৈ হায়বসিনা অদুম হনজিন হনজিন ইরুবদগী পাজিদুমসু থুরেমখৈ তোকখরে। করিগুম্বা মদু পন্দুনা লক্লরকলবসু ঐঙ্গা শাওদে। হায়হৈদে হায়রগা তোকই। মবুক্লীংদা খন্দোকই। মীগী মপোৎ হুরুবসু নতবা করি ইরাল লৈদনা। মতম অসিদবু অচুম্বা চৎপা লৈরিবরা।

মমিত্তা মচানগা উদবনে থৌরানী ইশৌ লাংই। থৌরানীনা ইশৌ লাংবা খুদিংগী ঐঙ্গা মবুংঙোগী নাম শোল্লদুনা থাংঙি। ইলেকট্রিক লাক্তবা নুমিৎ ওইরবদি ঐঙ্গা অহিং তুমদে। নুমিদাংগী চাক চারবা মতুংদা হবা চাবা থোকখি। হনজিল্লকপদা মনা মশীং অতেকপা পুশিল্লকই। লেমনা হনজিল্লক্তে। নুমীত্তুমদি থৌরানীসু মপুক মপাউ তপ্পী।

নোং ঙানফাৎত্রি, চৎলগে তাকলম্লগা নহা অহমদু চৎখ্রে। থৌরানীগা ঐঙ্গাগা নেনা তাহৌই। মথং নুমীৎনি। ঙরাং নুংশা থিরুবদগী হেন্না চোক থরবা অহল অনীদু অরৈবা খবা থোং থাক্লদুনা চাবে। ঙস্তা তুমলসি ঙসিদি হায়নৈ। ঐঙ্গা চাওবা ফৈজ্ৰুপ চিংখৎপদা মঙায়বী। থোঙদা ঙরাংগুম কোক কোক থীল্লকই।

— ঐঙ্গা থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ু।

— য়ানি মচাশা, নখোয় অমুক লাক্লবোইরে।

থৌরানীনা থোঙ হাংঙি। স্বাই লাউই। ঙরাংগী খুৎপুদু অমুক লাকলে। ঙসিদি অনি অমসু থোইগৎলকই। মখোয় মঙা থুংলবে। করম তৌনি। ঐঙ্গা হমাং কাংঙি। ঙসিদি কাঙবুদু চাকসু চারকত্রিমাগ্রে। থৌবানীদা চাক থোঙ্গৎনবা ময়ামদুগী মরক্তগী খরা মীওই মীতৌ ফবদুনা খঙহল্লি।

নুমিৎ খরনি হৌখরে। কাঙবুদুসু ফনা কুইরে লাকখিদবা। ইঙেল থানি। কাং হয়েংনি হায়দুদনি। ঐঙ্গা চাওবা কুমশিদি ফিভম খরসু ফগৎলি। জগনাথ ইবুংঙোনা চানবীরনি, মনাই ঐখোয়গীদমক। মবুংঙোগী সেবা মতীক চানা কৎলগে খল্লি।

— কুমসিদি নুপী, থবক পীকশিনবা ইয়া য়ারোইদৌরী।

— কমদৌনা, কদায়দগী।

— মনিঙগী থাংজমগী মচীন মনাও তরুকসিসু কুম খুদিংগীদি পালি পুন্না পুবনী। কুমসিদি নোংমা নোংমা তোঙান তোঙান ঙমননি হায়রীবনিনে।

— ফরেনে, ইবুংঙোগী কৃপা লাক্লবনি। হোয়দা, বাদুনা ঙাক লৈবা য়াব্রদো। ঐনা ঐঙ্গাদা হায়জবদুনি। চীংখৈদা থোই শাবা লেম্না মাঙপোৎ নত্তে হায়দুনি।

— হোয়নে, চুম্বা তাইয়ে। ঈশ্বরনা চানবীরগে হায়রবদি থিংবা লাকপা ঙমপোৎ নত্তে।

— ঙাইখো, ঐদি করিনো অমা নীংশিংলকইয়ে। অঙাংশিংদু লাকখিগ্রে। করি তৌরবা ঝাৎনো? ঐদি মখোয়শিংদু ফনবু নুংশিদা। মখোয় লৈরগা বেল্লা থাংগল্লা হায়বগী

য়ানি। ইচাও হেক চাওরদনা ইমাগা বৌমদো ঐদি ওন্থোকনা নুংশিজগনে।

ইল্লিবা ফিগী ফিজিনা মপী তৈথোকই থৌরানী।

— ঐসুনিনে অদুদি। ঈশ্বরনদি ইমীত্তা ইচা অমতসু উহনবিদ্রে। মখোয়গুম্বা অমতসু ইচানী হায়দনা লৈরম্মুদনা। কনাবু কিরূদগে।

খোঙদা কোক কোক অমুক থীদ্ররে। লাক্রমাগ্রে খন্দুনা থৌবানীনা থোং হাংদোকই। পুলিস ওইরমলে।

— মী অতোপ্পা লৈব্রা?

— কদায়দগী, কনাগী মী।

— মী হায়বদি মীনিদনা।

খংলাউ লাউহৎলকই। থৌবানীদি মিচ্ছন শুখিদ্রে। লেপ্পা ঙমদদুনা ফমথগ্রে। ঐজ্ঞা চাওবানা কিনা কিনা খুমলকই।

— ইবুংঙো থানাবাবু, ঐগা নুপীগা ঐখোয় অনিতনি।

— নখোয় অনি নত্তবা অতৈদি কদাযদা লোৎখ্রে?

— অতৈদি . . . কনাসু লোত্তেনে।

— হে হনুবা! নচীন থীগনু। ফাগীনী খনব্রা? নখোয়গীসিদা চঙখিবা উহৌববনী।

— য়ে য়ে, চঙখিবা হেক উবীহৌবাকো।

— মসিগী হনুবসি মচীন থী। পুনশিল্লু।

ঐজ্ঞা চাওবা চেনগে খনদে। শাওবপ লেপতুনা লেঙদনা লৈ। অতোপ্পা পুলিস খবনা শুরুং হুপচিন্দুনা ফাবে। থনাগী চৈফু ঐজ্ঞা চাওবা চাবে। থৌরানীনা কপতুনা হাযজে।

— ইবুংঙোখোয, নখোয়গী ঐজ্ঞাদি করিবু খঙজবা নত্তে। কনানা করি হায়জিনবীবা য়াওববগে।

— হে হনুবী! নঙনা খঙপোৎ নত্তে। নঙসু যাওনা চৎকেরা?

থৌবানী তুমিন লৈ। মখা তাদে। ঐজ্ঞা চাওবসু ইন ইনদুনা পুখ্রে। গাড়ী মনুংদা হাপকৎখ্রে। খরমনা ইমুংদা কাংখদা কবিদা অমুক্তোইবা লোইবে। চফু-উযান ফাওবা মথক মখা ওগ্লে। অমনা হংলকই।

— নোংমৈদি কদায়দা লোৎলি?

— কদায়দগী নোংমৈ! বিষ্ণু বিষ্ণু?

— অসিগুমবা নোংমৈ।

পুলিস অমনা থৌরানীগী য়াঙলেন মপাদা পায়রীগী নোংমৈ মতোনদুনা কক কক থিল্লম্মী। য়েংহৈদ্রবা থৌদৌদু ঐজ্ঞা য়াঙলা মমীৎ উইসিন্দুনা কৃষ্ণ শোন্দুনা খাঙই।

খরা লৈরগা থৌরানীনা চেঞ্জদুনা জামীনদা চাওববু লৌথোকই। ময়ুম হেক য়৷বগা থৌরানীদা চাওবনা হায়।

— করিগীলো ঐবু লৌথোকলিবদি।

— করি বানোদা, জেলদা লৈববু নুংঙাইবদৌনা।

— মীগী মপোৎ হূরুবগী ওইরবদি ৱাগদবনী। ইরাল লৈতনা চঙবসিদি ফনদুম নুংঙাইরীয়ে ঐদি।

— এ। ঙাওরবরা কৈনো ঐঙ্গা। পুলিসনা ফুবদা কোক্তা শোকগ্রবরা হায়বনি।

— কোক্তা নত্তে ইবেম্মা, লোইরবনী পুমলোই-লোইরবা।

— অদুবু করিনোনে হিংচাবশিংদুবু। মপাগুম্বা অহলদবু চুম্না চুম্না হংগেদি হায়ব্রদুনা। হে সত্য! ঐনা ইচাকা পোকলম্মবদি সনানা মকোক ফাও য়োমগে হায়রবসু থানাদদি খনহনজরোই। ইমায়পেম্মা মথোঙ লাইমসু হুকখিব্রেদা। চফু উয়ানদবু নোংমৈ থিবম্মীনে। খোঙউপনে খোঙগ্রাওনে ঙমখ্রেদা।

মথৰাই শোক্না চৈহৌই থেঙলফাওবা থৌরানীনা। ঐঙ্গা চাওবদি চৈফুশিংদু পোপথোরক্রমাগ্রে। ফমুংদা তাখিবগা নাখোকখ্রে।

মহৌশাগুম থোঙদা অমুক থিল্লবে। থৌরানী মবুক মথক মকা ওল্লি।

— কনানো, করি হায়বগে?

— ঐখোয়নি ইমা, ঐঙ্গাগীদমক চান থক্লবা খরদং থমজরমগে হায়দুনা ...। ঙসিদি ঐখোয় লেকচররোই।

— ইবুংঙোখোয় ঙসিদি নখোয় শাওরনু। ইম্মানে থোঙ হাংদোক্লরোই।

— নত্তে ইমা, ঐখোয় কুইনা লৈবা য়াদ্রে ঙসিদি। পঙ্খনীংদদুনা তৌবনি।

থৌবানী মমীঙগী মপী তৈথোকলি। মখুৎ নামনা থোঙগী পৌরোল পায়রী। হাংসিরা হাংগনুসিরা খল্লি। উচীন নাচীন্না মখা তারকখিব্রে। থৌরানী নুংঙাইরকব্রমাগ্রে। পরপ পরপ থোঙ হাংদোকই। মপালদা কনাসু লৈরমদ্রে। থোঙজিল মপানমক্তদা শঙ্গোম কৌতা খরাগা চান থক্লবা খরগা লৈরম্বা থেংনৈ। থৌরানীনা কপ্না কপ্না পোৎশিংদু ইমুংদা পুশিল্লি। লময়াযদা ফনা কুইনা লেপ্পী।

ইকুই কুইদনা নোংমৈ মখোল খরা তাখি। থৌরানী স্বাই লাউখিরম্মী। মখুৎ জুর তৌনা খুরম্মী লেপ্পা লেপ্পা। মচীন্দা শোল্লী। "হে ইশ্বর শোয়হন ঙামহনবীনুকো ইচাশিংদো"। অহিংদুমা থৌরানী মিকুপ অমফাওবা পোথাদবমখৈ হঙ্গৎ হন্দা ইমুং থুংনো কোয়চৎ চত্তুনা লেপ্লম্মী। ●

# নক্করবসু লাপ্নখ্রবী

নোংমা নুমিদাংনি। লুহোংবো ইকুই কুইদ্রিঙেদনি। বিনোদকা সুমতিগা ঙংখৎনরকই।

— নঙ নুপীনি সুমতি! ঐনা ঙাঙবদা নচীনদু কনগনু।

— ইস নঙনা নুপানি, অচুম্বা অদুম শক্লগে সিনিনে।

— নত্তে, নঙ ঐগী নুপীনি, ঐনা হায়বা ইন্দবা য়ারোই। ঐগা মুরুবা নঙগী অফবা ওইরোই।

— অদুবু ঐবু করি তৌ হায়রিবনো? নঙনা হায়রীবমখৈ য়াও হায়বসিবু করিনো?

— য়াবা তাবনি নৎত্রদুনা অসুম য়েৎকনি খল্লগদি নঙগী অমাঙবা ওইরক্কনি। মসিমদি নহাক কাউথোক্কনু।

— মাঙজসনু! মাঙবগী মাঙবা অন্মানি।

— ঐসে নুপানি। অসিমদি নঙ খঙঙিদনা। নঙনা কৈদৌঙেদসু কাউথোকলোইদবনি। নুমীত্তুদগী বিনোদকা সুমতিগা ক্যায়নখি। য়া লোইথোকনখি।

বিনোদ অমুক ইকুই কুইদনা অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংখি। মদুদসু বিনোদকী অপেনবা ওইরমদে। নিশা শীজিন্নরকই। ঙাওচৎনরকই তুংগী লম্বীদা। ফত্তবা লমচৎ শাজৎনা মাগী

লম্বী ওইরকই। ঝাখলদা বিনোদ অহিং তুমলমদে। দয়াদাসনা থোঙ থিল্লকই।

– থোঙ লোন্দবনি, চঙলকউ।

দয়াদাস চঙলকই। চা পুশিল্লকই।

– বাবু! য়াহৌ থেঙলবদি কৈদৌরে, হকচাং ঙমদবরা?
– উম। হকচাং ঙমদ্রে। ঐ চা থক্ররোই।

চৌকিদার তিঙক তিঙক য়েংলমলগা চৎখ্রে। বিনোদ পোথাকম খঙদবমা তৌরে। য়াচংলকপদা মঙায়রমখিনি। লৈতাফম ইখঙ খঙদে। মফি তনহোং হোংই। দয়াদাসতা কাগী শো শিন্নরম্মী। দয়াদাসনা হংহৌই।
– বাবু! কদোমদনো হকচাং ঙমদে হায়বদাই?
– ডাক্তর উন্নরুখিগে।

দয়াদাস মখা তারুদরে।

য়াচংলকপদনি, কা পুম্বা ধুপকী মনমনা শীনথুংনো শন্দোকলি। শংবান্নবা বিজলিগী মঙালনা কা অদু অমম্বা মচেৎ অমফাওবা লৈহনলমদে। হৈনম লৈনম চূরবা থাউ মনমনা কা অদু অমুক হেন্না নিংথিজবগী মচাক পীরী।

সুমতি কা অদুগী মবেম্মানি। শকয়েং মীংশেলদু মমাঙদা থমলে। সনা লুপাগী লুবাক অদু মনাক্তা থমলদুনা অমা অমুক চিনলি, অমা অমুক শিজিল্লি। লৈত্তেংশিংদু লৌখৎ লৌখত্তুনা অপাম্বা খন্দোক খনজিন তৌরী। মবুক্লীংনা তাবা লীককোল খুজিনচিংবা মখল মখা অয়াম্বা শিজিন খোৎচিনলে। মমুৎ তানা ফুৎলবা চেঙহী মনমনা থুমহৎলবা শমগী মপৈনা নিঙদু য়ৈনা চোইনা তাহল্লে। পারপ তৌবা ফিজোলনা লৈতেংহল্লে হকচাং অদু। মোল্লবা ফমুংদা ঙানথোইরী সুমতি।

বিনোদ কা অদুদা মখোঙ থাংজিল্লকপদা মঙায়রী। সুমতিবু উরকই।

– নঙ! নঙ লম্বী অসিদা নত্রবদি হিংনবা লম্বী অমা লৈত্রবরা?
– নঙসু লম্বী অসিদা নত্রবদি পোথাফম লৈত্রবরা? ঝাহং অসিগী পাউখুম হান্না পিখো।
– ঐ নঙগা মরি য়েৎনগে লাকখিবা নত্তে।
– য়ানি, নঙ মফমসিদা পোথাবা ফংনবা লাকপনি। পোথারো।
– সুমতি!

বিনোদ খাঙবা ঙমলকত্রে। সুমতিবু থীনা চৈরগা পেল্লনি খল্লমবনি। অশাওবনা মশা পুমবা ঈশিং ঈচাওগুম থুম্নাংলকই। মশা পুমবা চেঙ খৈবগুম নীকলে।

– সুমতি! নঙগা লৌশিং তান্নগে হায়দুনা ঐ মফমসিদা লাকপা নত্তে।

সুমতিনা মচী লেঙদনা তপ্পা খুমলকই।

— হোয়, ঐসু খঙঙী। ঐসু মমাঙঙেগী সুমতিদু নত্রবনী। অনৌবা সুমতি অমা ওইরবনি। পুন্সিগী অন্তনবসিদি ঐতগী নত্তেদনা। নঙগা ঐগা লম্বী তোঙাম্নখিবা কুইরে। লম্বী অমদা নহাক চৎখি। ঐসু লম্বীসিদা চৎলে। নঙনা ঐবু ফাজিনবা য়াররোই। ঐ নীংতম্নবীনি।

বিনোদ ৱাহৈশিংদু মপুঙ ফানা তারমদরে। থুনা য়াঙনা থোরকলে কাদুদগী। য়াচঙবা মতুংগী তপ্পা তপ্পা অথাম্নদগী হন্নকপা নুংশিৎনা য়েবদা বিনোদকী মশাদদি চৈনাখোল অমা য়াওনা য়েরকপগা চপ মান্নম্রে।

কাটর য়ৌরমবা খঙহৌদে। দয়াদাস মপালদা ফমদুনা বিনোদপু ঙাইরম্মী।

— বাবু! ডাক্তর থেংনরক্লবরা?

— দয়াদাস! ডাক্তর থেংনরকত্রে। ঐ অমুক্তা পোত্থাগে।

ফমুংদা উপশিন্দুনা ফনা কুইনা লৈখি। মথনতা কা থুংনা কোয়চৎ চৎলি। মপালদা অমুক থোকই। অতিয়া তন্না য়েংখৎলি। পানখৎলকপগী থাবল মালেম শীনথুংনা শন্দোকলি। থাবলগী মঙালদুদা বিনোদ মশা মথনতা ইকায়জররকলে। মবাল লৈরবা মী অমগুম মাগী মফম ফংদ্রবগুমলে। থৱাম্মীচাকশিংনা মঙোন্দা মমীৎ খত্তুনা লক্লবগুম থোকলে। অহিঙগী জীবশিংনা খোংবা খোঙ্জেলশিংদু মঙোন্দদি নাকোং শীংজা য়েবগুম য়াক্লা থোক্লে। দয়াদাসকী কা তন্না লাকলে। দয়াদাসপু হৌদোকলুরে। মনুংদগী দয়াদাসনা হংলকই।

— বাবু! করি তৌরে?

— দয়াদাস! নোং ঙানগদবা কয়াম ৱাৎলি?

— বাবু, ঘড়ীদা য়েংবীয়ু। পংৱাৎ ৱাৎলম্নরোই।

নুমীৎ তারম তাফাত্রিঙেদগী মফী হোংদোক্লুনা বিনোদ থৌবাং তৌবা হৌগ্রে চৎকদ্দবগী। পরপ পরপ লাক্লে। সুমতিগী থোঙজিলদা লেপলরে। বিনোদনা উরকই। সুমতি কপ্পমলি। বিনোদ খঙহৌদনা সুমতিগী মখৌরী চরম তন্না মখুৎনা কাম্না পায়শিন্দুনা স্বর থিংহনগদবগী থৌরাং তৌরকলে। অদুবু খুৎপায় চেৎনা পায়রম্বা খুবাম অদু থুনা থাদোকলে অমুক।

— ঐবু হাৎকে অসিরা? মদুনা নঙগী করি কান্নগনি?

— নঙগা ঐগা করি মরী থোক্লদুনা ঐনা ৱাহংদুগী পাউখুম পিগদৌরিবা।

— মরী লৈনদ্রবদি নহাক মফমসিদা কৈদৌবা লাক্লিবা।

— হোয়, ওক্তবী অমগা লৈনবা মরী অদুদনি ঐনা মফমসিদা লাকলিবা।

— চুম্মী। ওক্তবী অমগা মরী লৈনরীবা মীশক অদুসু ওক্তবা অমনি হায়বদি নঙসু খঙলরীগনি।

সুমতিনা বিনোদগী মখুৎ অনিমক চেজেৎ পায়শিনখ্রে। মপুরোইবগী মখুৎ অনিমক্তু

মকোক্তা থোংলদুনা হীক হীক কপ্লকলে। হায়রকই।

– নহাক ঐবু অদুমনা ওৎপীগনু? করিগীনো নঙনা ঐবু ঙসি ফাওবা ওৎপা পামলিবা।

– নঙ কপ্লিবা করিগীনো?

– ঐগীদি কপ্পা নত্রগা কপতবা হায়বা অমুক লৈত্রে। ঐগী মীত্তা পি মরীকশিংদু তারকখিগ্রবসু ঐগী থম্মোয়দদি মতম চুপ্পদা অদুম কপতুনা লৈ।

– মদুদি নঙনা ওইহনজবনি। মসিদা নঙগী য়ানীংদবা করি লৈবগে?

– লৈত্তে, ঐগী য়ানীংদবা অমতা লৈতে। অদুবু পেন্দবা অমতংদি লৈখি।

– করি পেন্দবা লৈখিবগে?

– নঙনা ঐবু হন্থনা য়েংখি। ঙসি ফাওবা হন্থনা য়েংলি। নঙনা ঐবু হন্থনা য়েং খিবদুনা ঐগা কায়নবগী অচৌবা মচাক অমা ওইখি। মদুদগী নঙগা ঐগা লম্বী অমমমদা চৎনেখি।

বিনোদনা খঙহৌদনা মখুত্তু খুত্তুম চেৎনা তাশিল্লগা থাঙৎলকই। সুমতিনা হায়রকই।

– ফুরম্মু, থবাই অসি থাখিবা য়াননবা ফুরম্মু। লম্বী অসে ঐসু পাম্বা নত্তে। লম্বী অসিদগী হেন্না অতৈ ঐগী লম্বী লৈত্তে। পুম্নমক নঙননি।

– করি হায়বা ওক্তবী! নঙবু হাৎলগা ঐবু অবাবা তাউ অসিরা মদু ওইথোক্তবনী।

বিনোদ থুনা য়াঙনা থোঙ হাংদোক্তুনা মপান থোরক্লে। মাগী লৈফম তান্না হুম্নক্লে।

নোংঙাল্লে, দয়াদাসনা থোঙ থীল্লকই।

– বাবু!

– করিনো, ঐ চা থকলরোই দয়াদাস!

– চা নত্তে বাবু, চিঠি অমা ।

দয়াদাসনা পিবা চিঠিদু ফাক্তোক্তুনা পাবদগী খঙলে। সুপ্পগী পরেং অনিখক্তংনি। মথাদা থারী- সুমতি। চিঠিদু পারবা মতুংদা বিনোদনা খঙলে। সুমতি মাগী লৈফম থাদোক্তুনা মফম অমদা চৎপ্রগনি। মতম অমদা য়াম্না নক্লরম্বনি। ঙসিদি অসুক্কী মতিক লাপ্পগ্রগনী। অমুক হন্না উন্নগনি হায়বগী অরেপ্পা পীরমদনা সুমতি চৎখরে। ●

# নীংখায়রকই

দ্বীপানিতা নুমিৎনি। য়াচঙলকপগী থাওমৈ থানগৎনরকই। বোবো মমা কৈথেল কুমলকপা ঙাইরী। মমানা চৎলমদাইদা মোমবর্টি তপথিবনী। মমাদি কৈথেল কুমলক্তরী বোবোগী মচে মৌপ্পা অতোমবদু পোশিল্লদুনা শুমাঙ মতোনদা কাতু কারল চৎলী। অসুম লৈরমবদগী করি খল্লক্রবনো থোঙ্গানলোমদা থোকখরে।

য়ুমলোন কৈরোল্লবশিং ঙম্না থাওমৈ পবেং পরেং থানগৎনরকই। বোবো মচীন মৌপ্পা অমম্বাদা মাঙ্গোল উখোকতেনদা ঙারদুনা মমা হল্লকপা ঙাইরী। বোবোনা মচেদা হায়রকই।

– মীগীদি লোইনা থাল্লরকলে। ঐখোয় থানবা নংহৌররোই।

– ইমাদি লাকসু লাক্তনা। ইমা লাক্লগা থানগদৌনি।

– ইমানা থেঙলকঅদি।

– অদু ওইরগনা তোকএ। লাঙগনু বাবা লাকঅগা চৈজনি। ঐদি লাঙজররোই ফুদনবা।

– লাঙল্লবসু অদুম ফুবদুবো। ইচে বাবানা ফুবসি য়াম নাইকো।

— ঐখোয়দি খরবু ফরি। ইমাদা নহাক ইনশাং হাওতে হায়দনা ফুবদো।

— ইমাসু নারমগনি। ইনেহোয় ময়ামনা খামবদো। বাবাসি য়াম্না কল্লিকো ইচে।

মচীন মৌপ্পা বারী শারমবদগী দাড়ীদা ফন ফন চোংথোক্লুনা গুমাগুলোমদা চেনখ্রে। মমা হল্লকই। স্বর তবি তবি হোনলি। মচাশিংদা হায়।

— ইমাইপেম্মা। শিবু শিরমগনি। উচীন নাচীম্না অথেঙবা গাড়ী থেংনহৌবগী ফবনি। লমথাইদগী খোঙনা লাকপদা থেঙলিবনি।

বোবোনা মমাদা হংই।

— ইমা ঐগী মোমবর্টিদি?

— কদায়দগীনো ইবুংঙো! নপা লাক্লগা লৈহনসি। ইমাদি পোৎ চৈগা মথোঙ খঙবা নত্রে ঙসিদি। শিহৌদ্রিসি ফরবনী।

অঙাং অনিদু মমাগী বা তাখিদরে। অনিঙবা ঙাইজরকপা আশা কায়রদুনা তুমপক তাশিন্দুনা ফমলি। অমুক অমুকসু য়ুমলোম্নবশিংগী থাউমৈ মৈঙালসিংদুবু মিতানা য়েংলি। মমানা তহা তহানা চাখুমদা চাক থোংলি। মমানা হায়রকই।

— ইস। সিফাইদি শোক্তমাল্লে। পাখং অনি শিরে হায়নে। ঐদি কিজদনা য়েংলুদরে। ইনম্মা তবাবি খোয়দি য়েংলুই।

ঙসাইমখে বারৌদুনা লৈরমবা বোবো পরপ পরপ মমাগী ঙকশমদা কোল্লকই। হংলকই।

— ইমা, কদায়দনো শিরিদুবু?

— আ খাইরমবন্দা। গাড়ীগা লোইনা চৎহন্দদনা থেঙলকইবসিনি।

— নঙসু অশিবদু কোক য়েংঙু য়াদরা?

— কৈদৌনা য়েংজরুদৌরিবা।

— ঐদি য়েংনীংঙি।

মৌপ্পাগী বাদা মচেনা মমীৎ লাওথোক্লুনা হায়রকই।

— অপঙ! য়েংনীংঙি কাইনা। নহাল মনিঙগী লবুক্তা কাপ্পবদা নঙ হান্না বাবাগী কাংখদা পাকথবদো।

— অদুবুদি অদুক নক্রবুদি। নঙসু লোৎলীদুনী।

বোবোগী মপাদু মনম চেল্লদুনা চঙলকই। হাইবং হাইবং তৌনা চাকখুম্মাংদা লেপলৈ।

— হজিক ফাও চাক লোইদ্রিবরা?

মপা হেক উবদা মমাগী ঙকশমদা কোল্লম্বা বোবো মখুৎতু খংথা থাদোকই। মমাগী মতুংদা লৈশীন্দুনা তুমিন ফমথখি।

বোবোগী মমানা ইপা পাখৎনা খুম্মী।

– ওসিদি ইম্ফালদু মতামা তৌহৌরগোন্নী। নিফাই গাড়ীদা য়োম লংশিল্লকই হায়দনা। ইনম্মা তবাবিখোয়দি চেল্লগা য়েংলুই। গাড়ী চেনবা খিংখিদুনা গাড়ী থাবা ওাইরগা লাকপদা খেওখিবনী। সি ফাওবা লমখাইদগী খোওনা লাকপদা বাবনা লিগদৌরে।

– খওঙে ইবেম্মা, বাত্তাও হৈবী। লমবী থংলিগা, অদু তৌইগা। কৈদৌনা হল্লকইবনো? হাবী জাবী ময়ামদু ঐ তানীংদে খওলব্রা?

– করিনোনে, মহোয়মপাসু খরা হাকমল্লে। মীগী অবাবা ইখও খওদবা মাল্লি। ইচে তবাবিখোরগী ইতেদি আ লমজিনদা ওাইবীরম্মী। ঐখোয়গী ইয়ায়বকসিদি।

– নওসু অফবা খিরগে অসিব্রো, হা? খিরুরোনে, কৈদৌনা য়ুমদা হল্লকইনো?

– হো, ইচাশিংগী খন্দুনা হল্লকইবা, ইচামখেগী খন্দুনা খাওলিবনে।

– হে নুপী। নও বা ওাওগনু। চাক থোংবা য়ারোই। মতম চাদনা থোংবা চাক্তি আ। থোংবানদা ...।

চাকখুমমাওদগী ঈশিং বালটিন অচৌবদুমা পায়খৎলগা লৈরও মথক্তা জোরো জোরো হৈথরকই। মুৎলবা লৈরও অদুবু মুন্না য়েংলদুনা বোবো মমা শুৎ শুৎ কপ্পী। মনাক্তা ফমহৌবা বোবো লৈরমদরে। মচেসু লৈরমদরে। কদোমদা চৎখিবনো খন্দুনা মচা অতোমবদু পোশিল্লগা মপানলোমদা চেনখোরকই।

অমম্বদা কনাসু করিসু উদে। ইমুংদা অমুক চওশিন্দুনা ঈশিংনা থুল্লগা বোদোল অদু শেম শারগা মৈ চমখৎলে। মপানদা অমুক খোরক্রে। উরকই, য়েঙনখা মচীনদা মচীন মৌপ্পা চেজেৎ কোনশিন্নরদুনা অইংবা খাওলদুনা ফমলম্মী। মখোলদি থোক্তনা মচা অনিবু ইমুংদা হোইজিল্লকই। মপানা অমুক অমুক য়াওল্লকপগী শউমদা মচা অনীমক চপ মান্নবা মমীৎ মনা চপ চপ য়ুংখৎলি।

থুংদ নমদবা ফৈজুপ শেগায়বা অমনা মচা অনিবু শুপচীনবীরে। মচা অনিদা তুমিন্না হায়,

– ইমানা চাক লোইরগা হৌদোকপিরক্কে।

ইংবনা মখদাও কক্ কক্ লাউরবী মচানুপীনা মৌপ্পাদুদা হায়।

– বোবো নও চাক চাখিদরা? ঐদি চাক লামদরে।

– ঐদি লামবনা লোইরে। ওসাইসু পুক থন্দে খওবরা।

মমানা মচানুপী জ্ঞান কাবক কাবক তারবী অদুবু মকোক্তা নানবিবা নত্তনা অতৈ তৌখিদ্রে। লৈখোম খোক্রবা লৈরও অদুদা মুন্না য়েংলী বোবোগী মমাদু। ফি ফক্তবা অমনা তপ্পা তপ্পা ঈশিংদু নপথোকলে। বাই কংনা তৈথোকলে। মখুৎ খুৎনমনা লৈরওদুদা থমদুনা য়েংখি। অশাবা মনীল অমত্তসু ফাওদরে। ●

# মীৎয়েংগী পল

– তা'য়াই হন্দক ছুটি খোরকপদদি ঐগী ফি হায়বদু কাউবা য়াদেকো।

– অদু ওইরদি ঐগী ফিরোল খরা শুরম্মু।

– ওই। ঙকপিরেদা।

– হে, নচীন অদুম্না খুমগনুনে নবুংদা।

ইনেনা চৈবীহৌই মঙোনদা। নুংশিঙ্খবা নুপীমচানি। ইচলনগা লৈজদবগা লক্নীংদুনা হেক হেক লক্লে। মানসু ঐবু কোইজদে। হায়নীংবা ঙাঙনীংবা ঐঙোন্দদি চীথবা লৈতনা কোঙদোকই। মনীং থুংদবা লৈরগা ঐনা মবুক্কীং ফাজিনবী। নুংঙাইতবা কোকহনলি। মমীত্তগী মপি তৈথোক্লুনা মথবাই তানা লোকচৈ। অদুদগী ময়ুম হনখি।

হয়েংদি নাগপুরদা ঐ চৎলনি হায়দুদনি। চৎকদবগী প্োৎ-চৈ লোইশিনলিঙ্গেদনি। মহাক ঐগী নাঙা লাক্লুনা তুমিন ফম্লে। মহাক খংকপ কপথোরকই। ঐনা নোকমি নোকমি হংলুই।

– কেদৌরে, ইনেগা খৎনরব্রা?

অদুম হায়গুম ভুমিন লৈরম্মী মহাক। করিসু খুমলক্তে। ঐসু ঐগী তৌগদবা অদুম তৌদুনা লৈরম্মী। যনা কুইনা মাদু ঐসু ভুমিন লৈরে। মানা হায়রকই।

— তা'য়াই ঐসে ঐখোয় ইমানা লৈহন্নীদবরে।
— কদায়দা চৎলো হায়রিবা?
— আদা
— চৎলোদনা।
— নঙ হেক চৎলুচো।

ঐ নোকলম্মী। মহাক ঐনা নোক্লুবদগী যুক হৌগত্নুনা চৎখিগে তৌই। ঐনা খাম্মী। মহাক হৎ লৈশীন্নকই। কপ্না কপ্লনা হায়রকই।

— ঐবু লুহোঙবিরনেয়ে, ঐখোয় ইমানা।
— অদুবু কৈদৌরগে। ঐবু কৈদৌ হায়বনো?
— ভু, তৌরকএ মাগী হৌনবী। ঐ ঙম্মোই। ঐখোয় ইমাদা খরা হায়বিয়ু তা'য়াইনা।
— লুহোঙলগা কৈদৌই হায়বগে। মীসু লোইনা হোঙনরিসিদি।
— অদু ওইরগা নঙসু হোঙলোদনা।
— ঐগীদি য়াম্না বাৎলি। হয়েং ত্রেনিংকা লোইরগা, তলবকা য়াম্না চাউরবকানদুদা হোঙদৌরিবা।
— ফাগী নত্তে তা'য়াই, ইমাদা খরা হায়বিয়ু।

নুমিদাংদু মখোয়রোমদা চখোকল্লুগে খনবনী, নংহৌদে। ঐ নাগপুরদা চৎলে। পরিক্ষা ময়াদা চিঠি অমা ফংই য়ুমলোমদগী। য়ুমগী পাউদা য়াওরকই। চাঁদনী লুহোংগ্রে অরাপ্পা লবায় অমদা। ঐ য়ামনা নুংঙাইখিদে। ঐনা পুজা ছুটি থোরকপদনি। য়ুম হেক য়ৌবগা চাঁদনীবু নীংশিংলকই। চাক চামীন্নরীঙেদা ইমাদা ঐনা হৌদোকই।

— চাঁদনী কমদৌগ্রে?
— মরায়বক থীগ্রবা অঙাং হায়বদু ওইরে। ময়ুমদা হল্লকপা কুইরে। নুংঙাইতেদা মতৌ য়েংবদা।

ছক্কে তৌরমবা চখোম অমুক হন্না থাদখি। ইঙক ঙকখি।

— কয়াম কুইরবা?
— কদায়দগীনো, চাক্কৌবা নুমিত্তগী অদুম চৎলু হায়বা য়াগ্রবনী।

ঐ মথা তানা হৎবা ঙমলমদে। শাথীনা থম্মোই শোকলম্মী। ইমানা অমুক হায়রকই।

— যনা য়াম্না থেম্লবনী। অদুবু মাগী মবুকশে ওল্লু হায়বতদি ময়াগ্রবনী।
— মাগী পেন্দবা মনীং থুংদবা করি লৈবননো?
— পেন্দবা যনা ওইসনু। মপুক্তি মাঙলিবসিদি।

পুক্নীংঙদি কাওদে, ঐনা চঙলমদাইদা মা লুহোংলনবা মমাদা থরা হায়বিন্দু তক্লবদু, মহাক ওহোক্লা বানা লেল্লমলগনি। মহাকপু নিপা মযুমদা চৎলনবা বা থরা হায়নীংলম্বনী। লায়রবী মমা ইনেদুগা মমা মচানা চোংলমগদবদু মীত্ত শং শং উবা ফংই। চাঁদনী মপান থোকপা ওন্নমরোই থনবদা ঐ নুংঙাইরমদে। অদুবু মহাক মযুম পান্নুরবীনি হায়বা খন্নুবদা মহৌশাগুম.পাক হেক মখোয়দা চংপসু পাল্লল থোক্লমদে।

নীংঙম-নীংঙমদনা ছুটি লৌইরদুনা নাগপুর চৎলে। মরক মরক্তা ইমামবশিংনা ঐঙোন্দা লক্লবা য়াওই। নোংমা বাঙ্গালী মচা অমনা ঐঙোন্দা লকনৈ।

— ভায়! হন্দক যুম থোক্লবদগী মওং অমা হোংলে।

— কৈদৌরে মরুপ! ঐবু লাম্না উবা ওইরমগনি।

— নত্তে, ঐনা হায়বা কৈদৌঙেদসু লাম্লোই। কনাগুম্বী অমগা কায়নরকপগী নুংঙাইতবা মাল্লি।

অদুবু ঐনা পাউখুমদি পিখিদে। অমরোমদা চাঁদনীবুদি নীংশিংলকই। মপুন্সিগী অহানবা খোঙথাংদা অকনবা নোংলৈগী শাফু থেংনদুনা নীংবা কায়হৌরবী ইচলগা পাংথক ওইরবী চাঁদনীবু নীংশিংলকখি। লায়রবী নুপীমচা অমগী অকায় অতোয়না থল্লবা শক্তম অমথক ঐনা লাপ্রবা মীরেবাক্তা লৈদুনসু কাউথোকপা শুকঙম ঙমখিদে। শঙ্গ্রবা মচুগুম ময়েক শেংনা চুদুনা থম্মোইদা লৈখি। পুম্নরবা মাগী মপুন্সিবু ঐনা কাউবা ঙমখিদরে।

কালেন ছুটি মনুংনি। ইমান্নবা গোবাদগী অমনা কোয়বা চৎলুসি হায়দুনা গোবা চৎলি। গোবা য়ৌরে। পাল্লা শন্দোকখ্রিবা স্বায় স্বায় লাউবা লৈঙোইগী তোর্বান, অদুদগী চোং চোং লাউবা। অদুদগী সমুদ্রগী অঙাওবা ঈথক মপৈনা লৌইবা থম্বা নাইদবা। লনতক তৌবা যুবী পাম্বীগী মনাশিংদা, অপাকপা ঈশিং ঈপাক্তগী হম্নকপা নুংশিংবকী শাফুনা য়েবদা মনীং তম্না হমলিবা তপ্না তপ্না। সমুদ্রগী মশীং নাইদ্রবা ঈথকী তানথা চানবা জগোই শাবগুমনা উরী। পৈথরবা যুবী পাম্বীগী মরুমদা নোংচুপলোমদগী লাকপা নুপী নুপা জুরা জুরা সমুদ্র খোঙবানদা ঈপাকী ফজবা য়েংলি। নাকল অমদনা লমদমদুগী ঙা ফাদুনতা লৈবা মীওইশিং। মফি কৌনা শেংপা ঙা ফাবনা অচৌবা শিনকম ওইবা মশা ফরবা নুপাশিং। পুন্নমক্তুবু অমুক্তা হেন্না ফজবগী মথৌ শঙলিবদি আরব সাগরগী অশংবা ঈপাক অদুনি। মীথয়েংনা লোইখিবা মফমদু ফাওবা শন্দোকখ্রিবা শংবান্নবা ঈপাকনা থাশিগী অহিংদা মুশিন মুবা ঈপাক অমা ওনখিবা; নুংথিলগী মতমদা লংখ্রিক লংনা উরমবা ঈপাক্লা কয়াদা থুনা অওনবা শক্তম লৌখ্রিবা। মশক মতৌ ফজবী শাবান ফজবী কুচু ঙৌনা তোঙ্গানবী নোংচুপলোমগী নুপীশিংবু উরগা ঐগী কৈরোয় লৈকায়গী ইচে ইচলশিংবু নীংশিংলকই। গোবাগী পনজিম, ডোনা পাওলা, লমকোয়বা মীনা অতোং অথম লৈতে। মচু মচুগী শালবার কমিজ, ফজরবা শাড়ীগী ফিজিনা নুমীদাংবাইরমগী মনীং তম্নবা নুংশিংগী ইপোমগা ঈরোইলরীবা ফনা ফজে। চাংদমনরী ঐনা মখোয়দুবু উরুরগা, ইরেবাক ইরমদমগী শুঙংগী চনুরাশিং। কুমগী লৌরোক পাহাদা খুৎলং চৎনুবগী বানা

হুক্কলগা, খুৎচঙনা খুৎলেবা চেঙহীনা নীংথীনা লুখোকলবা মনম চেন্নবা শন্নাংনা লৈতেংবা নাক্লমগী শাইনোনলঙ্গা কেকু লোংপী শান্নরীবা লৈহাউ লৈত্রেন। কোমগোম পুনবা শম্বুলগী পাউখোং চান্নরিবা চিনিচম্প্রা। সনাবুলনা খুঙদা য়েপতুনা পক্রেং পক্রেং হাইৎলকপদা, নোং-জাবীগী ওজামবা মচুগী তঙাংবা মশেকনা য়ৈরবদা থঙোরকপা মঙালনা সনা কুদোংলেবী কুচুনা কয়াদা ওক্সাৎলিবা। অশংবা কৌনাগী জগোইগা নুজাশিংগী খাৎলগা অম্না চানা জগোই শামিন্নবদু করম্না তরাইনা লৌগনি।

মথং ছুটিদনি। নোংমা চাঁদনীগী মমা ইনেদু ঐগী নাক্তা লাক্কই। বারী অমা হৌদোকলরে।

— ইবুংঙো দিনেস। নঙবু নচলনা অমুক্তং উন্ননীংঙি হায়নে। ঐখোয়দা ঙাইহাক্তং চখোরকউ। ইনেনা লাইবক থীবনীনা মমান্নবীসু কয়া তোঞ্চন তিন্নহন্দেদো। মীগী বাক্ত পাদবা উক্নরগা মবুক্লীং নুংঙাইয়োই হায়না ইনেনা থোঙ্গাল বাংমা লালহন্দনা থমবনি।

— ইনে, ঐ শোয়দনা লাক্কে।

— মাগী নুপাদো ইতৎ তঙনা কৌবা লাকই। মনেম মকুসু মরাকই। ইনেনে মানা হন্নক্নুনা লৈবসে কয়া পামদে।

— হোয় ইনে, চৎচখিবনা ফনিদা।

য়াচঙবা মতুংনি। মমলি মমলি তৌরকপা অদুবাইদনি। ঐ চাঁদনীখোয়দা চৎলি। কোয়্হোং লানশীনবতা মঙায়রী। মী অমা থোকলকই।

— কনানো?

— ঐনি।

— ঐ হায়বদি।

— ঐ খঙদ্রো?

— অমম্বসিদা শক খঙদরে।

— খঙম্রবদি কৈদৌনা হংলি।

ঐ খঙলে। নুপাদু চাঁদনীগী নুপা ওইরমবা তারে। মান্নবা অফবা ওইরবোই হায়না খল্লদুনা ঐ থুনা য়াঙনা হল্লক্রে। চাঁদনীখোয়দা চঙলমদরে।

অসুম্না হৌখি। ইনেসু ঐখোয়দা অমুক লাকখিদ্রে। ঐসু অমুক য়ুম থাদোকলমলে।

ঐগী লুহোংবা নুমীৎনি। বড় যাত্রা তৌরবা মতুঙ ঐনা গাড়ী মনুংদা ফল্লীঙেদা মহাকপু উখি। মহাক নুমিত্তুদি হরাও হরাও উই। ঐসু পুক্লীং নুংঙাইখি। মহাক হরাও নুংঙাইনা লৈজরমান্নে খল্লুবদা

লুহোংলবা মতুং, ঐগী ইচানুপা অহলসি পোকপগী ইপান থাবা নুমীত্তনি। নুমীদাং ঐগী নুপীনা বারী হৌদোরকই।

— ওসিদি মীশিংসে বাখল নুংঙাইনা উইকো।

— ইচা নুপা অমা ফজেবনিনা নুংঙাইজরিবা।

— মদুদি ওইরমদনা, কুইনা উন্ত্রবা মীগা উম্নবগীন্না হায়বা।

— য়ুমদগী ওসিবু থোঙকাপ অমফাও চথোকচিন্নলে ঐবু।

— মথোঙনা থোংনা লাক্লগা উম্নখিবদুদি।

— কনা লাক্লমবগে ওসিবু?

— তুমদবা মী হৌদোকপা লুই হায়বদু তৌরেদনা।

— বা ঙাক্তবদা কোচি থাংবো তমগনু।

— নত্ত শাউরকলবদি।

— শাউরোই।

— চাঁদনী লাকলমবদুবু হায়বা।

— মীদি লায়রদনা নত্তমক্কসু অদু হায়রবা। তৌহেদে মদু অমুক নচীনদা পনগনু। মানসু খনলমলোই।

— খঙদে, নুংশিং শিত্তনা উনা লেঙবা হৌনদবনী।

ঐগী নুপীগী করম্বা মীথয়েংনো ঐ খঙবা ঙমখিদে। ইচম চম্না মী অমগা মী অমগা লৈনবা মরী অদুবু পল অমনা করমনা থথিত্রবা। ঐ চাঁদনীবু লাপথোক্লা থম্বদি ঙমলোই।

নোংমা মপাল কাওজেবুংদনি। মেলা তৌরী। চাঁদনী মাগী নুপাগা অঙাং অমা মখুৎ শমলদুনা চঙখিবদু উই। অঙাং অদুদা অচাপোৎ অমত্তসু মখুত্তা পায়হম্নীংবনী। পাঙ্গল থোক্লা কৌবদি ঙমদরে। মাগী নুংঙাইরবা লম্বীদা খুরৌ চেনবা ওইনা থোকত্রা খল্লদুনা থাপ্না য়েংদুনা ঐহাক লৈহৌরে। ●

# থাজবগী অইংবা

নুমিদাংগী পূং মাপন মখায়গী অদুবাইদা নবদ্বীপতা থুংঙি। হেক য়ৌবগা অনুপ্রভু দর্শন তৌই। থোঙ হাংদোকপা নত্তে। ধর্ম্ম শালাদা অহিংদুমা লেপ্লে। মী পুম্না য়াম্বেতরুক পুবা বস অদুগী মনুংদা নুপাদি পুম্না তরাহুমদোইখক্তনি। লেমহৌবদুনা নুপী ভাক্তনি। পুম্না কা তরেং লৌশীনলে। কাওবু কাওবু নাইনা কা খুদিংদা ফমুং ফানুং তুম্ন-হীপ্নবা শেম্মনরম্মী। ঐসু ইমাগা পুম্না হীপমিন্নরে। তুমথবা ইয়া য়াদে। চরাওনবা মরক্তুদা ওহ্লোক্লা হৈনদনা মীকপ অমতং তুমথনবা হোৎনবদা অব্বাবা অমা ওইরম্মী।

নোং হেক ভানবগা গঙ্গা স্নানগীদমক্তা মরাও মরাও তৌনে। ধর্ম্মশালাদগী পণ্ডলাপ লাপতনা খজিক্তং চৎলগা গঙ্গা তুরেলনা পাক শন্না চেল্লম্মী। ঐখোয়গী কাওবু অদুতা নত্তনা অরাপ্পা মক্কম কয়াদগী র্তিথ যাত্রিক কয়া কয়া লাক্কুনা গঙ্গাগী লুরবা গর্ভনুংদা ঈরুপলরে। ইমাগা ঐগসু হন্না হন্না লুপলম্মী। অয়ুক অঙনবগা ওইবনে, বাকচীং থাগী ঈং বনগা লোইরে ঐদি ঈংবনা লৈয়েং ফাওবা ফাইরবোই নীংঙি। অদুবু শোল্লবা চহী য়াম্নবা ঐগী ইমাদি থোইনা ঈংদবগুম উই। তোবর্বানদা হাম্না থমদুনা লৈরবা চন্দন থিননবা মপোং মচৈশিংদু খুইরবা মখুত্তুনা থক থক নীকপমখৈ থিনবদু ওহ্লোক্লা মথবাই তানা উই। ঐনা মাগী মতৌদা হায়।

— ইমা! থুনা লোইশিল্লসি। ইংবনা লোইবা ভারে।
— করিগী তহা তহা তৌরম্লগে। নে না তানা মান তৌদবা য়াবরা? চহী কয়া তপ তৌরগা ফংলীবা য়াননী। রাধারানীনা চিংশিনবীদুনা অসি য়ৌরকলিবনী। কৃপা লৈত্রবদি চংলীংঙ্ভি হায়দুনসু ফংদেদো। শেল লৈদুনসু ফংদেদো।
— ঈশিংনি হায়দুনা মহীক থাংগদবা হেক মাল্লদনা। কুইনা লৈরগা ফপোং নত্তে।
— হরে কৃষ্ণ! বিষ্ণু বিষ্ণু! হায়হেদেনে অজ্ঞাওবী। পাপ কোকদৌরীবনিনে। নরায়বক ফম্নুনা অসি য়ৌরকলিবনিনে। সনা লুপা শিদুনা কৈদৌনি। মসিদি অশেংবা নরলনিনে অপংবী।

অহল অদুগী কয়াদা থাজবা থমত্রবা। কয়ামুক মবুক্কীং লুপত্রবনো। ইমাগী বাহে ময়ামদু লোইনা ভাব তাত্রবসু থরা মথৈদি থগুলে। মহাকনা ঈশ্বরবু নুংশিজবা অদুনা মহাকপু কয়াদা শান্তি পীবিরমগদবা।

নুংথিলদনা দর্শন কোয়না চৎলী। লৈরক কোনশাং খুদিংদা ঈশ্বরগী নাম ময়েক লানা লানা থারীবদু উরগা অমুকসু থল্লি। অমসু ওইসনু, অমসু ওইসনু। থাজবা অদুগী মফম অমদি শোয়দনা থাকলমগনি।

অয়ুক অঙনবগী মঙ্গলার্তিগী নুংশিবা কাংশি অমদি শরিক মখোলনা অমমবা বাথলবু থংঙান ঙালহল্লবগী মচাক অমা ওইহল্লি। বৈষ্ণব ময়ামগী ভক্তিনা থল্লবা কীর্ত্তনশিংনা পুমনিল নিল্লী। তশেংনমক লাইয়েবাক হায়বদুরা? থন্দবা ঙমদে।

নুমিৎ হমনী চুপ্পা দর্শন কোয়না চৎলি। চৎলিবা যাত্রিকশিংদু বায় কৌবা হায়নদে। লমজিংলীবা ঐজ্ঞা পুরেনদা বাকৎলি। অদু বাৎলি, অদা বাৎলি। অশুক বানা লাপ্পা লাক্রগা। অমুক্তোইবা মহানী। নুমিৎ মরিনি চনবগী অয়ুক্তা গঙ্গা লানথোকলগা মায়াপুর পাংলে।

নীংথিরবা খুৎশেমনা খুৎ চঙনা শেমগৎ শাগৎলিবা মন্দির অদুগী অকোয়বদা মচু কয়াগী হৈ-লৈ পার্ম্বীশিংনা কুঙনা পরেং পরেং চগুংলনা হৌরী। গেৎ ময়াদা শাংনা লৈতেং য়োনবা দুকান মচা মচাশিং পরেং পরেং লৈম্মি। রেকৌর্দিং তৌরবা কেসেঠ কয়া কয়াগী কীর্ত্তন অমদি ভজনশিংনা অতৎ অথম লৈতনা শক শোননি।

মনুং য়ৌনা চঙবদদি অমুক্কা হেন্না অঙক অঙকপা ঈশ্বর নীংজবা ভক্ত কয়াগী অয়েকপা লাইনা ফকলাং অকোয়বা থুংনা য়েকলিবদু উরকই। ময়াইদা শ্রীল প্রভুপাদকী অশাবা সনাগী মূর্ত্তিনা ঙানথোইরম্মী। মন্দিরগী নাকল অমদা মশক মত্তৌ ফজনা চঙখোল্লবী কয়ানা মন্দিরগী প্রসাদি অথুম অহাও পেকেট মরোল মরোল মথল মথেল নাইনা য়োল্লরম্মী। ইংরাজী লোলদা হৈ শিংনা লোল্লদুনা অরাকপা মীশিংদা মন্দিরগী প্রসাদিশিংদু লৈবীনবা হায়জরমশিংদুসু মথেল অমনি। অকে অমৌ য়াওদ্রবা মকত্রবা মায়থোঙশিংদা মচু তানা থিল্লিবা চন্দনশিংনা কয়াদা ধর্ম্মগী মশক তাকনবা ওইরম্মিবা।

পুল্লীংদা খন্দবা ঙমদে। ইরৈবাক্কী অমগা অমগা হাৎনবা ঙনবা য়েংথীনবা। অমোংপা ৱায়েল বীচায়; ঙ্গানবা লৈঙাক শাসন। পেন্দবা খোল্লাউনা লৈরক কোলাং শীনখুনা চাইথ্রবা ইরৈবাক মণিপুর। অৱাং নোংপোক চিংদাইদা ইনো চীক্লা তোমখিন ঙাম্নখীনি। ঙসিদি মোংফম্না থল্লবা লৈবাক ওইরে।

হয়েংদি পুরী পাংলনি। ইমানা হাম্না ঐঙোন্দা ৱারী শাই। সমুদ্রগী অঙাওবা ঈথক মপৈ মপৈগী মরক্তা ম্নান তৌবগী নুংঙাইবা। লৈঙোয় মথক্তা য়োম্লিবা মোইবুংগী মখল মখলগী লৈতেংশিং, কোংগ্রেং মচা মচাশিংগী পোৎ চৈশিংগী ৱারী। থুনমক য়ৌনীংলকই। অনৌবা দর্শনগী আশাগা লোয়ননা পুরীগীদমক্তা মথংগী অয়ুক্তা নোং হেক ঙানবগা যাত্রা তৌরে।

আসামগী অশুকপা জঙ্গল কয়া, চা বগানগী ফজবশিং লোয়ননা বেঙ্গলগী য়ুবী, ক্বা অমদি খজুর পাম্বীশিং মথং মথং লৈহৌরে। মশীং খঙদনা হৌবা মালদাহগী হৈনৌ পাম্বীশিং অদুসু থাদোকলমলে।

বস কাখৎপগা উরকই। ঐজ্ঞা পুরেনদু ড্রাইভর মনাক্তা উইরদুনা ফমলি। চহী অমদা বৃন্দাবন অনিরক্কী খোঙচং শোয়দনা চৎপা ঐজ্ঞানি। থৌরানী অমদি মচা ময়ামগী শেল তানবনি খনবসু লানগনি। মচীন্দা মবুংঙোগী নাম তোম্না শোল্লি। মীয়াম্না ঐজ্ঞাগী কারবার হেনমল্লে চৈ। ঐজ্ঞানা মদুদা অতে খুমদে। মথম্মোই ফাজিল্লদুনা খুম্মী 'হরে রাধে'। ●

# মৈসা নত্তে মৈরীনি

মৌ নহাদুদা নর্স নুপীদুনা খংলাউ লাউরকই।

— হে! হিংচাবী! নচাসি হাণ্ডোকলগেবা? য়োকপা শুমদ্রগা ঐখোয় য়োক্কেনে।

চৈরমলগা় থোকখি। মৌ নহা অদু মফি মরোলদি মৈতৈ নুপীগুম্না শেৎ চায়। মশক্তি ত্রাইবেল মাল্লি। নর্সনা চৈরমবদুদা মমায়দু ভাঙখ্রে। নুমিদাং ওইরকলে। মৌ নহাদুগী মীদি অমতসু লাকপা উদে। অথেঙবদা পাখঙ মচা অমা চঙলকই। তাংখুল মরোলদা ঝাবী সানে। মৌ নহাদুগা থংনবা বেড অদুগী নুপী অমনা পাখং মচাদুদা নুপীদুগী মরমদা হংলম্মী।

— ইবুংঙো! নুপীসিগী মৌপ্পারা নঙবু?

— নত্তে, করিসু থোক্লদে মাগা ঐগদি। ঐখোয় খুল অমতদা লৈমিন্নরমবনি। মাদি মৈতৈদা ওংথ্রবনী। ঐদি ইপাগী অনাবা শেন্নবা লাকপনি। গেড লোমদা হিদাক লৈবা থোকপানে। মদুদা মহাক থেংনবনি।

কদাইদনো মাগী নুপাগী য়ুমদি ?

— থৌবালদনি হায়। অদুবু ইচেসিবু নুপাগী মম্া মপানসু পুন্সিনবিদ্রে হায়বনী।

ইচেসি ঐখোয়গী খুনদসু হনজিনবা য়াগ্রবনী। অদুগা ৱাং তিন্নদবদা ওংলবনিনা ইচেবু মমা মপানা য়াম্না শাউবনী। মহাক হুন্নকলবদি হাৎকনি হায়বনিনে ইমা।

— নুপাদুদি লাকত্ৰবদি কৈদৌরে?

— নুপাদুদি লাকলোই। ইচেবু অৱাং বি. ও. সি. দা ভারাদা তাৎ তৌদুনা থনম্বনি। মহাক অমুক হুনলকখিদবনী। মাগী থিফমসু ইচেদি খঙদে হায়। মহাক য়াম্না ফত্তবা নুপানিনে ইমা।

ৱারী শারিবীদুনা হংঙি।

— মাগী নুপা ময়ুমদুদা চৎলগা হায়রুবদি য়াগ্রনে?

— কদায়দগীনোদা, ইচেনা থিবা কুইরবনি হায়। শাওগনুকো ইমা। নখোয়সু মৈতেনি। ঐখোয় চীংমী নুপীশিংবু নখোয় মৈতে নুপাশিংনা লৌবীরগা হেক অসুম্না হন্দোকপিরম্মীনে। ইচেখক্তা নত্তে। খুন খুদিংমক্তা লৈবনে।

ৱারী খংলেপ লেপ্লি। অনাবা অঙাংদু কম্না কম্না কপলম্মী। নুপীদুনা পাখঙ মচাদুদা মখোয়গী মরোলদা করিনো খরা হায়রম্মী। চীংমী পাখঙদু পরপ পরপ চৎখ্রে। নর্স নুপীদু অমুক কৌরুরে।

— কৈদৌরে?

— অঙাংসি য়ামনা কপলে ইচে!

— কপকনি, কৈগু তৌরোই । শঙ্গোম শেল্লগা পীথকউ। মবুক থনবা ৱাৎলে। খঙলব্রা?

নর্স অমুক চৎখরে। পাখঙ মচাদু ঙাইহাক চৎলুরগা শঙ্গোম কৌটা অমা পুরদুনা লাকলে। নর্সনা হিদাক ইরমবা চেদু পায়রগা অমুক থোকখি। চীংমী নুপীদু হিক হিক কপলকই। নোং হেক ঙানবগা ডাক্তর লাকলগা অমুক চৈরগনি। হিদাক অইবা চে অমুক পীরগনি। লৈদ্রগা নর্সনা মাবু থীনা চৈরমগনি।

নোংঙানবগা ডাক্তর লাকই। ডাক্তরদুমদি ফিংদে। তপ্না তপ্না বা ঙাঙবগুম তৌই। মহাকনা চীংমী নুপীদুদা তপ্না হংলকই।

নঙগী নুপাদি? নঙদি কদায়দা লৈ? হিদাক মতমচানা লৈরগা মতমচানা পীথকত্রবদি অনাবা কৈদৌঙেদসু ফরোই। হিদাক পীজরোইদবা ওইরবদি হোসপিটালদা অনাবা য়েংলরিবা করিগীনো?

মথং নুমিৎনি। নুপী অদু নুংসা থীবগা লোয়ননা খংলাউ লাউরকই। মচাদু ফিৰম ফংথীল্লকত্রে। স্বর লেপত্রমায়ে। নর্সশিং ডাক্তরগা লোয়ননা পুম্না চেনশীল্লকই। অঙাংদু মশা পায়রদুনা মুম্না য়েংলি। মমৈদা ডাক্তরদু মঙক তপ্না তপ্না হাইরকই। আসা লৈত্রে হায়বা তাকলকই।

মনাক্তা লেপলীবা মীশিংগা নর্সশিং অদুনা বারী তম্লম্মী। হোসপিটালদা অভাংদু অমুক মমাঙ থাদা পুরকল্লমলে। হিদাক লৈবা ভমথিদদুনা চৈবদগী মখোয় অদুম চেনখিবনি।

মরাইবক থীরবী নুপীদুগী আভাংদু নুপানি। ডাক্তরনা খুৎ থারবা মচা অশিবদু ফিনা পুমরোম য়োমশিন্নদুনা মতমবাক্তা পমথংখরে। ওকসিজেন থাজিনলম্বগী মরী মরাংশিংদু তপ্না তপ্না মমাদুনা শক্তোকখরে অভাংদুগী মনাতোনদগী। ডাক্তর চৎখ্রে। নর্সশিংদুসু মতুং ইন্নখি।

ভাইহাক লৈরবা মতুংদা পাখণ্ড মচাদু চঙলকখি। মখোয়গী মরোলদা করিনো থরা নুপীদুদা হায়খি। নুপীদু হৌগৎলকলে। অশিবা মচাদু পন্নদুনা তপ্না তপ্না থোকখ্রে। ঈরা চেল্লবা মমীৎ অনিদুনা অশিবা মচাদুবু মুন্না অমুক অমুকস্য় য়েংবগুম তৌরী। পাখণ্ড মচাদুনা মাগী ফি ময়োম অদু মরেংবানদা য়াল্লদুনা মতুং ইন্নখি। চৎলমদাইদা ভসাই বারী শানখিবী নুপীদুদা হায়রম্মী।

– ইমা চৎলগে।

মথাদা মথ্রবাই য়াওদ্রবা মচাগী হকচাংদুবু চেৎনা কোনলি, করি থল্লমগনি চীংমী নুপী মরায়বক থীরবীদুনা। মথম্মোইদা শোয়দনা বারৌরমগনি, মাগী মপুরোইববু। থওইবীদ্রবা মাগী পুন্সিনা মপুরোইববু শুককাউ কাউরমলোই। উম্মনীংলমগনি, পামলমগনি কায়রবা থম্মোইদুনা মাগী মপুরোইববু উম্নবা। বাকথনীংলমগনি পেন্দবনা চয়োম শারবা মাগী মচীনদগী থোরকপা চোইরোল পারোলশিং। অদুবু করি উপাইদি লৈরি। ●

# তৌবীমল

ঐখোয়গী সংস্থানদা য়াওবা নুপীশিংনা নিনফুং নিনফুং ভাওনে। ইচে সাবিত্রিবু লৈশাবী নত্তে হায়না। ঐদি থাজবা ভমলমদে। অচুমবা অমদি খওনিংবা পোকই। মবমদি অশেংবা শুয়বসিনা শুপসোই শোয়দবনী। মশাদদি নোংমেতা হংবা ভমদে।

ইচেনা ঐখোয়গী নুপিশিংগী ওইবা সংস্থান অদুগী সেক্রেতরীনি। থবক ফজনা তৌবগীদমক্তা মীয়ান্না শক খঙবি ইচেবু। ইচেনসু থবক ফজনা তৌই। নোংমা নুপীশিংগী ওইবা অপুনবা মীতিন অমা মোইরাংদা পাঙথোক্কনি হায়না ময়াম চৎকদবগী ইরাঙ লাঙনরম্মী। ঐসু ইচেবু খোঙবু ওইমিন্ননীংদুনা হৌবা চৎলম্মী। মহাক চৎসি হায়বা য়ারমদে। মশা ভমদে হায়রে। ঐসু অদুম তোকলে। ঐ চিংনবা অমা লৈরে। মীয়ামগী ওইবা করিগুম্বা থৌরম অমদা ইচেনা চীথরকপা অমুক্তসু লৈখিদ্রি। য়াম্না কম্না ভমদবসু নত্তে। নোংঙাল্লগা ঐগী নাক্তা লাকই। মুমিত্তুদা ঐনা হংঙি।

— ইচে, ভরাংগী ইচেনা চত্তবদু ঐদি ওম্বোক্লা নুংঙাইজখিদ্রে। ইচেবু কয়াম কম্না ভমদদুনা চৎখিদবনো?

— হকচাংসু ওমদবনী অদুগা চৎসু চৎনীংঙ্গবা ইচেনা।

ঐ খজিত্তং ওকলম্মী। তানজা চাবদু লৌদুনা ঐনা মখাতানা হৎলম্মী।

— করিগী চৎনীংঙ্গিবনো ইচে?

— হেন্না, ইচেদি য়ুম পাল্লুরবীনি।

মাগী ৱাদা ঐ ওক্তং নোম্নগা তুমীন লৈরম্মী। মহাক য়াম্না নুংঙাইতবগী মওংদা মায়থোং অদু খংগুক গুকথখিবগুম ঐনা উবা ফংলম্মী। ঐদি মখা তানা মঙোন্দা ৱাহং অমতসু হংবা ওমদ্রে। মানা হায়রকই।

ঐনা য়াম্না অঙাং ওইরীঙৈদনি। য়াম্না কুইরে মতমদু। ঐনা ক্লাস আইট তমলীঙৈ ওইরমাদ্রে। ঐখোয়গী ভারাদা সনাজাওবা হায়বা অমা মোইরাংদগী লাক্লুনা লৈরম্মী। সুপ্নতগী মমীংতমক খঙবনী। অতৈ অমদা ঐ নীংশীংবা থোকত্রে। মচল মচে অমতা লৈতে হায়না মানা ঐঙোন্দা ৱারী হেক হেক তৌই। মরক মরক্তা ময়ুমদা চৎলীবনী হায়দুনা হেক হেক চৎলী। করিগী তোয়না চৎলীবনো ঐনা হংলগা মমা মপা য়াম্না শোনলে হায়।

ঐনা অঙাং ওইরীঙৈদা অবোকনা ৱারী লীবী। মোইরাংগী খম্বা থোইবীগী, কৈ ফাবগী অমদি শামু খোঙয়েৎপগী। ঐ মোইরাং য়াম্না চৎনীংখি। য়াম্না য়েংলীংলম্মী থোইবীনা ঈনচিংবা লোক্তাক পাৎতুসু। শামু খোঙয়েৎপগী মতাঙদা পি তাদুনা কপই। অবোক্কী খুইরবা মনমগনদা কোনদুনা খাঙখিরম্মী। থম্মোই শোক্না নুংঙাইরমদে।

নোংমা ঐনা তাদা সনাজাওবদা হায়।

— তা'সনাজাওবা, খম্বা থোইবীগী ৱারী লীবীয়ুকো নঙনা শংবা কানদা।

— ঐদি শংসু শংদনা।

— শংদ্রবসু লীবীয়ু।

মহাক নোকপত্তং নোকলম্মী। মানা নোকপদু উরগা অঙাং ওইরীবা ঐনদি থওইবীদ্রে লৌরম্মী। ঐ শাওরদুনা হায়।

— মীনা ৱা হায়রগা নোকলিবদুবু করিগীনো?

— লীবীগনি। ঐনা শোয়দনা লীবীগনি। নোংমাইজিং নুমিত্তুদি ঐ য়ুমদা চৎকনি।

— তু। তৌরকঅদবনী মাগী হৌনবী।

— নত্তে মেমা। ঐনা নখোয়গী থবক ইনখাং শুরগা মদুদগী ফংবা পৈশাদুনা ইমা ইপা অনিমক হিংলিবনী।

শাওনীংলদুনা ঐগী নীংবা থুংদ্রদুনা ঐ শাওরঙননা চেল্লকই। মাদি অদুমক নোক্লুনা লৈহৌই।

কাদেন ছুটি ক্ষনুংনি। মানা ঐভোন্দা হায়।

– মেমা! নঙ লাই হুরাওবা য়েংনীংবরা? লমদুগী খুইদগী মশক কজবী নুপী অমগা খুইদগী মীওই মীতৌ কবা নিপা অমগা লাইবুংদা জগোয় শাগনি। নঙ য়েংনীংবরা?

– পাখঙ লৈশাবী নত্রবদি জগোয় শাবা য়াদবরনে?

– খঙদে অদুদি মুন্না ঐসু। নঙগুম্বী লৈসাবী ভাজনি।

– ই: ঐবু লৈশাবী কারবরনে?

– নঙ অদুক চাওরদুদি।.

– অদুদি পাখঙসু নঙগুম্বা অচৌবা ওইবা তারেনে।

মাগা ঐগা কন্না নোকমীন্নরম্মী। ঐহাকসু মোইরাংদা য়াম্না চৎনীংলম্মী। মভোন্দা পুৰীনবা তকলম্মী।

– পাবুংনো চৈরোইদ্রা?

– নঙনা পুনীংদ্রেগা পাবুংদা অদুমনা তাইশিনগনু। নবুক কগুদুনা নকোয় চোমলিবদো খঙবরা?

মহাক নোকহৌই। ঐ হন্নকই। পাবুংদা হায়বা ঙমদদুনা ঐ অদুম মোইরাং চৎখিদে। অনীংবা অমতসু পাবুংদা হায়জনবগী পাঙ্গল ঐগী লৈজরমদে। পাবুংবু ঐনা য়ামনা কিজরম্মী।

নোংমা ডিসেম্বর থানি। চহীগী পরিক্ষা লোইবা নুমিৎনি। মথোঙ চাখিদ্রবা নুমিত্তু ঙসি ফাওবা নীংশীংলি। ইমান্নবী ময়াম পরিক্ষা লোইবগী সিনেমা য়েংসি হৌনদুনা সিনেমা য়েংলুই। য়ুম য়ৌরকপদদি কনা য়াম্না থেঙদোকখরে। থোঙ্গালদা তা'সনাজাওবা লেপতুনা লৈরম্মী। ঐনা তা'সনাজাওবাদা হায়।

– তা'সনাজাওবা! ঐদি খঙদেকো। পাবুং য়াম্না কিজে। নঙনা য়েংলুসি হায়দুনা নমদুনা পুবনি হায়গনি ঐদি।

মানা তপ্না খুমলকই।

– পাবুংদা হায়রম্নগা য়েংবা য়াদ্রনে?

– শুকয়া য়াবীরোই। অদুনা লোম্না য়েংলুবনী। অদু ঐদি য়াম্না কিজে। খঙদেকো, নঙনা পুদনি হায়গনি।

মাগী বা তারমদনা ঐ য়ুমদা অদুম চেনশীন্নকলে। পাবুংবু কিজমনদুনা তাদা সনাজাওবদা মরাল লোইনা তাইশনলম্মী। ইশা কন্ননবা শেরান তুরান পাবুংদা তমশিনলম্মী। ঐগী ইরাল পুন্নমক লোৎশিন্নম্মী। ঐগী বা তাবদা পাবুং ঙাখে লৈতনা শাওরম্মী। তা'সানাজাওবদা অথীবা বাহে কয়ানা চৈ থাংলম্মী। লোয়ননা মাবু খুদক্তা ময়ুম চৎখিনবসু হায়খিরম্মী। মঙক ফাওবা হাইগৎপা তৌদনা পুন্নমক মরু লুকথনা পাবুংগী বা তারিবা তা'সনাজাওববু

ঐনা থোক্তজিন মরুমদা লোননা রেবহৌরম্মী। ঐনু অাম্না নুংঙাইহন্দে। অদুবু কিবদগী অমুমক লোৎথিরম্মী। লোংঙাক্লকপদা মাগী মা অদু শো লোননিনবা উরম্মী। থঙজি, মহাক অমুক লাকলরোই।

চয়োলদগী থা মদুদগী চহী মথং মথং অদুম চৎখি। চহী কয়া হৌখি মরোল মরোল। ঐসু লৈশাবী মপুঙ ফাত্রে মতমদু। কলেজ তমবা লোইশিন্রে। সরকারগী থবক অচৌবা অমা তৌরে।

মরক মরক্তা ঐখোয়দা ঙায়োনবী নুপী মীয়াই চনবদগী থরা অহল ওইশিল্লবী অমা হেক হেক ঙা পুরগা চঙলকই। ঐবুসু লুনা তৌই। মচানুপী য়াওজদে হায়দুনা ঐবু নুংশি হায়দুনা বারী হেক হেক তৌই।

নোংমদি ঙায়োনবীদু নুমিৎ ফনা হাইগৎলবা কানদা ঐখোয়গীদা লাকলম্মী। অয়ুক্কু য়ুমদা মী অতে কনাসু লৈরমদে। ঐ ইথত্তা লৈবা তাঞ্জানি। মহাক নুমিত্তু পোৎ শিৎত্রে। ঐখোয়দা পুম্না লৌহৌরো হোঙনা পীরমলগে লাকপনি হাযনা বারী তৌরম্মী। ঐনা মঙোন্দা হংলম্মী।

— ইনে, নঙগী ঙসি ঐ লৌবীহৌরগে। ইনেগী য়ুমদি কদায়বাইদগীনো?

মহাক য়াম্না হরাওবগুম্না ঐনা উরম্মী। স্বর শাংনা নে তানা হোনদোকখিরম্মী।

— ফরেদা, ইচানা লৌবীগে হায়বসিদি। ইনেদি মাঙলদ্রা হায়না নুংশা থীরুরবনী। নবুং অমথক লৈবদুসু মশা ঙমহৌদে। ইনেদি মোইরাংদগীনি। গাড়ীদদি ইনক নকইদা। ঙাইহাক্তংদা য়ৌগনি। নবুংদুসু নহালবাইদি ইম্ফালসিদা থবক শুবা চৎলম্বনি। ছজিক্তি মদুসু য়াদরে। তুমিন অঙাওবদৌনা পঙলৈদা লৈ। ঙাঙন শানবসু ইয়া য়াদে। খঙদ্রেদা ইবেম্মা, লায়রবগী মৈশানে।

থ্বাঙচেৎ মচীনা মপি তৈথোকই। ঐসু নুংঙাইরমদে। ঐনা হংলম্মী।

— ইনে, তাদদুনা করি ওইনা ঙমদ্রিবা?

— লাযনা মথোঙ খঙবা নত্তে ইবেম্মা। মানা ঙাওচথনরকইবসে ফনদি কুইরে। অপুনবা অমনা পুবদৌনা তৌবগী বানি। মচীন মনাও অনী শুবসু নত্তবা ইনেদি কারবনি।

— তাদগী মমীনো করি কৌরা?

— সনাজাওবা কোই ইবেম্মা।

নুমিত্তুদগী ঐহাক ককঙাওনরকখি। মাগী পাউ অমুকহন্না ফংখিদ্রে। ঙায়োনবী ইনেদুসু অমুক ঐখোয়দা ঙা য়োনবা লাকখিদ্রে। ঐগী পুন্সিদি ঙসি মতীকচাবী অমা ওইনা হীংলে। অদুবু ঐগীদমক্তা ইকাইদবা নংত্রবা মহাক্কুগী তৌবীমল ওইনদি ঐহাক করিগুম্বা অমদি তৌবা

তাবনী। ঐ য়ুম পানখিদে। ঐ লৈশাবীনি। অদুবু ঐহাক য়ুম পাল্লে হায়বগী বদনাম অদুনা মহাক্কী মাওংবা পুন্সি অদুগী তোবীমল শিংলী খন্দুনা হিংলিবসিনি।

ইচেগী বারীদা ঐসু নুংঙাইখিদে। ইচেগী মায়থোং শুকথখি। ঐসু নুংঙাইত্রবা বারীদু তাৱবা মতুংদা য়ুমদা হল্লকখি। ●

# মঙ ওন্থোক্লিংলবা তাইবং

বন্দ নুমীৎনি। খ্বাইবস্বন্দ কৈথেল মী ইতাক তাকই। বীহ্বরি মথন্ত লৈবা নুঙাইবকত্রমান্নে। পাউনা বাজারদা লৈবা মাগী মামা শেখরগী মনাক্তা মতম লেল্লুগে খনদুনা পাউনা বাজারলোমদা পরপ পরপ লাকই। পুলিসকী গাড়ীশিং লমতুপ খুদিংগী তোইনা তোইনা খান্ন-খামলদুনা লৈ। দুকানশিং ঙম্না থোঙ লোল্লি। সাইকল তোংবা অমা অনি, মরক মরক্তা খোঙনা খরা খরা চৎলিবশিংদু নত্তনা অতৈ চাকা পানবা গাড়ী অমতা চৎপা উদে। মতু মমান শোল্লবা জীবশিং অমদি চোকথরবা অহলশিংগুম্না ইম্ফাল সহবগী দলানশিংনো তুমিন তুমিন তুম্পক তারদুনা লেপ্লি। মী চৎপিদ্রবা সহবগী গলিশিং ইচীক চীক্রদুনা অম্বাবগী শক্রোন লৌরবা ফিরেপ অমদা লৈরীবগুম্না উই।

বীহ্বাবিগী মামা শেখর পাউনা বাজাবদা হোটেল ফম্মী। মাগী নুপীগা মচা অহুমগা মখোয় মঙাগী চাকথাক হুল্লিবা হোটেল অদুদি পংচাও চাওবা নত্তে। মমীংতগী ওইবনি। শুপ্পগী শেখরগী হোটেলদা ফংলিবসি চানে বোরানে মঙ্গল অঙৌবগা অসিনা লোইরে। স্কেট্রি ফাওবা ফংদে। অদুসু নুংথিল পুঙ অনি তাফাত্রিঙৈদগী চানবা অমতসু পীবা ঙমদে। শুপ্পগী চাখক্তং নত্তনা। মাগী নুপীনা তত্তনা শেখরদা রাকৎলি।

— হোটেলনি হায়দনা তৌরিসিনা ঐদি ইকায়জবনা শিরবনি।

— কৈনৌদনা?

— নুংথিলদি মী চংলক্লগা অচাগোৎ অমতসু পীবা ঙমদবসিবু করি হোটেলনো? য়েংউনে, বাজার মনুংসিদবু ঐখোয়গী হোটেল অসিগুম্বা লৈবরা হায়বা। ইচা অহমমকসু পুম্মাঙ মাঙহনগদৌরে। মসি ফাওবা ভাব অবা লৈত্তে। কাম্নদবা ওইরোইদৌবা হীরমদতংনি নঙনা ভাব তারিবা।

শেখর মাগী নুপীনা হায়রিবদু অচুম্বনি হায়বদি খঙলম্বা য়াই। খঙবগী মওংদি উথোকপা তৌদে। মঙোন্দা অতোপ্পনা পীবা অফবা পাউতাকশিংদু মাদি কয়া লৌগনদে। মদুগী পাউতাকশিংদু লৌশিনবগী মহুত্তা অহোয়নদুম ওন্ন-তৈনবা শেখরনি।

— নঙগী নচা মাঙগদৌরে হায়বা। হুম! কাম্নদে, মী খৎনবা হৌরক্কনু। ঙসিদিনে জুগোৎ চারোই খঙলব্রা?

— হায়মা, ময়েক হায়রগা অসি হেক্তা ঐঙোন্দা ওম্মি হায়দুনা ইরাল থংজিনবা। খঙনিদনা ঙসিদি, জ্বার শান্নফমদা অঙমবা মী থাজিনদুনা ৱায়েন তৌহনগে। মচা শেমগেদি হায়দ্রদনা য়ু থকচিনলগা মতু মচা ওৎপা। ঐসুনে থবায় পাল্লিবনি নুপী ওইরসু।

মখা তাখিদ্রে। মখা চীক্তুনা শেখরনা হৌগৎলকপা উবদা মাগী নুপী ইবেচাওবী হৌদুনা চেনথোকখি। হনজিল্লক্তবা য়াদদুনা ঙাইহাক লৈরগা হনজিল্লকই ইবেচাওবী। কপ্পা কপ্পা চা হৈদুনা হোটেলদা চঙলকপশিংদা চা পীরে।

বীহারি শেখরগী হোটেল লৈফমলোমদা লাকলে। হোটেলগী উপাক্কী থোঙ অদোমদা নত্তনা তুমফম কা ওইবা অদোমদা চঙলকই। মনুঙলোমদগী থোঙ লোনশিল্লম্মী। মীখোলদি তাদে। ইটীক চীকই। বীহারিনা কৌই।

— ইনে! কনামতা লৈব্রাও?

মনুংদগী ইবেচাওবীনা খুমলকই।

— ইবুংঙো, বীহারিরা? নঙ মামাদু অঙাংশিং পুরগা ঙরাংদগী লবায়দা চৎখি। করি হায়বগে নঙবু?

— য়ারে, মামা লৈব্রবদি চৎলগে। হয়েং ওইনা লাক্লগে। হোয় হোয় ইনেসু কোক ঙাওরী ঙাওরী তৌদুনা হীপ্পমল্লিবনি।

বীহারি পরপ পরপ থোরক্রে। নোংঙাল্লগসু মাগী মামাগী মনাক্তা চৎপা ঙম্লমদে। মরমদি নুমীৎ খরনিদি বীহারি থবক ওখাক চিল্লম্মী। মাগা দুকান ফম্মিন্নরমবা ময়াম্নবদু মশা ঙমদদুনা থবক পুম্বা মানা পুবদা তারম্মি। ঙাইহাক্তুং ফাওবা কোয়থোকপা শংলমদে। চয়োল অরোমদি মাগী মামা শেখরগী হোটেললোমদা চথোকপা তৌক্লদ্রে।

মনা কুইনা লৈরগা বীহারি শেখরখোয়দা চৎলি। মহৌশাগুম মনে লৈরগুদা হোটেলগী অচা অথক হৌদুনা লৈরম্মী। তাল্লক ওইবনা হোটেলদা মী কনা থোইনা লৈরমদে। পুলিসকী ফিজোল শেৎপা নিপা অমখক্তংদি ইবেচাওবীগী মনাক নকশিন্না থাবা ফাল অশাংবদুদা মথনতা ফমদুনা চা থকলম্মী। মনেনা হায়রকই।

— বীহারি, নহাক্লমখৈ উদেনা থবক খরা কনবরা?

— হোয় ইনে, মামাদি কদায়দা চৎখ্রে?

— নগুগী মামানবু করি তৌনি হায়বগে। লবায়দা মাগী ফৌ শরুক থমবদু ঐ খগুহন্দনা তাইথোক্লরমান্রে। হোটেলগী পৈশা লাকপদি ঐনা চেৎনা হন্দক্তি থমজিল্লবনী নুপামচা অপীকপা অতোমবসিদি কয়া ভান তাগ্রিবনরা খগুদে থোইনা চক্রি তৌদে। অচৌবা অনীসিমদি মিং চনবীরো খাঙ-ঙমপোৎ নত্তে। ইনে ভ্তান মমলবনি। মসি য়ৌরফাওবা নগুগী মামাসিনা নোংমতা থকপা লেপ্লীবা নত্তেদো।

— হোয়, মামাসু ভাব তামন্দে। অদুগা ঐখোয়গী ইনেনসু ফজ ফজনা ইংনা তপ্পা বারী খরা মামাদা শাবীবা ফৈ। হায়বদি ইনেগী লাইবক্লনি। খরা বাবা তারেদনা।

— ইনেসু খংঙি। করমদি তৌনি। চেনদুনা হীংবা পোৎ নত্তেনে ইবুংঙো।

মায়থোঙ লুকথখি। খাংদা থাদরিবা মঙ্গলশিংদু খাবৈনা ওৎলি ইবেচাওবীনা হনজিন হনজিন। হোৎনরীবা থবক্তুদা মপুক্লীং চংবা কয়া মান্দে। হায়রকই তপ্পা বীহারিদা।

— ইনেদি শিনিংবা হায়বদু য়ৌরবনি। অঙাং অহমসিবু লৈরমদ্রবদিনে; ইনে নহালনা লাইরৈবাক্তা .....।

শুৎ শুৎ কপ্পি। মফি ফিজিনা মপি তৈথোকই। ঐসু খাঙফম থোকপনি, ইরায়বক্তা তম্বনি হায়না খনবগী মমি তারিবা ইবেচাওবীগী মায়থোংদু বীহারিনা মুন্না ভাইহাক য়েংলমলগা মবুদ্ধি থোকত্রমান্রে। তপ্পা তপ্পা থোরকলে। গলি লোইরমদাই মচীন্দা শেখরগা বীহারিগা লেংথৈনে। বীহারি উবদা হিদাক ভাওরবসু শেখরদা মুন্না য়েঙ্গলকই। মতৌদু য়েংনীঙ্গ্রদুনা বীহারি অদুম থুনা য়াঙনা মাগী লৈফমদা হল্লকই।

মথং নোংঙানবদা বীহারিগী দুকানদা শেখর হিদাক ভারীদা ভাওরগা লাক্রম্মী। করি করিনো মখুৎত্ত মশাও ভাংলম্মি। বীহারি থওইনা তারুদে। মানা থোকপা তৌদুনা লৈরম্মী। অদুবু তাবদা শৌবিং শৌবিং লাওবা মাগী মামা শেখরদগী বাহৈ খরদি তাহৌই।

— ননেনা ঐবু উশিন্তে। অদুবু নগুদি অভাগুনি। অদুনা ঐবু উশিংপা ফৈ খগুবরা? নগুগী মামাবু থীনা তৌবা ফত্তেকো ...।

মখা অমুক তাথরকই।

— বীহারি। লাও চগুলকউ।

— অভাগুশিংদি ইনে, কদায়দা ভন্না চৎখ্রে?

— মিং চনশিনবীরে ইনেনা। স্কুল চৎখিয়ে। ইচাশিংসে লোইনা মাঙলগদ্রা খঙদা ইনেদি বুদ্ধি মন্নবনি।

মনাক্কী ফাল অশাংবদুগী মচীনবাইদা পুলিসকী ড্রেস শেৎপা নহাওলগী নুপাদু ফমলম্মী। নুপা অদুগী মমায়দা হাইরপ য়েংলগা ইবেচাওবীনা মথা তারকই হরাওনা।

— ইনেদিনে বীহারি, অঙাংশিং লাইরীক তম্বা কাবা ঙম্মবসিদা কয়াম নুঙাইরে। ইনেদি পুমগেন পেল্লে। সুমাইনকা ঙমলক্কনি থাজরুরবনি।

— মামাবু স্নান তারবরো?

— কদায়দগীনো নঙগী মামানবু মদু খঙবরা।

— অদুদি ইনেননিনে।

— অদুদা তারেদনা।

শোল্লাংনেনা হায়খিবনী। মমীৎনা ফাল মচীন্দা ফম্লিবা পুলিস নুপাদুদা ফন্নপ য়েংখিবগুম তৌই। বীহারিনা হায়।

— মামাদি কদোমদা অমুক চৎখ্রে?

— নঙগী মামাগী চৎফমবু কদায়দা ওইনি হায়বগে?

বীহারি মথা তারমদরে। ওয়োকপনি খল্লগা অদুম থোরকলে। মথঙগী অয়ুক্তা খবরগী অহানবা লামায়দা বীহারিনা থেংনৈ। অশিবা অমা মোগিতা লৈরে। পুলিসকী ফীজোল শেৎলি। চহী য়াঙখৈমুক্কী লেংনি। পাউনা বাজারদা হোটেল ফমদুনা লৈজবী নুপী অমা মপুরোয়বনা কেরোসিন হৈজিন্দুনা মৈ থারমলে। মপুরোয়বদু হৌজিক ফাওবা থিবা খংদ্রি।

বীহারিনা খবর পানা পানা কদোমদগীনো নিংশিংলকই। ঙরাংদা মনেনা হায়হৌবা। ইনেদিনে বীহারি .... পুমগেন পেল্লে। কদায়দগীনো খনীং নিঙশিংলকই। মনেগী লৈরঙ মনাক নক্লা থাবা ফাল অশাংবদুদা ফমহৌবা পুলিসকী ড্রেস শেৎপা নিপাদুবুসু। লোয়ননা হিদাক ঙাওরবা মাগী মামা শেখরবুসু মথং মথং ।

দুকান থোঙ হেক হাংবগা মাগী মমাল্লবা বাঙ্গালী মচা অরুন লাক্লুনা হায়রে।

— হে ভায়। নঙগী ননাক্তা হেক হেক লাকপা নুপা য়ুঙাওবদুগী নুপীনি হায়, পেপরদা য়াওবদু পারবরা? মচা অহমদুগী নুংঙাইতে। মপাদুদি মাঙথ্রমাল্লে। লোংপা য়ারোইদা, নত্রনে ভায়! ●

# থাবলনা নাথৈবিরবা মফমদা

চহী তরামরীতা ঙায়রীবা তোন্দোন মনমদা কিহোম পিকথন্না হানবা বোরাদু পোরদুনা কৈথেল পোৎলক তম্না তবি তবি চৎলম্মী। লেঙম শাঙমদনা বানা চৎপদু উরগা মাগী মরুপ অমনা লকনরকই।

— হায় অঙাং! পীক্লা পীক্লিবা পৈশানা পাপ্লিবা। লাকখোনে! ঐগীসিদি য়োংচাকনিনা খরা য়াংগনি। ওন্নসি ঙাইখোনে।

তোন্দোন তায়, অচুম্বা ওইরম্বসু য়াই। অদুবু বাদু থোইনা খোয়জংলুদে। মরমদি তোন্দোনগী হৌখিবা মপুন্সিদা থাজরুরগা ওন্ন তৈনবা ওইনা থোকপসি মশীং খঙখিদ্রবনি। অদুগা অমনা বাকে অমদা পুক্লীং চঙলুবদি লায়রদনা কাওবা য়াদবা মমাগী বাহৈ খরনা মাগী মনাকোংদা হঞ্জিন হঞ্জিন ঙংলদুনা লৈরে।

— থবক্তা চীলহাও থিগনু। নরাইবক্তা থীরিবা অদুগা করিগী মানা ঙাও শকপদা বারৌ পুকলৌ চাওরুরিবা। ঐনা পাঙ্গলসি খরা কনলবদি ইরায় লায়বনি। ইশ্বরসিসু লৈত্ত্র মাত্রেদা। মহাজনদু ঐ অমুক্তা উনরুসিরা খল্লি।

— উনরুনু, শক য়াম্না তাথৎলি। মাগী মতুগী মৌপ্পাদনি ঐনা য়াম' শাওনিংলিসে।

— ননাওনিংসিনা কমদৌবা। ঐসু থা অমত্রোমদি ফুক হৌগৎলুনা চৎপা ওম্নেহৈদৌরী। হে সত্য। ঐবু খোঙ তেকহনগনি হায়দুনা তেকহল্লিবা লাইসিসু অঙকপনিহে।
— খঙদে ঐ, মাগী গাড়ীদা শুকয়াও য়াওরোই। মাগী মশেন নুপানি হায়বদু ঐ শুকনুং নুংশিদে।

তোন্দোনগী মমা তুমিন লৈখি। স্বর মপী অমতং শাংনা হোনলগা মমায় লৈথোকখি। মচাবু মশক খঙজে, মরম ওকচবনি, মনীং থুংদবা অমা লৈরমগনি হায়বা মমানা শেংনা খঙি। অতোম্বিগী মনাক্তা চহী তরামাথোই চুপ্পা লৈগ্রবা মপুরোয়ববু নীংশিংলকই তোন্দোন মমানা। অৱাবা অমদি পেন্দবদা খুৎলোয়রবা তোন্দোনগী মমাদু মপুরোয়ববু ওম্থোক্সু নুংশিহৈতেদকো খনবদগী হেন্না থোইনা খল্লুদবনী। অদুবু পীক্রিবা মচাশিংগীদমক্তদি মথম্মোই পুবা য়াদে। মীযাম্নবা মচাশিংদা ৱাহৈ অকনবা শিজিন্ননিংদে। মশাসু বাখল কা হেন্না খনজিনবগী অমুক অমুক অনাবা হৌবা অমসু লৈরম্মী। তীন্না মখোঙ থেংনা চীকথৎপিরবা লৈয়োনগুম্নবা নৌরীবা মচাশিংবু উরগা হিংবগী ময়ায চম্লকদৌই। মচা অতোনবাদুনা চহী অমা ফাবাৎত্রিঙৈদগী কায়নখিবা মপুরোয়ববু নোংমতসু কাওথোকপা ঙমখিদে।

নিংথমথাগী অয়ুক্তদা হমাং তারে তোন্দোনদু। উচীন নাচিন্না পোত্তু থারে। কিহোম মপু ওইরীবী মৌ নহাদুনা লৱাইদা লাকলকই।

— হায়মা! কদায়দগীনো অপঙ অমদা পোৎ পুহল্লুরেদনা। বোরা মচীনসিনা মতুং থংদুনা পুরক্রমাম্রে। কিহোমসে ফনা য়াম্না ময়েং অরেদনা।
— তোন্দোনসু উরে। বোরাদু ফনা য়াম্না হোপ হোপ লাওরে। চঙকনৈ।
— ঙকশিন্নরনু বুদু! নপা পুলিসশিংদুদা পিজথোক্রম্নগা।

শাওনা পৈরদুনা ঙাঙলকই। তোন্দোন পিং লাওই।

— ঐদি অশেংবগী খঙহৌদে, শুকখং খঙহৌদে।
— চৎলো পৈশাকা অমতা পীরোই। হয়েং পুল্লপ পীরগে। নশক্তু য়েংনীংদ্রে।
— হয়েংমখৈ নঙগী পোৎ শুকথাং থাংলোই।

তোন্দোন মমীৎ তন্দন পাইরে। মশেন মরাং ওইনা তাখিবগুম তৌই। মপা পল্লুনু মসিগী অঙাংশিগী অশাওবিনি।

মখাদি তোন্দোন তাখিদ্রে। জ্ঞান তারকপদা কৈথেল পোৎলক্তা ঙসাইগগী কিহোম মপু মৌনহাদুনে নুপী অনিদুমগা মনাক্তা ফম্নদুনা লৈরম্মী।

— তুঃ তনশি নঙগীনি, চাসিগা থকতোকনো। ঐদি চুন্না চৈবনি। নঙদি য়াম্না শাওগল্লিনা।

মখোঙ মখুৎ তাপ তাপ পায়দুনা মেৎপিরম্মী। তোন্দোনদি ওম্থোক্না হৈনরকত্রে। ইকায়বসু থরা মখঙজরবা মতাংনি। কৈগু তৌদে, চৎলগে হায়রমলগা ফৈজা শারমবা খুদৈ মতুপতু মকোক্তা য়েৎশিল্লগা চেম্থোরক্রে। তনগা চাগদু থৱীংলমবনি চানীংলম্বনি।

ঙরাং নুমিদাং চরা হেল্লকই হায়বা অঙাংনিনা পুরা কাওরবনি। পোৎনগা নুমবনে মথৱাইনগা নুঙাইতবনে তৌখিবা মাল্লি।

নোংমসু থুম বোরা পিক থল্লা হাপ্পবা ঠেলাগাড়ী অমা মখোয় অহমনা ইল্লকই। অলু গলি মনুং ফাওরগা লাকপদনি। লম্বী খরা নানদবা মপাদনি। থুনা ইনবা ঙমদদুনা পন্দুনা লৈরম্মী। মী চিনবা জাগানি। গাড়ী ময়াম অমসু থত্তুনা লৈরে। ময়াম শাওনরকই। হো খরা থুনা ইল্লুনে। লম্বী থৎলিবা করিগীনো, মহানি। মনা লৈয়ু, ফুজিল্লু! মরাঙ মরাঙ তৌনরকই। অনিদুমদি নন মণিপুরী ঙাক্তনি। তোন্দোনসু পৈশা খজিক্তংগীদমক য়াওরবনি। মশাগী কুচু পান্দবা মনাতোন পুম্বা তোন্দোননি। মানা মতুং ইথং থংবরোমদা ইনবনি। ময়াং মচা ঙাক্তনি ফুজিনলু। মুন্না তাহৌবা নংদে। লুখমদা খুপাকনা ইনবোই থাবোই তৌরকপদুদগীদি অদুম তোন্দোন মকোক ঙাওবদা নত্তনা শাওনীংলমই। ইল্লিবা গাড়ীদু মখুৎ থাদোক্লগা ফুরক্লিবা মীদুদা ওনশিন্দুনা মাসু কিন থিনলম্মী। অহল ওইবা খরনা খামদোকতুনা নুমীত্তু হৌখি। মহাজনসু অমুক পোৎ থীন্না য়ৌরকপগী খোঞ্ছি ঙাওলম্মী। করিগী মী খৎনরীবনো চৈ থাংলম্মী। তোন্দোন্না অপীকপা মবুক্তা খনজে। করিগীনো অচুম্ববু অসুমক অরানবা তাহনলিবা। পীকপ্লবা ৱাখল মচাদুদা মথৌনা অমগী মফমদি অদুমক লৈজরম্মী। তোন্দোন মঙাসুবা ফাওবদি কাবক কাবক তমলকই। মৈতৈলোনগী লাইরীক অমদা পাউতাক য়াওবা পারাশিংদা থেনেখি। অচুমবনা মমৈদা জয় ওইবগী ৱারী। মীনম্বা ঙাওবগী ইশ্বরনা দন্দি পীবগী ৱারীশিং। মমানসু মরক মরক্তা তাকপি। লাইরীক্তা হায়বা ৱাদি অচুম্বা অশেংবা ঙাক্তনি। মমাগী ৱাহৈ মহাক্না শুক্নাও কাওথোকপা তৌরমদে। মবুক্কীংদা চেৎনা মমাবু ইশ্বরগুম্না খল্লি। মমাগী ৱাহৈশিংবু তোন্দোন্না মমল লৈনা খনজে। সংসারসিদা মহাক্কীদমক্তা লুনা খনবীবদি মমানি হায়না মহাক্না চেৎনা থাজজে।

নোংমা য়াওশং হৌবা নুমীৎনি। মহাজনদগী শেল লৌরগা বাজার মনুং চঙলকই। মঙোন্দা চাগদবা ফুরিৎ অমা লৈজরে। মমাগী ফি মতুপ অমগা লৈবীরে। মনাও তোম্বগী অমতংগা লৈনিংবনি। শেল কোম্লদ্রে। মনীং ইথুং থুংদনা ময়ুম হল্লকখি।

মাঙোল কাখৎলকপদা মানা মশক খঙদবা নুপা অনি ফমদুনা লৈরম্মী। কিরোল পিকথল্লা হাপ্পা খাও অমসু নুপাশিংদুনা পায়বা উই। মমানা মাবু উবগা হায়রকই।

— নপাবু খুরুম্মু ইবুঙো! সোমগীসিনা নখুরানি।

খুদোম্বী থিন্দুনা মমানা পুক্লীং চঙনা তাক্লিবদু তোন্দোনদি হন্না য়েংলমদরে। ইমুঙদা পরপ পরপ চংলে। মম্যাসু মতুং ইম্নরকই। মঙোন্দা থেল্লগা মমানা হায়।

— নচীন ননাও নখোয়ম্বী ঙনবা নফি নরোল লোইনা নপানা লৈরকপনি। ননীংসু থুংদবদুনা ইমানদি লৌম্বেসিরা খল্লিবা।

তোন্দোন মম্নাবু ৱারৌই। শাওনা থুম্মী।

— চহী তরামাথোইরোম শুরে হায়বদাই মানা চৎখ্রিবদো। ঐখোয় ময়াম চাওনবা য়োকপবু মাগী গুসিগী ফিশিংদুগী অচৎবা পৈশাদুগা মমল মান্নবয়া? ফিশিংদু মগোন্দা হনবীখো। মৈ থাদোকপদি তৌহৈরমম্মোই।

মমানা মপানদা করি করিনো গাগখিবদু তোন্দোনদি ময়েক লৌফম খগুদে। অদুম নুমীৎ তাগ্রিফাওবা ফমুংদা হীপতুনা লৈরে। মমা চংলক্লুনা মনাক্তগী মচানা লৈরকপা ফুরিৎ ফিরোলশিংদু চিংথোক্লুনা য়েংই। ফি মতুপতু তিংথোক্লগা হায়রকই।

— সিনা ঐগীরা? নগুগীদুম ঝাক্তনবা লৈশিনগেদি হায়রদনা। হনুবী ওইরবা ঐগীবু ...।

— ঐগীসু লৈরকঅসিদি। ননাওগী অমগা লৈবীগে তৌনি। পৈশা কোম্নদ্রে।

— ননাওগীনা চাক্কৌবদা হেক লৈবীরগা লোইরেদনা। মাদি পীকসু পীক্লি। ননে ইবেনীখোয়দা য়েংহন্নুখিগে।

মপানদা চেঙ্খোকখি তফিং তফিংনা তোন্দোনগী মমাদু।

তোন্দোন মমাদি থাক্লেশেংনা ইবেনী খোয়দা চৎপা নত্তে। মচাদা ওইদবা হায়রমবনি। য়েৎনখা মচী অমদা যম্না কুইনা ফমলুরে। পেনবা মখৈ কপথোকলুরে। মপীনা ফিজি পুমচোৎ চোৎলে। লমদা থাগী পুর্ণিমা নুমীৎকী থাবল অদুনা হরাও তয়াম্বদগী নাথৈদুনা লৈহৌরবী মাবু চিংথোকপিরম্রে। নোংপোক পাংবদগী তপ্পা লুপা মচুগী মতীক ময়ায়না ফুদোংলৌবা থাবল মগুালদা তোন্দোনগী মমাদু কুইনা ফমনিংলক্তরে। মচাশিংনা উখ্রবদি থম্মুনা ফুক হৌগক্লুনা ইমুংলোমদা চেনশিল্লকই, মচানিপা তোন্দোনদি লৈরমদরে। অপীকপা মনাওশিংদা ময়াম্বু হংই। অমত্তা উহৌদে হায়রে, তয়াং তশোয়রকই। চনিগু তাদ্রে। থোঙ্গালেলোমদা অমুক চেনথোকই। লাকথেং চৎপা অঙাং মচাশিংনা পিক থনলি লমজাও শরক। মীয়ামদু তোন্দোন মমাদি থোইনা উদবগুম থৌই। লাংতক্লুনা কোঙ্খোংদা চপ লেপতুনা লৈহৌরি য়াচৎবা মতুং ফাওবা। বারক্তগী মথৌনা যম্না লিংখৎলক্রিবা পুর্ণিমাগী থাজবু বারৌবা মীৎয়েংনা য়েংহৌরি। মচাবু উবরা হংনিংগ্তি। নিংঙাইদনা মপুগু ফারবা থাজনা অসুম অসুম ৱাংখৎলকই অশংবা অতিয়া তম্না। তগুপ-তগুপ্পা থোক্লমবা অরংবা থৱাম্মীচাকশিংদুসু পুর্ণিমাগী থাবলদা মায়থীরমাগ্লে। মরু লুক্কা তুমিন লৈগ্র। তগুপ তগুপখিদরে। মগুাল থোকখিদরে। তৌদবা য়াদবা মতাগুম অতিয়াদা তুমিন তুমিন লৈগ্রে। ●

# নোংঙাল্লকপদা হৌখ্রবা অহিং

শাড়ী ফুল শেৎপী নুপী অমনা কৌরকই।

— রিক্সো! কৈশামপাৎ ফাওবদা চৎসি।

— কৈশামপাৎ কদায়দা?

— ৱাহেংবম লৈকায়।

লৈশাবী মাল্লি। রিক্সো কাখৎলমদাইদা মরায়বক কৎলগা কাখৎথিবদু রিক্সো থৌরীবা দিলিপনা হাইরপতং উহৌই। ইহং হঙোইবগুম করিগুম তৌই দিলিপতু। বি:এ: হেক লোইশিনবদগী থৌরকপনি। চহী অহমলোম হায়রম্লনি রিক্সো পায়রকপা। নুপী নুপা, মৌ, লৈশাবী ফনা য়াম্না মাগী রিক্সোদুদা তোংবা য়াওগ্রে। খঙনবা মমাম্লবী ছাত্রি ফাওবা ফনা য়াম্না পুবা য়াওগ্রে। নহালমখৈদি করি থোইনা খন্দবনি। অদুবু ঙসিগী হৈনদবা অসিগুম্বদি অমুক্তসু তৌখিদ্রি। ৱাহেংবম লৈকায় মপাদু সেকেন্ড অমদা য়ৌনিংলকই। মদুসু খোঙনা ওৎপনিনা পুক্লীংগা মাগ্নৌ য়াদ্রে। মুক্কুনা তিংখত্নুনা থোই। কাকৈথেল মপা য়ৌবদা মঙায়রি। নারুমদা মরেং মরেং চৎপা য়ৌনা হৈনদ্রবা তানজাদুদ্রা লৈশাবীদুনা হৌদোরকই।

— কৈদৌল্লগে অসুক কল্লা থৌরিসিবু?

— অ: কৈসু কজেনা ... হৈনদ্রব্রো?

— নত্তেরে, কিজেয়ে।

— ইহে! অয়ুকসিদবো।

— অয়ুক ওইরসু ... ।

দিলিপ মখা তারুদবনা ফরনি খন্দুনা মখা তারুদ্রে। অয়ুক্তদা নাতোন নাকচি অনিমক্তা হমাং কারকই। মঙক্তা য়েংপা খুঁদে মচাদুনা হমাংদু তৈতোকপা ফাওবা মঙম শাদ্রে। উচীন নাচিন্না মপা য়ৌরমাগ্রে।

— য়াৱনি, য়ৌরে।

ব্রেক খংকো ফায়।

— কয়া তৌদোইনো ভারাসিবু?

— কয়ানো হেক পীরম্মু।

— হাইমা। ড্রাইভরনদি হায়দনা করমহাইনা খংদৌরীবা?

— য়ারে, কয়ানো হেক, পীনিংবা ...।

— পীনিংবা পীরল্লগে, শাও' য়াদেকো।

হেন্দ ব্যোগতগী তরাচৎপী অমা শত্তোরক্কগা পী। হোয় মাই মখা তানিংদ্রদুনা দিলিপ লৌশিল্লগা মনীং তেকখত্তুনা থৌরকই। নুমীত্তু নিতিদগী ওল্লপ তৌনা ময়ুম হঞ্জিল্লি। ওন্তা হনজিল্লকপদা চিংনরমাগ্রে। মমানা হংই,

— কৈদৌরে ওন্না হল্লক্রুদি, নশা ওমদবরা?

— কৈসু তৌদে, খোঙগ্রাওসি মপান শেগায়রিসি খরা ফোৎচীনবীয়ু।

— হৌজিক্তি নুমীৎসু তাদৌরে, ইমাদি য়েত্তুম মনা লেংবসু উররোই, হয়েং অয়ুক ফোৎপিরগেদনা।

— হয়েং নংলোই। নংগী লংদু ঐ-লেংবীরগে।

নোং ঙাগ্রে। দিলিপ তহা তহানা মফি মরোল খন্না লৈজরীদু শেৎচিল্লি। রিক্সো ইনথোকখি। মমানা হংঙি।

— চাকসু লোইদৌরে। ওসিদি খরা ওনদ্রনে ইবুংঙো?

— হোটেলদা চাল্লরগে।

মখা তারমদ্রে। পরপ পরপ কোম্মোং লানথোকখ্রে। শোরোক অচৌবা তারকলে। ওসিদি থোইনা চিংনেদে। মবুক্লিংদা খল্লি। ওসিদি থেংনররোই। নিতিদগী পুঙখায় খরা হেন্না ওনখৎনা ময়ুমদগী থোরকপনি। খঙহৌদে, খয়েং য়েংথোক্লবদা ওরাংগী লৈশাবীদু লেপতুনা লৈরম্মী। মীৎ চানরুই। মখুৎ থাঙ্গৎত্তুনা গাড়ী খাম্বগী খুদম খঙহনলকই। ওরাংওম মরায়বক কৎলগা গাড়ী কাখৎলি। শাড়ীসু ওরাংদগী খরগা হেন্না মচু মমেন ফজবা অমা

শেথলি। হৌদোরকই লৈশাবীদুনা।

— ভসি খরা ভন্না থোক্লকমাল্লে।

— কনাবো?

— সোমবু হায়বা।

— অদোমসু ভন্না থোকলকপা নত্রনে?

— হায়মা। বা ভাঙবা য়াম হৈয়ে।

য়াম্না শেম শারদুনা কেনা ভাংলকপদু দিলিপতি ওহ্নোকনা হৈনরমদে। মবুক্লীংদা খল্লি, দম্বা কয়া পাংলল্লরোই। শনি চামগা নিপালনা কুন্দুনা য়েংলম্বা তাই। দিলিপ খংপ্রেক খংভি।

— য়ুমবু কদায়রাইদগীনো?

— অ: ঐবুরা? অম্বাইদগীনি।

— য়ুম লোৎলগা করি কান্নগে? ঐখোয়দি য়েংবদদি তৌ-ভম্বীগা মাল্লমবা য়াই।

অদু ... মনুংদদি ইচম চমবা জাৎনিকো।

— ঐখোয়সু অদুম চম্মীদা।

— হোয়দা, য়েংবদসু অদুম খংভিদা, চম্মী চমদে হায়বসু।

নুপীদুসু খিত্তং নোকলি। দিলিপসু অদুম নোকলে। অনিমক নোকমীন্নরে। নুপীদুনা অমুকসু বারী শাবা হৌরকই।

— হুজিক মতমসিদিনে, অভুনবগী অভুনবা ভাক্তা। পাখংনা ইকায় খীরবনে। লৈশাবীনা ইকায়বা খণ্ডরবা ...। চেকশিনবীয়ুকো। মতমসি মতা'মা তৌরবনি।

দিলিপতি তুমিন লৈ। করি হায়না অবায় অখুম তৌদুনা মথোৎ কারকপী লেংমান্নবি অমগা বারী শানগদগে হায়বা মাদি অদুক য়ৌনা হৈথোই শিংথোইরদে। নোং ভানবদগী লাইরীক লাইসুদা মবুক্লিং লুপতুনা মমা লুখ্রাবীনা থোং থাকপা খরদু চারগা স্কুল অমুক চৎপা, হন্নক্রগা ইমুং মনুংগী মমাগী কুপনোম মত্তেং পাংশিনবীবা। অসিতংদা মপুন্সি লেনজরকপা দিলিপনি। শেল মতিক চাবা লৈদুনা থবক থিনিংভাইসু লৈতে। ফর্মী ফরা মমল য়াওদবা খরগা চাননবা পুখম তেঞ্জোৎ খরদংদুগা নত্তনা ইমুংদুদা মমল লৈবা পোৎশক অমত্তসু তাদে। ইন্টরভিয়ু মশীং খণ্ডদে। খবরদা থবক কৌবা খুদিং চীথদে। শেল য়াওখিদে অদুনা ফল তাবা লৈতে। মমৈদদি মার্ক সিটকা ওরিজিনেল সার্টিফিকেটকা ফোটোস্টেত তৌনবগী পৈশা ফাওবা পান্মুরব্রুনা ইন্টরভিয়ু কয়ামসু য়াওদনা তোক্নে।

অমুক অভুনবগী তইং তইংবো নুংশা মঙাল লোইখিদুনা শোরোক থোলাসকী ফুং ফুং লাওবা মনিলনা অশাবা ফাওরকই। বাহেংবম লৈকায় য়ৌরে। ভরাংগী মপাদু য়ৌরদুনা রিক্সো থান্নলে। দিলিপনা খাইদগী হেন্না হৈনব্রিবদি নুপীদুগী ভরা লৌবগী মতাংদুনি।

— শে। লৌরো।

তবা তবাবা খুৎশাশিং, মচু শঙলবা খুজিন অদুগী মথক্তা ঙৌরোক ঙৌবা খুদাং। শনাগী ময়েক মশোন থোকপা খুজিনা লৈতেংবা। অয়ুকী শেংলবা নুমীৎ মঙালদা থবান্নীচাক চাম্না চামানা পুন্না থোকপগুম ইরং লংলি।

— অসুম লৌহৌতারে ...।

— লৌদবদি। লমনগা তোনশিনবা ঙমজরোই।

নুপী অদু লৈহৌরে। নুমীত্তুগী নুমিদাংদু দিলিপ চাক ইচঙ চঙদে। তুমথবসু ইয়া য়াদে। বাখল হায়ফেৎ খল্লি। মহৌশাগুম চম্না লৈথোকপা ইঙম ঙমশিল্লক্তে। তুমলমদাইদা মওল মওল খল্লি। অমুকসু ইকায়। অমুকসু মীগী মপোৎ মচৈহুরুবসু নত্তবসিবু খল্লি। লৈশাবী মানদি অদুক ঙমশিল্লক্রগা ঐদি ফরবসু ফৎত্রবসু পাখংনি। ইহে হৈত্তবসু নত্তবা। অদুবু ফনা ল্লুরীবদি ঐহাক বি.এ. নি হায়বসিসু মানা খঙবীরমগদরা। মদু ওইথোক্তে মরমদি মহে মশীংগী বারীদি অমতসু তৌনদে। ঐনসু কাঙথোক্তে। খনফম খংদ খংদনা অদুমক তোকলে। মমৈদা গাড়ী চৎপদু লেপ্পসিরা খল্লি। নাথেদুনা চৎলবসু শোরোক অচৌবদু তাদ্রবদি লম্বী মচা মচাশিং ফাওরগা চৎপনদি নোং হেক ঙানবগাদি মী তোংবীনবা বাৎকনি। চেনফম লৈতে।

নোং ঙানবগা দিলিপনা মমাদা হায়।

— ইম্না। ঐখোয় মামতোনদুবু ঐগী থবক থিবদা ফংলবদি শেল খরদি থংবীগনি হায়বদায়?

মমানা শুকথনা খুল্লকই।

— কদায়দগীনো, মচা ফাওবা শেম্বা ঙমদদনা মকোক ঙাওদুনা লৈরীবদুদা। কৈদৌরগে নঙনা চোইঙাং ঙাঙলকলিদুনা?

— হুম! মানা পনখিবদুদা নিঙশিংবনি। মাগী ওটোরিক্সো অমা শেমজিনদদুনা লৈবদাই। —হো ইবুংঙো! নবাই য়াইমগী লুহোংবদা চৎত্রবনি। থবক্কী পাউবু তাবরনে। নখোয়গী রেডিওদা খবরদা লাওথোকপগী বারা? কান্নপোৎ নত্তে খল্লুরনু কান্নদবদা। লায়রবা ঐখোয়দিনে শিবা ঙম্লবদি কোক কোক শিদোকথিবনা হেক ফম্বা জাৎনি।

ইমুংদা পরপ পরপ চঙখি। দিলিপ খংই। ফল তারোইদবা অঙ্ক ঙাক্তনি মানা হোৎকে খল্লিবদু। তপনা তপ্না রিক্সো ইনথোরকই। খরা থৌরগা লৈশাবীদু লেপতুনা লৈরমলীবদু উরকই। মিত্রংগা শান্নবা হৈবজাৎলনে খল্লি। নৎত্রবদি মাবু অদুক কুপশিন্না উশিনলীবদু অরায়বা নত্তে। মমৈদদি খল্লি, মসিসু পুক্লিগী মথেল অমা ওইবা তাই।

ঙসিদি হান্নগী মতৌগুম পাঙদবদু উথোকপা চুমদে খল্লমাল্লে। নুপীদুনা হেক গাড়ীদা কাখৎলকপগা বারী শাবা হৌজিল্লে।

— য়ান্নবু তান চানা থেংনৈনে।

— এ: সিদি ঐনা তান চানবা তৌজরগা।
— য়ুমবু সিদরো?
— নত্তে, আ ... লবায়দগী।

মথবাই তানা নোকলম্মী। খোঙ্গেলদু য়াম্না নৌই। ফজসু ফজে। তাবদা য়াম্না নুংঙাই।

— লমদগা লবায় ইম্ফাল খায়বগী বানি। মীদি খায়নদ্রবনি।
— অদুনা য়ামনা নৈবাক মচা তাবগী বানি। অয়াম্বনদি মদু লৌনদে।
— ঐখোয়দি খঙজে।
— খঙবদুননে, নিতিগী ঙাইজরিবসে। রিক্সো ভারী অমা চংথ্রপোৎনি। কুইনা লেম্নদা কপলাকসে চোক্রবনি।
— ঐখোয়সু মীগী অৱাম্নন মাঙহনজনিংদে।
— অদুবু খঙবীরবদি ফৈনে। খঙবীরোইদ্রা খন্দুনা নুংশা থীজরিবনি।
— ঐখোয় অদুক হায়্না তৌবীমল খঙদবদি নৎচদে।
— ঐঙোনদা ব্যাবহার তৌবীরকনু। হৈনজদেয়ে।
— ঐসু হৈনজদবা।

মখোয় অনিমক নোকমীন্নখি। নুমীত্তু ভরা পিবগী মতাংদা ইম্নে। অমনা লৌদবা য়াদে তকশিল্লি। অমনা লৌহৌবা শুকঙম ঙমলোই শিখাং খাংঙি। মমৈদা কোম্না পুন্নপ লৌরগে হায়বদুনা অরোয়বা ওইনখি। নুমীৎ অদু পুর্ণিমা ময়াদি নৎখিদে। অদুবু থাবল থোক্তবা ওইদুনসু দিলিপ মথৌনা ফনা অমম্বদুদা শুমাং মতোন য়ৌনা গাড়ী থৌজিল্লকই। মমানা মাঙ্গোল উখোকতেনদা ঙারদুনা ঙাইদুনা অমম্বদা লৈরম্মী। মচানিপা হন্নক্রবদুদদি নিংসা স্বর অমতং শাংনা হোল্লদুনা তুমিন লৈখ্রে। মচানা চাক চারিঙেদা মমান্না হৌদোল্লকই।

— পুখাওগী ননে লাক্রম্বনি। কান্নপোৎ নত্তে ইয়াদি অমথক্তনি থবক ফংদ্রবসু লুহোংথোক্রসি হায়দুনা মহা ওইরম্লবনি। নুপীদু মখোয় অদুদগীনি। নঙবুসু ননেখোয়দা চৎপদুদা মশক খঙলবনি হায়নে। হন্দক্কী ফাইরেল থা পানখৎলকপসিদ্দা হেক্তা হোঙদোক্রসি হায়রম্মী। ঐসু শিরবসু পেনলনি খল্লে। ইমৌনা সেবা তৌবদু ইমীত্তা অমুক্তংদি উজৌ তমবা জাৎনি।

দিলিপ তুমীন নৈবা য়ারকল্রে।

— পৈশাদি কদায়দগী?
— ননেগা ঐগা লোইনা তাম্নগ্রবনি। নঙোন্দা হায়দোক্তবগী বানি। হাকুমদগীনি নঙগী মামতোননা হায়রীবা। মপাদুনা মমাগা নৈতবনে মচানুপীদুগী অফবা জ্ঞান তাবা ময়ানিপা অমতংদি হায়দুনা নৈবনি হায়। নঙবুদি পঙফং ফত্তবসু ওইদ্রেদো।
— কান্নদে ইমা। ভাবনা পংশা শাগৎকনু।

— করিনো নঙনা ঙাঙলিদুবু, হৌজিকপু ফাগি য়ারীবরা। ঐনা ঙাঙবদু নঙনা লৌরোইদবা করিগীনো?

— লৌদবগী বা নত্তেনে। শুক লৈত্রিঙেসিদা লুহোংববু ফাগিদৌনা।

— নঙনা নহালমখেদি ইমাখোয়না থোকপা তৌজৌ হায়বদাইনে। নঙনা অদুম্না নবুক্তা বা লৈগনেদি কনানা খঙনি। হয়েং অয়ুক ননে লাকখিনি। নঙগী বা লৌথোক্লম্মু হায়রম্মী। -

— ঙম্মোই হায়খো। ঐগীসে ফাগি নত্তে অওইবনি। ঐ মতম খরা লৈখিনি। য়ুম পানবা ঙমখিরোই।

মমাদু তুম্মিন লৈখ্রে। ফরে ফরে হায়রগা অদুম মখা তারকখিদ্রে।

নোং ঙানবগা দিলিপ মতু মমান খিঙনা গাড়ী থৌদোরকই। ড্রাইভমদনা থৌরকই। ক্বাকৈথেল য়ৌরে। খরা চৎলগা ড্রাইরমগদ্রা খন তপ্পা তপ্পা থৌই। কৈসাম পাৎ পার্কিং য়ৌরে। শুকথেং থেংনদ্রে। হায়না শাওদুনা অমদা তোংখ্রমান্নে খন্দুনা নুমীত্তুমা হৌখ্রে।

হাপতা অমরোম ফারে। থাখায় ফাখ্রে। থা অমা হেন্দোরকই। লৈশাবীদু থেংনখিদরে। অদু পাওবা দিলিপ নিঙহন্নদে। নিতিগী নাক য়েৎ য়েং য়েংদুনা চঙাংগৈদগী ক্বাকৈথেল ফাওবদি থোই। শুকথেং থেংনখিদরে।

নোংমা ম্যুনিসিপালিটি ওফিস ময়াদা রিক্সো ময়ামগী মিটিং অমা তৌই। মিটিং লোইরগা দিলিপ থোরকই। এসেমব্লি রোডলোমদা থৌরকই। মারুটি অঙৌবা অমা মায়োক্নানা থৌরকই। মমাঙদা গাড়ী অমতা চত্তে তাম্নকনি। হর্ণ হৌনা হৌনা খোঙঙি। শক নুংশিদনা দিলিপনা য়েংলুই ড্রাইভরদু তম্না। সুট-টাই পুনবা মঙোন্দগী খরা চহী লৈশিনগদবা নিপা অমানা থৌরীবদু উরকই। মনাক্তা নুপী অমসু ফম্নি। নপীদু হায়ফেত্তুং ওইরবসু মশক য়ুম্না দিলিপনা খংঙি। থা অনিগী মমাঙদা মঙোন্দা ফজ ফজবা বাহৈনো বাহৌদোক পীখিবীদুনি। দিলিপ চীংননা তুং হন্না য়েংঙি। ডাক্তরগী সিম্বল য়েকপা মারুটিদু অসুম অসুম লাপথোকখিবগা লোয়না লোয়ননা দিলিপ খংচোক চোকথরকই। নিঙশিংলকই, হুজিক মতম সিদিনে অত্তনবগী অক্তনবা হায়ক্তা ...।

